# মাইনু-পেমচা

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

DIVINE BOOK MART
PAONA BAZAR : : IMPHAL
MANIPUR

ফোঙজবা—
এ, যামিনি
ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা —১৯৮৬ ইং
কোপী—২০০০

মমল—লুপা তরা



নম্ফম—
দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল, মণিপুর।

# কচ্চবা

মতমগী কাউ-ন ঈপাক্কা
লুপ্তুনা মাঙখিগদ্রা হায়বগী মিহৌজবনা
ঙসি লৈহেকস্ন হৈত্তবা লৈচনস্ন খঙদবা
পঙলবা এৗনা
মৈতৈ লৈকোন্দা তোমখিন শাংখিবা "মাইমু পেমচা" লৈবাংবু
মগ্নিংতা ওইনা খুনজরক্তুনা,
এৗগী পম্মোই অতিযাদা অহানবা অভিনযগী মঙাল
ফাংলকপা মতমদা,
ওক্ত শিংদ পুন্নমক উং রাইনা থুম্বিতুনা
মীবক তিনব যানবা লাঙবিবতনা মথৌ ওইনা লেনখ্রবা
নৌন লাইবৈবাক্তা তিনখ্রবা পলেম মিংগৌ পকচবা
শ্রীমতী স্মাতোম্বী দেবীগী চরন্দা
ভক্তিগী শেম্পাক্তা থেন্দুনা নিংশিং-খুদম ওইনা কচ্চরি।

তোম্বা নচ—
**শ্রীশ্যামসুন্দর সিংহ**

# বাহৌদোক ( ১বা ফোঙবা )

লাইরিক অসি ইজবদা শ্রীযুক্ত অরিবম ৺তোম্বীস্না শর্ম্মা (খোংজোম পর্ব্ব শকপা ওজা) দা হংজহুনা ওজা অসিনা অখণ্ডবা ৱারী অমসুং মৈতৈগী ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না তাকপিহনা ইতেং পাংবিখি। শ্রীযুক্ত হুৱাইবম নীলমণি সিংহনা ফজবা ৱারেং অমসুং প্লোট খরসু মখুংমক্না হাপ্লিখি। শ্রীযুক্ত মৈত্রম ৺বীরসিংহনা ৪শুবা পন্দুপকী ৪শুবা মতাংগী চাক্লিবগী ইশৈ "য়েংউ চংখরে শ্যাম ত্রিভঙ্গ ..." হায়বসি হাপ্লিহুনা লীলাগী ফজবা হেনগৎহনবিখি। শ্রীযুক্ত লাইশ্রম নেত্রজিৎ সিংহ অমসুং শ্রীযুক্ত খাইরাকপম রণজিৎসিংহ অনিনা মখোয়গী হৈশিংবা অমসুং ভাবভঙ্গি খৱাই য়াওনা উৎপিহুনা লীলাগী মথাই হাপ্লিখি। শ্রীমতী থম্বালঅঙোবী দেবীনা পেমচাগী পার্টতা ঐনা নিংজরম্বা ভাবতগী হেন্না নিংথিনা উৎপিহুনা লীলা অসিবু মীপুম্বগী থম্মোয়দা হন্না হন্না য়েংনিংবগী পুকচেল পোকহনবিখি। রূপমহলগী হৈশিংলবা আর্টিষ্টশিংনসু লীলা অসি উৎপগা লোয়ন-লোয়ননা মুংঙাইরবা দৃশ্য খরা ৱাহৈ ৱাতাগা য়াওনা শেমদোক শেমজিন তৌবিহুনা য়েংবিরিবা ভাবোক খুদিংমক্কী পুক্লিং চানা উৎপিখি। মসিগী দমক মথক্কী ময়াম পুম্নমক্কী অমসুং রূপমহলগী মফমদা মপোক-সিমগী লম্মন তোনজরি। অদুগা লীলা অসি শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর ৺মহারাজনা কাইনথংদ. স্নামিয়েং তাবিবদা বোড়াচাওবগী মরমচংতা ফজবা খরা ৱাংলি হায়না স্নায়াথং তাকপিহুনা ৪শুবা পন্দুপকী ১নবা উৎপদা থম্মৌস্নাগা পেমচাগা রা ভাংনরিভৈদা শঙ্গাইনা উথিবা প্লোট অসিমা হাপচিনজৈ। মসি হাপ্পদগী লীলাগী ফজবা শরুক হেনগৎলে হায়না অম্মেংবা অহৈবা ভাবোকশিংনা তাকপি। অসিগুম্বা নমল নাইত্রবা মরম অসি মনাইবু চানবিহুনা স্নায়াথং তাকপিবগীদমক শ্রীযুৎ-স্নাচরন্দা পুন্সিসিমগী শিংবা শম্নরোইদবা লম্মন তোন্দুনা লৈজরবনি। ইতি—

ইম্ফাল,<br>
তাং ৬। ৬। ৪৬ ইং } লেংজবা।

## অনিশুবা ফোঙবা

"মাইন্নু পেমচা" লাইরিক্কী অনিশুবা ফোঙবা অসিদা হায়গী লাইরিক্তা য়াহৈ রাতা ফজদবা, অশোয়বা অদুগা লীলাগী মশাদা অকায়বা খরা য়াওবদু ঐবু চানবিখ্রা মরুপ-মপাংশিংনা তাকপিরক্তুনা অঙম্বা মথৈ শেমদোকচরে। মসিগী দমক মরুপ-মপাংশিংদা কাউডম-দ্রবা লমন তোনজরি। অদুগা লীলা শায়বা মতমদা অয়েংবা ময়ামগী মুংঙাইনবা পোত্থাফম শরুক অমম্থু হাপকৎচরে। লীলা অসিগী অরোইবা শরুক্তা হায়গী ভাবতনা খঙহনবগী মহুত্তা, ঐনা লাইরিক অসি ইহান হায়া ইবদা থমজরম্বা, রারিগী অঙইবা মঙৎদা অদুম্মক ওম্থোকচরে। মসিগী মতুংদা করিগুম্বা অকায়বা য়াওরম্লবদু চানবিদুনা তাক পররক্লবদি হরাওনা লৌজগনি অমম্থুং মতুংগী ফোঙ-লকপা মশীংদা শেংদোক্লবা হোৎনজগনি। ইতি—

য়াইস্কুল,
তাং ১৫।৭।৪৮ ইং

অইবা

## অহুমশুবা ফোঙবা

ঐনা ইজবা লীলাগী লাইরিক "মাইন্নু-পেমচা" অসি ইং শোক ১৯৪৮ দা অনিরকশুবা ওইনা ফোঙগ্রবা তুংদা য়ায়া কুইনা মথং ফোঙবা ঙমদদুনা লৈরক্লবদা, হন্দক ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফালগী হৌজিক হৌজিক মরু ওইনা থৌ-পুরিবা শ্রীঅচোম ইবোবী সিংহ অমম্থুং শ্রীমাইবম চন্দ্রহাস সিংহ অনিনা চোংথোক্তুনা অহুমশুবা খুৎনম পুথোক্লবা শীনবিখিবা অসিগী দমক ইনাও অনিসিগী মফমদা ঐহাক পুম্নিগী শিংবা ওয়রোইদবা লমন তোম্লে হায়না থরাই হকচাং লুপ্পা লৌজরি। ইতি—

য়াইস্কুল,
তাং ২০।৭।৮৬ ইং

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

# লীলাদা চঙবা মী

অমস্তুং

## রূপমহলদা পার্ট লৌবিথিবা মীশক।

স্বর—শ্রীলাইশ্রম বীরেন্দ্রসিংহ। ,, ৺গৌরহরি সিংহ।

পরিচালক—রূপমহল ডিরেক্টর বোর্ড।

| | | |
|---|---|---|
| থম্বৌস্না | ... | শ্রীযুক্ত লাইশ্রম নেত্রজিৎসিংহ। |
| তোনস্না | | শ্রীযুক্ত হরাইবম নীলমণিসিংহ। |
| ইবোহল | .. | শ্রীযুক্ত খাইরাকপম রণজিৎসিংহ। |
| হঙবা | .. | শ্রীযুক্ত খাইরাকপম ৺তোমচাসিংহ |
| বোড়াচাওবা | .. | শ্রীযুক্ত সোগাইজম নবকুমারসিংহ। |
| শঙ্গাই | ... | শ্রীযুক্ত মৈত্রম ৺বীরসিংহ। |
| মোইরাংথৌ | .. | শ্রীযুক্ত ৺জীবন শর্ম্মা। |
| পেমচা | ... | শ্রীমতী থম্বাল অঙৌ দেবী। |
| থম্বাল | ... | শ্রীমতী ৺কম্বা দেবী। |
| লৈনম্বী | ... | শ্রীমতী বিনোদকুমারী দেবী। |
| মঙ্গী | ... | শ্রীমতী ৺রাধে দেবী। |

# মাইনু-পেমচা

## অহানবা শরুক

### ১বা উৎপা

খোয়াখোং পুথ্রিমপাল, নুমিদাংৱাই।

[ পেমচানা মুগাগী পুন্ডোফনেক অমা শেৎ, তরু তরুবা খুদৈ মতুপ অমা ইন, ওইথংবা নাপদা নিংথিজরবা নাচোম অমা থেৎ, পিকতক চেংতক তৌবা শনাবুল অমা পায়রদুনা ঈশিং শোকপা লাকই। পুথ্রি মপান্দা হৌবা চিগোংলৈ পান্থী অমগী মনাক্তা চংদুনা লৈ হেকই। তাঙ্গা অসিদা খোইমু অমা পাইরক্লুনা থেং-লিবা নাচোম মনাক্তা ওংলরে। পেমচানা মথুৎনা কপ্থোকপা লাক্লে····চৎতে···,]

পেমচা— চৎথোকউদা····নুংশিদেদা···। ( নোকমি ২ তৌদুনা য়েংই )

ইশৈ।

চৎথোকউনে নুংশিদেনে
লাকপিন্নু পামজদেনে ( খোইমু )
চৎথোকউনে নুংশিদেনে।

চিংজাও নাপোমদা য়াহিপ্পা
খোইমু লাবা খাংজেংবা
লাকপিন্নু পামজদেনে ( খোইমু )
চৎথোকউনে নুংশিদেনে।

কুচুদা মুদে, খম্মোইহুম্ম য়াওই
পুকচেল লেপ্পা হৈতবা,
অনৌ অনৌবতা পাম্বা,
লাকপিন্নু পামজদেনে (খোইমু)
চংথোকউনে মুংশিদেনে।
কন্নি পুকচেল কৌবগে
পামজদেদা খোইরাবা,
লৈরাং লৈমন চলহল্লে
পক্তিন্নমদাইদা থাদোকপিরে।

[ অশুম তৌনা খোইমুবু তাম্মোকপদা নাদ থেৎলিবা নাচোম অহু লৈপাক্তা তাখ্রে। খোইমুহুম্ম পাইথোকখরে। তাঙ্গা অসিদা বোড়াচাওবনা ঙসাই মখৈ লুমহুনা কুম্মে য়েংলম্বদগী নোকমি নোকমি তৌহুনা চংঙকই, বোড়াচাওববু উবদা পেমচাহু ইকায়রহুনা মমায় লুকথখরে ]

বোড়া—ইবেম্মা, খোইমুবু তাথিবদগী ইশাগী লৈরাং ফাওবা মাঙহল্লবোই? ( নাচোম খুনগৎহুনা ) মরাইবক থীরবা খোইমুদা অহুক কন্না ম্বারৌবিক্লরিবনা কন্নিগীনো? ইবেম্মগী মপালৈতবা চেংলৌ, অহুগা লৈহাও লৈরেনবু ঙমজবা কুচু অহু উবদা পঙলবা খোইমুনা লৈহি চুপ্পা য়াবা লৈরাং ওইরবোই নিংহুনা পাইশিঙ্গরকপদনি, মহদা অহুক হাক্লা ম্বারৌবিক্লমুদা।

পেমচা—( শনাবুল পাইখত্নুনা য়াম্না ইকাইনা ) তেংবান অসিদা মুংশিহৈতবা লমচং উরগা মুংশিবা কনা য়াওবগে?

( অসি হায়রম্নগা থোংগ্রাদা কুমথহুনা ঈশিং শোকউরে, মম্নুম চৎলগে হায়হুনা কারকপদা······ )

বোড়া—খোইমুবু মুংশিহৈতে হায়রিবসিবু করি মরমদগীনো ?
লৈশেম্বা মপুনা লৈরাং খোইমু শেম্নকপনি। লৈরাংনা লৈহি পিনবনি, খোইমুনা মহু চুপ্পবনি। তম্নকপা মশিলনা মরমচৎ ওইজবতনি। মসিদা লৈরাংনা বারৌফম থোকপ্রা ?

পেমচা—তম্নকপা মশিলনি চুপকম্নু হায়জদে। অহুবু পুক্লিং লেপ্তুবা মরমচত্তি ফজবা থরা রাৎমাল্লে, নিপা থোকপা মতৌ নত্তমাল্লে।

( অসি হায়রগা নোকফেৎ তৌহুনা থৈদোক্তুনা থরা চৎপা হৌরক্লে, মহুদা বোড়াচাওবনা অমুক তাম্নহুনা······· )

বোড়া—খোইমুবু শাওমনখিবদগী পামজনা শেমগ্রবী লৈ-নাচোম অসি হুন্দোকপিরম্লে।

পেমচা—ইনাক্তা লৈনিংম্রে হায়দুনা চৎখ্রবা লৈরাংনি, মানা পামজবা মফমদা লৈজহৌরসম্নু।

( অসি হায়হুনা মিৎচিনা হাইকেৎ য়েংলম্মগা নোকতুনা চৎখ্রে, বোড়াচাওবনা থবাই মুংঙাইনা মুম্না য়েংহুনা লৈহৌই। )

বোড়া—মানা পামজবা মফমদা লৈজহৌরসম্নু····। উম, লৈরাংদি লৈহোরে, অশেম্বা মপুদি চৎখ্রে। পামজবনা লৈহোবা, পামজদবনা চৎখিবা···। ইকায়হুনা তৌবা নত্তনা মপুক্লিং য়াওনা পামজন্ত্রবরনে ? অহুদি পামজদবা মীদদি করিগী মিংকী তেন শিজীম্নৈ ? ( থনবা ) চুম্মি, মনাইদি মপুগী

পুক্নিং থুং ইনজবনি। মপুনা পাম্বদ্র মনাইস্নু পাম্বনি।
অহুদা.........

( শঙ্গাই চংলকপা )

শঙ্গাই—মপুনা করি পাম্মদনা মনাইনা করি অমুক পামশিল্লক-লবগে? ঙাইখো, নথস্তা মুরুম মরুম শোন্দুনা অঙাওব-দৌনা তৌরিবসিবু করিগীনো? এঃ নাচোমসিদে, শোইদ্রে ঙাওরেদনা।

বোড়া—ইতাও, চুম্মি ঐ ঙাওরে। নাচোমসিনা ঐগী বুদ্ধি মাঙহল্লে। ঙাইখো ইতাও, নং ঐ নিংথৌ মনাইনি লোইশঙ অমতগী মচানি। নিংথৌনা পাম্বহু ঐখোয়স্নু পাম্মি, নত্রা? মসিবু ঐতন্না নংদি পামত্রা?

শঙ্গাই—করি তৌরবগেনে নংনা চোয়ত্রং-পাত্রং ঙাক্তা ঙাংথৎলক-ইবসিবো? নাচোমহুবু কদায়দগীনোনে?

বোড়া—নাচোমসিবো?..... মসি......, ঙাইখোদা ইতাও ঐনা হংইবক্সিতুম হায়গা খুমখোদা....। নংবু পামত্রনে?

শঙ্গাই—পামদবা য়াত্রনে। মনাই হায়বসিদি মপুগী পুক্নিং মতুং ইন্না চৎপদনা মথৌনি। নত্রবদি মপু মনাই কদায়দগী তিন্নবা য়াগদগে?

বোড়া—আঃ·· চুম্মে ইতাও, ঐনা থল্লম্বা রাখল চুম্মে। হৌজিক্তি থবায় মুংঙায়রে মরোল ওগায়না তম্মগে। নং হৌজিক··· মযুমদগী থোক্লকপনিদনা?

শঙ্গাই—মানি অদুবু কৈদৌরবগে?

বোড়া—নংনা অস্থম নখোয়গী লৈরক্লগী খোরকপদা শনাবুল পুবী লৈশাবী অমা থেংনরম্বরা ?

শঙ্গাই—হো হো অহুগী ওইরে। হরে হরে উম নং ভূত ওক্লরেদনা। ইতাও নং ভূত চংলে, শোয়ক্রে, ঙাওবা তারে।

বোড়া—করম্না ইতাও ? মুপীহুবু ভূতলনে ?

শঙ্গাই—ঙাইখো তপথখোনে, মুম্না তমথগে ইফিং ফিংগৎখিন্নু। মুপীমচাহুবু ভূতনি হায়বা ঝা নত্তে। মা উনকহুনা ঙাওরবদি ভূত ওক্লহুনা ঙাওবগা অমহানি, হনক্কম খংলরোয় হায়বনি।

বোডা—করিগী ?

শঙ্গাই—করিগী হাযববু মশকন্থ চিত্রবোংমুক ফজেদো। কুচুম্ন লৈহাও লৈরেম্না পকপা য়াদেদো, তিংদা যাংদাদৌই লাংবন উচিখোই শাবান্নি। মশম হায়রে কপ্লাক য়োই। ভুংয়ান য়েংলে লৈহিপাম্বা খোইমু কয়াগী মিহৌনফম মশক্কি, খোঙদা য়েংই তবা তবারদনা পিক্কক চেংতক লৈপাক মথক্তা নেৎপবু নারমগদবোয় নিংই। অদুগী মথক্তা খজায়দগীস্থ খজিক্তং লৈথরকপা চিনবান্দগীস্থ কারপ তৌবা নাতোন নাকচি ময়াদা শমক্রু মচা অমতং নোংলিবহুদি অউবা পাখং পুম্বগী মোংফম ওইনরিবনি। অহুগুম্বা শক অহু থেংনরুহুনা ঙাওথর্বদি ভূত ওক্লবদগীস্থ হেম্না শাথীফম থোকই। অহুনা মক্লপ ঐ মন্ত্র তাকে, নং হন্দবা তারে। ঙাওবা হেনখিবা তারে। সে, সে মুম্না তাও।

বোড়া—মন্ত্র হায়বদি মাবু ঐগী ওইনবা ?

শঙ্গাই—নত্তে নত্তে মাবু কাওনবা, মুংশিদনবা।

বোড়া—হুঁম...অদু ওইরবদি ঐ পামজদ্রে। মাবু উদনা লৈগ-দবগী শরুকপুদি উন উন অসুম্মক ঙাওজখিগে।

শঙ্গাই—তৌমুদা ইতাও, হন্নদা, নং নিংথৌগী সনা থৌগল ফং-লিবা মীনিদা।

বোড়া—মীওইনা পোকপদবু সনা লুপা য়াম্মা লৈগে, মীথক থোংনা পানগে, মীনা ফংনদবা পোং ঐগী ওইগে হায়না নিংত্রবদবু পুন্সি অদু করি কান্নফম লৈবগে? অম্মুক নিংথিখ্রবা লৈরাং অসি, মীনা হেক্তুনা চিনথিবা। অদুগা ঐনা তিংডক তিংডক য়েংহুনা লৈবা, পুন্সিসিমা! হুঁম্ মদু ঐ হুম্মোই। ঐ ঙাওরবসু অসুম্মক ঙাওজখ্রগে।

শঙ্গাই—ঙাওবা য়াদেনে, মসিমা করিনো, মীনা হায়রিবসি করি লৈবগে হায়বদি খঙ্গ্রহুনা। অম্মুক ফজখ্রবা লৈরাং অসিনা হুপ্লক্তা শাংপা থম্বালগুম চিনবিনবা নম্বিনবা লৈতনা মালংবগী শাগ্নপোং ওইহুনা লৈরিবসি নং খঙব্রা? মনিপুর সনা লৈপাক অসে নথক ইথকথোংবা, পাখং থোইমু লৈপাম্বা অঙাওবা য়াম্মা লৈথ্রপোংনিনে। অদুবু মতম অসি ফাওবা য়াক্তুনা লৈরিবসি নং খঙব্রা? মতা ইচা চাত্রহুনা, ইখন্দি খন্থদনা।

বোড়া—করিনোনে ইতাও নংনা হায়রিবসিবো? ঐ ভাব করি-মতা তাবা ঙমদ্রে।

শঙ্গাই—তো অতুননি ঐনা নংবু ভূত ওক্লরে, শোয়দনা ঙাওরে হায়রিবা। ভূত ওক্লরবা মী লক্ষা অমা তাক্তুনসু বুদ্ধি

তাবা হৌনদে। সে হায়ব্নগে ভূত তাম্থোক্নবা মন্ত্র কাম্নগে। মুম্না তারো—মুপী মচাসে গণক নিঙোলনিনে, খঙঙব্রা? মমিংনা পেমচা কৌবনি, মমা লুখ্রাবীনা য়োকপনি, হৌজিকুতি কমদৌরে ঙাওনিংলিব্রা?

বোড়া—গণক নিঙোল? ইস—

শঙ্গাই—হোয় হোয় গণক নিঙোল। কাম্নদে চৎসি চৎলো, কোম্নং অমুক্তা য়োৗহৌক্নসি। ঙসিদি লমদা-থাংজগী লিক্লোল শাম্নবা মুমিংনি। হঙ্গবদা উৎ ঙায়হাক্নং চাইরম্নগা ঙন্না কুম্মকুত্নুনা লিক্লোল শাম্নবা চৎনুসি।

বোড়া—মখোয়দস্নু শাম্নগদ্রা?

শঙ্গাই—শাম্নরবস্নু য়াই কনানা খঙনি?

বোড়া—অদুদি চৎসি, লিক্লোল শাম্নবদা অমুক্তা ফম্মিন্নহৌগে।

শঙ্গাই—হাঃ হাঃ হাঃ নং লৌশিন্তা খাজনা থিগে হায়বসি লাংঙে? ফৈ ফৈ। (নোক্নুনা অনিমক থোকখিবা।)

## ২ শুবা উৎপা।

থম্বৌস্নাগী মাঙ্লোল,—স্নমিদাংবাই

[ ফকলাং ময়াদা ফক অরোনবা অমা থাই মচুগী মথক্কা মচুতাবা

থুদৈ অমা থুপতুনা লৈ, মোড়া অমা, হিদাকফু অমা, শকয়েং মিংশেল শমজেং অসিনচিংবস্থ লৈ, মাঙ্গোল মচিদা তোনস্নাগা ইবোহলগা চৌবর শান্নরি ]।

তোনস্না—( হুনবা ) পো বার · ইস্...( পো চৎপা )

ইবোহল—শৌগ্রী ··

তোনস্না—থোক্‌তে থোকৃতে বোলনি। ( ইবোহল পো চৎপা তোনস্না হুনবা ) চারিদনা....বলিহারী কৌবগা লাকপগা, কমদৌই ইবোহল? ( পো চৎপা, চাবা )

ইবোহল—হেয়া লাকচনা তৌখ্রেদা। কচে · থোক্কেনহে···

তোনস্না—( নোক্কুনা ) পোড়া থরা বাংলিদা ইবোহল, তোনস্নাথোইগা শান্নবা য়াথিরোইদা ··( শরু শেম্বা )

ইবোহল—করি ভাই তোনস্না, অদুমকা তৌজ লাকচনু গুসাইদগী হৌনা ঐনা অস্নুম য়েংবনু নং মী উশিন্তবা অমা য়ান্না কন্না তৌরিযে।

তোনস্না—ঐনা কৈদৌরবগেনে? ঐনা কৈদা উশিংত্রে?

ইবোহল—নংনা থরিগী নো চুম্ন চুম্নগী রা মহাযযু, অদুদি নত্তনা ঐনু অরাক অরাক্কনা মিং পান্দুনা হেক কৌরিবসে? চৎনবী ব্যবহার থওদবা শারদনা। স্নাখ্যাগী মতৌনু নথোয়স্নু হেক ··

তোনস্না—এঃ এঃ থোল অসিদে! নংগী নমিংনু ইবোহল কৌবা নত্রাও? ইবোহল কৌত্রবদি করি কৌ হাইবগে?

ইবোহল—লৈবাক্কী চৎনবী তাদা মামা খুড়া লৈরি, অহুমশুাই-দনা। ঐস্নু ফর-ফম্ববস্নু ইমা স্নানা পোকপনি হায়বা।

তোনস্না—হো হো ঐনা খংউদদনা তৌবনি। ঐ লাম্লে, অহুদি ঐনা নংবুদি চহি হনবনিনা তাইবুংডো কৌবদি যাদ্রে। অহুনা শুসিদগী হৌনা স্নাই-মচা ইবোহল হায়না কৌরগে, করি হাযবগে? অসিদি যাদেদনা?

ইবোহল—য়াইনে মহুস্নু। ইকাই হাযবনিমা মীমাঙদা মিং হেক ফান্দুনা কৌবহু ··

[ইমুংদগী থম্বৌস্না তুম্মুবগী ফাবনদা মিৎ নোই-নোইহুনা থোক্লকই, খোদেম্মি। মহু তাবদা তোনস্নাগা ইবোহলগা ফিংনা হৌগৎলি, তোনস্নানা খুরুম্মি। ইবোহলনা ইমুংদা হিদাক হানবা চংখি। থম্বৌস্না ফমফমদা চংহুনা ফম্মি।]

থম্বৌ—কয়া কুইরে তোনস্না নংদে?

তোনস্না—(খুরু খুদক বুন্দুনা) ফনা কুইজরে ঐজ্জা।

থম্বৌ—অহু নং শবাম্লিদা চংলু হায়রহু চংলুবরা?

তোনস্না—চৎচরুরে ঐজ্জা। শগোলহু মচা অমা পোক্লম্মে।

থম্বৌ—হা। লাবরা অমোমলা?

তোনস্না—লাবনি ঐজ্জা।

থম্বৌ—ফরেদা ইবো, মোড়া অহু লৈতভৈদগী কাংজৈ থোগল তৌবসিদা খুংচাবা শগোল লৈতহুনা ওস্তোক্লা মুংডাইতনা লৈরবনি।

তোনস্না—ঐজ্জা হন্দক পোক্লিবা মচা অসিদি ওস্তোক্লা ফজম্রে

কাংব্রেম চাবা শগোল ওইনা শেমগৎপিবা য়াগনি ঐজ্ঞা। আর, হৌজিক ফাওবা খুদোঙ পুরক্লিনা ? ( ইমুংলোমদা ) মাগী মচা ইবোহল। কৈদৌরবগে খুদোঙ পুরক্লিবসিবো ?

[ মমুংদগী ইবোহল—পুবকএ পুরকএ ]

থম্বৌ—করি হায়বা তোনম্বা নংনা হৌজিক ইবোহলদা হায়বহুবো ? সনাগী মচা ইবোহল ? কদোমদগী মিংনো অহুনা অমুক ?

তোনম্বা—ঐজ্ঞা, ঙসিহু চৌবর শায়বদা ঐনা মিং ফান্দুনা অরাক-অরাক্লনা কৌই হায়রুনা ইবোহলনা য়ান্না শাওরে। খুং ফাওবা থোক্লগে তৌনরে। অহুদা ঐনা কিজরহুনা ঙসিদগী হৌনা সনাগী মচা ইবোহল হাযনা কৌজরগে হায়রুনা কৌজরবনি।

( হিদাক পুহুনা ইবোহল থোয়রকপা )

ইবোহল—থৌওই-উশিত্তবা মাল্লি হাযবা য়ানি।

থম্বৌ—করি ? মসিবু ঙাওব্রা করিনো ? নথক্কী অহলদা অহুম্না হায়বা হৌনব্রা ? লোইশঙ অমতদা লৈমিন্নরগা থকম্নি-থাসি নাইদনা চৎপা হৌনব্রা ? অম্মুক যাম্বা লৈপাক পুম্নমকসি নিংথৌ থনবা লোইশঙ কাবা নথোইগী নতৌ তমহুনা চৎ-কদৌরিবা ঙাক নব্রা ? নং মহু করিগী থঙদে। ব্যবহার থঙদবা শায়দনা। খুরুম্মুনে, ঐনা লাম্লে হায়হুনা নকোক লৈপাক তানা খুরুম্মুনে ...... ..

( ইবোহল তিংঙক তিংঙক য়েংহুনা লৈবা )

ইয়া, মীনা হায়রগা হৌজিক ফাওবা থুরুমজিনে—মসি ওল্লি য়েংউ ·· ( হৌগৎপা )

( ইবোহল য়াম্না তন্না তোনস্নাদা "ঐনা লান্-অংবে ·· ।" হায়হুনা থুরুম্মি )

থম্বৌ—অদুনিদনা, নখোই ব্যবহার কায়নবা য়াবা নত্তে। ব্যবহার কায়দবা মীতনা লিংজেল ফবনি মহু খংউ। ( অমাংঅমা, হিদাক থকপা, ) অহু তোনস্না, ওসিদি কদায় চৎলি হায়-বগেদো ?

তোনস্না—ঐজ্জা ওসিদি লমতাগী থাংজনি। লিকোল শানবা লেঙনবা তৌবনা ফগদ্রা ?

থম্বৌ—ওঃ চুম্মিনা, ওসিদি লিকোল নুমিৎনিনা! অদুদি ইবোহল, ঐগী ফী-য়োন ······ ।

ইবোহল—ঐজ্জা ··· ( চৎখিবা )

থম্বৌ—কদোমদা চৎসিগেদো তোনস্না ? করি লমদনা থবা নুংঙাইনি ?

তোনস্না ঐজ্জা, ৱাংথৈ লৈকাইরোমদা লেঙবনা ফগদমাল্লে।

( ইবোহলনা ফী পুথোক্লুনা থোক্লকপা )

ইবোহল—হুম নত্তে, ৱাংথৈ লৈকাইবোমদা নত্তে।

থম্বৌ—অদুদি কদায়দা ?

ইবোহল—থাংমৈবনলোমদা ঐজ্জা।

থম্বৌ—থাংমৈবন কনাগীদা ?

ইবোহল—হায়নবী খোয়দা।

থম্বৌ—হায়নবী হায়বদি কনা ?

ইবোহল—ননাই লৈনম্বী খোয়দা ঐজ্ঞা।

তোনস্না—লৈনম্বী খোয়দা ? শোইদ্রবরনে স্নাগী মচা ইবোহল ?

ইবোহল—শোইদ্রে। ঐ ঙসাই কৈথেলদা উনরক্ল-পোৎনি। লিক্কোলগীনি হাযদুনা পোৎচৈ যাম্না লৈদুনা পুথক্রে।

তোনস্না—অদুবু শইরবদি ফবেনে। চৎলগা চাথরুবা হায়বহনি। করি হায়বগে স্নাগী মচা ইবোহল ?

ইবোহল—অদুনি অদুনি ··

[ থম্বৌস্নানা খৈজোম হোংবা ইমুংদা চংখি. মরক অসিদা তোনস্নানা মিংশেল শমক্তেৎনচিংবা নাম্থাক খোতোক্তুনা শেম্মি, ইবোহলনা ফুরিৎ অমা পায়দুনা থম্বৌস্নাবু ঙাইদুনা লৈ, ইমুংদগী থম্বৌসনা খোক্তুনা ফুরিৎ লৌই, লিংশিল্লি, মথক মখা ওনলমদুনা ইবোহলদা শাগনা ·· ]

থম্বৌ—মথক মখা ওল্লেনহে। মসিদি ··( মমিত্তা কিম্না শুগে তৌবা )

[ ইবোহলনা ফিংনা ইমুংদা চেনশিন্দুনা ফুরিৎ অমা অমুক লৌথোকউই, থম্বৌস্নাদা লানশিল্লি, থম্বৌস্নামু হাম্নগী ফুরিৎ অদু লৌথোকুগা শাওনা ফক্লা লংপোক্তুনা অনৌবা ফুরিৎ অদু লিংশিল্লি, তোনস্নাগা ইবোহলগা চংদুনা শেমই, থম্বৌস্না ফমথদুনা শম্নচিংবা হাংলি অদুদগী কোইয়েং য়েংঙই ]

থম্বৌ- চৈশু খাৎলিনহে, মসিদি অমমম্তা হেক পুথোক্লকঅদুনা ওস্থোক্লা মুংশিখিদ্রেদা।

[ মসি তাবদা ইবোহল ফিংনা ইমুংদা চেনশিনখি, চৈশু অমা ফৈজোম ফিজিনা নান্ নান্দুনা পুথোক্লুনা থম্বৌস্নাদা লানশিল্লি। হন্দোরকপদা তোনস্নাদা মাস্নু য়াওনা চংকে হায়না হঙ্গৎপিয়ু হায়হ্না তুমিন্না হায, মতদা তে'নস্নানা থম্বৌস্নাদা ...... ]

তোনস্না-- ঐজ্ঞা ননাই স্নাগী মচা ইবোহলস্নু ভসিসি থৌগল ইনজগে হায়জরিমাল্লে।

থম্বৌ - মাস্নু চংকে হার্যবিবরনে? অহুদি মফী মরোল শেৎচিল্লুরো হায়ুদনা।

[ মসি তাবদা ইবোহল হবাওনা ইমুংদা মফী শেৎপা চংখিবা ]

তোনস্না - ঐজ্ঞা, ননাই শেকমাইগী খুল্লাকপন্থ চরণ খুক্কনজগে হায়হ্না কোৎখ খবগা যোৎচাক খরগা পুহ্নুনা লাকচরম্মী। অহুদা ননাই ঐনা থেওজিল্লক্লবা অতুদা ঐ চেক্তা হঙ্গৎপিরগে নং থেওখ্রগনি হল্লো হায়হ্না চৎহনজখ্রে।

থম্বৌ -- করিগীনি হাযবগেনে ?

তোনস্না—ননাইশিংগী লাই হরাওবগী ফমকমগী তৌনৈ হায়বহ্ ওইরমাল্লে।

থম্বৌ -- ওঃ মখোযগী ফমকমগী খংনৈ হায়বদো ? মহ্ ঐনা নগান পাবুংদা সেবকহলগা চৌবা থোল্লিউৈদদি হঙ্গৎলবনি। অহুবু অহুগী নুমিক্কদি পাবুংনা পৈশা থরা মাওলহ্না মেনতানা হঙ্গৎপা নাখিখ্রে। হযেংমুক তাঞ্জা চাবা অমদা লুক হারিউেগুম্মদা হঙ্গংকে। মাবু ওমহনগনি হায়য়ুদা। ক্লাগোক্তা নিংথিজনা হাল্লু হায়যু।

তোনস্না—ঐজ্জা।

থম্বৌ—অদু… ইবোহলদুবু লোইস্রিবরনে ? কৈদৌরবগে ওম্বোক্লম্ম কেথ্রবোইদা ?

তোনস্না—( ইমুংলোমদা ) স্নাগীমচা ইবোহল ! লাকও। স্নায়াখং লাকও হায়রে।

( ইমুংদগী ইবোহল মফী-মরোন শেংলদুনা থোরকপা )

ইবোহল—লোইজরে লেঙনবা তৌরসি।

থম্বৌ—চংলোনে, নং মাং থাওনে, কথিন্দার ওইনা হেক তৌরদনা মসিমা ··।

( ইবোহল ফিংনা মাংদা চেনথংপা ময়ামমক ইন্নখিবা )

তশুবা উৎপা।

লম্বী—মুমিদাং

( ইবোহলনা মাং থারদুনা থম্বৌস্না তোনস্না চংঙকপা )

থম্বৌ—ঐখোয় অসি ওক্তি-ওকথ্রবা মী হায়বদুনিকো তোনস্না। মীনা লমতাগী থাংজনি হায়দুনা কিনবনা মুমিৎ তাগ্রিঙৈনা থোঙ লোম্নখবে। অদুগা ঐখোয়না লিকোল শান্নবনি হায়দুনা মোইরাংথোমদগী থাংমৈবন তান্না চংলি।

তোনস্না—মানি ঐজ্জা, থনজিল্লুরবদি ফনা ইকায়বা য়াবা থবক্তি ; মসিবু করিগীনো ? ফোংউ স্নাই-মচা ইবোহল পাখোংনি।

ইবোহল—থৌরীনা চিংবা।

তোনস্না—করি থৌরী ? মেরা থৌরীরা, কাং থৌরীরা, শল থৌরীরা ? করম্বা থৌরীনো ?

ইবোহল—অমতা নত্তে। মসিদি · মিংচিগা শমজিগনা য়েৎনহুমা তা-বা মখোয়গী শ্রী শ্রীমুংশি থৌরী ঙকশমদা হুকচিন্দুনা চিংথী হায়বহনি।

তোনস্না—ভাল ভাল, চুম্মে স্নাই-মচা ইবোহলনা পাখোং ফোংলে।

ইবোহল—মথঙবনিদা ঐখোয়স্ম তোনস্না। অদু ঐ নহাল মখে স্নাথ্যাদা বা অমা হঙৎকে তৌববু ইকাউ কাউদ্রুনা লৈরে।

থম্বৌ—করি ৱানোনে ?

ইবোহল—ঐজ্ঞা ইচে মঙ্গীখোয়গী মনিংলোমদা মুমলোন ( মথুং-থেক্তুনা ) অমা-অনি-অহুম-উম্, অহুম চৎলগা শঙ্গোই মচা অমা লৈবহুদা বাঃ বাঃ শমলাং কোইকক্লরিবী লুতুং কিশিনব্রিবী শানৌ মচা অমতং লৈরিবসিদি ....

( পেনা স্নুরদা )

শিঙেল্ করিগা পাসিগে লৈরাং করিদা থাসিগে
মায়থোংনা তরামি থাজনি,
শাওংনা মরেপ্পা ঙম্বিনি শম্লাংনা কপ্লাক য়ৈবিনি
কুচুনা লৈহাউ লৈরেম্নি।
মুরানা য়োংথমদা ফমহুনা থাওদন মানবী থুক্তুনা
পাঙন্দোম কোঙ্গোম পায়হুনা

য়েংন হুম্ন ওইন ওক ওইন হুম্ন য়েংন ওক
চরৈ নমথাং শাবদা
শাইনা রাই রাই চাইবদো পাখং মোংফম শেম্মদো
শানৌ ইবেম্মা শবহেনবী।

থম্বৌ—আই, আই, মসিনা তৌবকইবসে। ঐদি ওকএদা।

তোনম্বা—ভাল ম্নাই-মচা ইবোহল। মথা তকুথসি····।

ইবোহল—(পেনা সুরদা) ম্নাথ্যা ইবুঙো শবহেন্‌বা
খোইমু লাবা খাংজেংবা,
লৈবাং মাগী মপোদি
শিঙেল মাগী মওংদি
ননাইনা খাবনা রাংপনি
শানৌগী মতৌনা হেন্‌বনি।

তোনম্বা— ফজেনে সত্য, লৈবাং চাকোই হায়র্থসি··· ।

ইবোহল—(পেনা সুরদা) শানোগী মিংলেন হায়বগা
মাইনু পেমচা পোইদো,
থম্বৌ পেমচা পক্লরে
মমানা মচা পমগুম্ম,
অতৈদা ননাই থঙজক্রে
লৈরং লৈথোং থিরক্লে। (থম্বৌম্নাদা)
লেংঙাসনে ম্নাথ্যা, লৈরাং নাওা য়োবসি
কাইদা কাইদা লেংবিরো
ননাইনা থোগল তৌজগে।

থম্বৌ—চয়োনহে, মসিনা হেক তৌরকপা অমা। নমাই অসোমদা ওম্বোকউনে। কিনে নখুৎনে নশানে তৌশিল্লক্কনুনে।

ইবোহল—( মমাই হুৎ লৈখোকহুনা, মাং থানা চৎনা চৎনা )

লেঙবিরক্লো স্নাখ্যা,

লৈরাং লৈখোঙ থিরুসি,

লৈহি পাম্বা খোইমুঙ

লৈহি পেম্বা থক্লুসি

লেঙবিরক্লো খোইরাবা

ননাইনা লম্বেল য়ানজগে।

( শকুন শকুন থোকখিবা, থম্বৌম্না তোনম্না নোক্‌ন নোক্‌ন হুং ইম্নখিবা )

৪শুবা উৎপা।

লৈনম্বীগী মাঙ্গোল—মমিদাং

[ লিকোল শান্নবগী পোৎচৈ লাওহুনা লৈ, লৈনম্বী, শঙ্গাই, পেমচা, বোড়াচাওবা, মঙ্গী ফমহনা লিকোল শান্নরি ]

লৈনম্বী—( লিকোল হুনবা ) পনছা ··

শঙ্গাই—ঐগী মীচংসি থোকখিব্রেদা, খুৎ অনিত্তা থোকই, রাশি ফংখিব্রে। ( পো চৎপা ) অমা—অনি···

লৈনম্বী—পো চৎপা মীগী মীচং ওইরিবদবু থোক্লবম্ম থোকত্রবম্ম

অমহানি, কৈদৌজরগবনো, পংচস্তা হেক চৎশিল্ল লিক্কোলহুম হান্নগেসে ··

শঙ্গাই—হোয় অহুগীবুদি তাদা লৈরিদনা। হাপ্লো হাপ্লো···

লৈনম্বী—হাপচরগে ভান্নু চিনপাকপা!

শঙ্গাই—হে হে শুম্বোক্লা থীনা হায়রেদা। অহুদি হাপ্লিরো থরোই নিংথাবী! ফরবরসে···( নোকপা ) হে লিক্কোল ইবেম্মা! ঐবু মীমাংদা হাৎকন্নুকো। হুনগদবা কিবু কিরেনে। ( হুনবা ) পনম্বা·। দাই ম্নাবা হৌনদেনে, মীচং কয়া লুদেনে। মীগীদি হা মুংশিবা পাম্মুবাককা হায়নবা হৌমৈ, ঐখোয়গীদি বদাই·· ভান্নু চিনপাকপা থঙ্গোং অরাংবা·

লৈনম্বী—হোয়নে হোয়নে হোরেলংথৈ হায়রগেনে। মুংশিবা সনাথুম অম্নুম হায়রবদি ফরেদনা ?

শঙ্গাই—হো অহুম হায়য়ুদনা শরাইসি মুংঙাইরেদো। ( পেমচাদা ) সে ইবেম্মা. মীনা ইমুং মনুং থংনবগী শম্বে শা মুন্না তাবিরমগ্রে। হাপচরগে থোংদনা চিকপী! ( পেমাচনা নোকহুনা মথুৎ য়াবা, থুমদবা ) অম্নক্রুংদি থুম্মুদনা অহুক তাসি।

মঙ্গী—থুম্মু থুম্মু থুমদবদি য়াদে।

পেমচা—করি থুম্মা হৌনবগে ঐদি হৈজদেদা।

শঙ্গাই—করিগী হৈতদগে অহুক চাওরবদবু। সে অমত্তং অহুক থুমদোকটলে।

লৈনম্বী—খুম্মোবা অমা হেক্তা। মিৎলাওবা হায়রগেদা, নাত্তোন-ত্তুম হায়গেরা নংনা হায়নিংবা অমা হেক্তা হায়জিল্লু।

শঙ্গাই—ইবেম্মা নংদি অফবা হায়রকপা হৌনদে। (পেমচাদা) সে নর্চেসিনা হায়বা তাক্লমু, ফজনা অমতা খুমদোকউসে। সেনে

পেমচা—হাপ্পীরো তাদা মীহাৎপা? (মযাম্মক নোকপা)

শঙ্গাই—এঃ শিরেদনা ফজনা খুম্মক্কদবোই নিঙই, শক মক্কজগা ওম্থোক্না থাগত্রেদা।

(মোইরাংথৌ চংলকপা)

মঙ্গী—এঃ ইবুঙো। লেংশিল্লকউ। (লৈনম্বীনা হৌগৎত্তুনা মোরা থাবা) লিক্কোল থোনাসদনা?॰

মোইরাংথৌ—যাম্মা ফ ন ইচে।

শঙ্গাই—হুম্মো হুল্লে ইবেম্মা মীওৎপী!

(পেমচা লিক্কোল হুনবা, পনচ্ছা থোকপা)

শঙ্গাই- তোঃ মসিমদি ফজৈদো, পনচ্ছা থোক্লেদো। হুল্লু, অমুক্কা হুল্লু...। (পেমচানা অমুক্কা হুনবা, খুং মরি থোকপা)
পনচ্ছা অমা খুং মরি। (পো চংপা)
(পেমচানা বোড়ানা লিক্কোল পিবা, বোড়ানা লৌগে তৌবা)
য়াদে যাদে, হাযনদনা লৌবা য়াদে। (থাম্বা)

পেমচা ঐদি হায খোৎপাসি কযা হৈজদে।

শঙ্গাই—যাদেনে অত্তম্ম, হৈতবা যাদেনে...।

পেমচা (ইকাইনা) হাপনবগে.... (লিক্কোল পিম্বা)

শঙ্গাই— য়াদেনে মথা বাংলিনে···

পেমচা করিনো হায়গদবসিবো, অদুদি তাদা তম্বিয়ো হায়জরগে।

শঙ্গাই—মসিদা ওখ্রা নাইবা য়াবা পোং নত্তে। ওখ্রাদি পুক্লিংনি। পুক্লিংগী য়াদি ওখ্রানা তম্বিহুনা য়োবা পোং নত্তে।

পেমচা—অদুদি চিন্দা লাকপা অমা হেক্তা হায়জরগেকো। হোয়েল লাল্লম-খোংলমহুনা শাউবিবদি য়াদেদো।

শঙ্গাই—করিগী শাউরুগদগে। মহুমক্তি ঐখোয়না পাম্মিবা। হায়য়ু হাযনিংবতা হাযয়ু।

পেমচা—হাপচরগে মুংশি লমজিংবা।

বোড়া—হাপ্পিরো · উম্ পুক্তি লোয়নবী।

শঙ্গাই—ভাল ভাল বলিহারী, অদুনিদনা পাম্লেদনা, য়াম্না হৈরম্মিবা পোংনিদনা।

( ইবোহল চংঙকপা )

মঙ্গী—ইবোহল! স্নাখ্যা লেংঙকপরা?

ইবোহল—লেংঙকই। ( কৈনম্বী ইমুং চংখিবা )

মঙ্গী—কদাই ?

ইবোহল—আ য়োরকঅনি। ( পেমচাদা য়েংলগা ) ইস ওস্তোক্লা ফজথ্রেদা সত্য।

মঙ্গী—করিবুনো, ইবোহল ? কনাংোনে ফজরিববো?

ইবোহল -হাঁ, ঐ ইশাবু হায়জবনিমা। ( কৈনম্বী খোল্লকপা )

লৈনম্বী—( মোইরাংথোদা ) ইমানা অমুক্তা ইমুংদা চংবিরকউ হায়রে।

মোইরাংথো—করিগীনি হায়বগেনে ?

লৈনম্বী—খঙদে, বা অমা হায়গদবা লৈ হায়। ( মোইরাংথো চংখিবা ) কৈদৌনা লাকচশারিবনো হায়বা ?

( থম্বৌম্না তোনম্না চংঙকপা )

মঙ্গী—এঃ ইবুঙো লেংশিল্লকউ। হায় লৈনম্বী, ইবুঙোগী খুদা।

( লৈনম্বীনা মোড়া থাবা, থম্বৌম্না ফম্বা )

তোনম্না—লিকোলসিদি চিকথরম্মেদা।

লৈনম্বী—চিকথজবিযে, ওম্বোক ওম্বোকপদা হেক ঙাংশিল্লকঅগ-দবনি। থেংঙেমখৈ লেংঙকঅগা।

তোনম্না—এঃ এঃ পোনবিযুদা, হায়জদেদা।

( ইবোহলনা থম্বৌম্নাদা পেমচাবু তুমিন্না থিম্মুনা তাকপা, থম্বৌম্নানা লোল্লপ্না "ফজৈহে" হায়রগা মুম্না য়েংহনা লৈবা, মতৌ অসি উবদা পেমচা হৌগৎতুনা ইমুং চংখিবা। ]

শঙ্গাই—( বোড়াদা ) অদুদি ইতাও ঐখোয়ম্ম চংলসিনা ?

বোড়া—য়াম্না ফনি ইতাও। ( শঙ্গাই বোড়া হৌগৎপা )

শঙ্গাই—( থম্বৌম্নাদা ) স্নাখ্যা, ননাই ঐখোয়দি থরা হাঞ্জরম্মগে।

থম্বৌ—চৎলগদরনে, ঙাইহাক শান্নখিসিদনা ?

শঙ্গাই--ননাই ঐখোয় ওম্বোক্না কুইজরে, ফীদা থাদ্রিঙৈদগী লৈজরক্লবনি।

ইবোহল—ইচিন ইনাও! ঙাইহাকম্মু মশান্নখিসিবা ?

শঙ্গাই—ঐখোয় চৎচরগেদা··· ।

ভোনম্বা—শাম্নখিসি হায়বা য়াত্রবনিনা চৎলবা হায়বহৌনিদনা।

( শঙ্গাই বোড়া চৎকে তৌবা, পেমচা থোক্লকপা )

পেমচা- তাদা লেংঙগেরা?

শঙ্গাই—চৎচরগেনে ইবেম্মা।

পেমচা—ভাইহাক্তা ভাইবিখোবা। ঐসু চৎলনি। ইমা লাক্লনি।

বোড়া—অহুগা চৎলসিদনা ঐখোয় থিন্নমগে।

পেমচা—অহুবু ···, ভাইহাক্কনি লাকঅনিদা—।

মঙ্গী—লাকওদনা পেমচা কৈদৌরে?

পেমচা—( বোড়াদা ) সে···ভাইহাক ভাইখো হায়বা।

বোড়া—চৎলগেদা।

পেমচা—য়াদেয়ে চৎপা।

বোড়া - য়াইয়ে।

পেমচা য়াদেয়ে। (নোকপা)

মঙ্গী—লাকওদা বারিহু হয়েং চয়া হেন্নমখৈ শাসিদা।

নৈলম্বী - হায়গুম্মদনা পেমচাসিমা লাকও হায়বা।

পেমচা—( লোল্লপ ) চৎখিন্নুকো ( হায়রম্মগা চংহুনা কপ্পা )

শঙ্গাই--চংসিনে ইতাও।

বোড়া -অ-হু-বু-

শঙ্গাই- ( নোকহুনা ) কৈদৌরবা?

( তাঞ্জা অসিদা থম্বাল মৈরা অমগা চংলকপা )

থম্বাল—সুমীমচা! চৎসিদনা।

মঙ্গী—ইচে, ঐখোয় ঙাইহাক লৈরগা থিল্লকেবা।

লৈনবী—ইনে ঙাইহাক শান্নখিগে, চৎপিরম্লো, ইচেগা ইবানি থিল্লকে।

থম্বাল—ইবেম্মা ঙসিদি থেংগ্রে পুব্রগেদা। লমতাগী থাংজগা ওইবনে থেংনা-মম্না চৎথোকপস্থ ফত্তে। ইথক্তা য়ুমদা লৈবস্থ ওম্লোক্লা কিগ্রে। মতুংদা চামরক লৈরি। ঙসিদি অসিবাইদা অস্নুম্বক তোকওদা। করি হায়বগে? লাকও লাকও মুপীমচা। ( পেমচা হৌগৎপা )

পেমচা ইনেস্থ ইচেস্থ ঐ চৎচরগে।

মঙ্গী—ফরে অহুমঙাইরেদনা।

[ পেমচা থোকললকপদা হাইফেৎ মিৎচিনা বোড়াদা য়েংলম্বা, শঙ্গাইগা বোড়াগা নোকমিন্নতুনা পেমচাগী ভুং ইন্নখিবা ]

মঙ্গী—ওম্লোক্লা মুংশিখিব্রেদা মখোয় মমা মচাসে। তাঙ্গা চাদনা লুনা তৌরিবনি হায়দনা। ঐখোয়দি অস্নুম্নকা তৌজরক্তে।

ইবোহল—শাওবিরুমু ইচে, মসি ঐখোয়গী দাইননি। ঙসি যাত্রা কয়া ফৎলম্মোই। অহুননি। অতুবু থজাইদগী শম্বু মচাদো····বলিহারী।

তোনম্মা—হেরা মখোয় চৎপ্রগা লিকোল তোকঅগব্রনে? করা ইকাইবা য়ানিদা।

ইবোহল—করিগী তোকউদগে। থরাইদবু থরা মুংঙাইতে হায়ব-

তোনস্না— করিগী মুংঙাইতদগে, ঐদি মুংঙাই। ময়াম মরাং জরাং তৌদুনা শান্নগদবগী শরুকপুদি চিকথনা লেন্না ঐখোয়-মখৈদা শান্নবদুনা হেন্না পামজে। সে শান্নসিসে…।

(চংদুনা লৈনস্বীগী মনাক্তা ফম্বা)

মঙ্গী—হোয়দা মখোয় চংগ্রগবু লিকোল কায় হায়ব্রা। ইবোহল চংঙকউ শান্নসি লাকও। ইবুঙোমু লেংশিল্লকও ঙাইহাক থোনসি। (থম্বৌস্না হৌগৎতুনা চংঙকপা)

থম্বৌস্না—সে সে শান্নরসিসে। (লৈনস্বীগী মনাক্তা ফম্বা)

ইবোহল— অদুদি হন্দক্তি মীচং নিংথিজনা থায়দোকতুনা শান্নসি, সে তোনস্না মীচঙ অমুক্তা থায়দোকে অমুক্তা হৌগৎ-লকখো। (তোনস্না তিংঙক তিংঙক য়েংবা) লাকখো-নে ঐ মীচং ফজনা অমুক্তা থায়গেনে। (তোনস্না তপ্না হৌগৎলকতুনা ইবোহলগী মনাক্তা লেপপবা, ইবোহলনা মথুৎ পায়তুনা "সে সিদা ফম্মুসে" হায়দুনা মঙ্গীগী মনাক্তা ইনশিল্লম্মগা মহাক্না লৈনস্বীগী মনাক্তা তোনস্নাগী হান্নগী ফমফমদা চংদুনা ফম্মুবা)

মঙ্গী— হন্দকী ইবোহলগী মীচং মথায় অসিদি ফজখ্রেদা। অসিদগী করম তৌবা?

ইবোহল— অসিদগীদি ঐঙোন্দগী স্নাথ্যা ফাওবা মীচঙ অমা, স্নাথ্যাদগী তোনস্না ফাওবা মীচঙ অমা, লোইরেদনা।

থম্বৌস্না—তোনস্না, ইবোহলনা থম্না লাকচগ্রবোইনা?

তোনস্না— ঐজ্ঞা। (ময়াম্মক নোকপা)

চাক্লিবা— ইশৈ।

হে পুক্লিং অপঙবা মায়া ইপাক্কা লুপ্পিবা
চেনগমু অপিকপা পুকচেন
মতম হায়বী লাইরেম্বী শকলোন নাইবী লৌনম্বী
চেনখ্রি ওত্তনা ইচেল
মতম চারিঙৈ চংহৌরো পাঙ্গল লৈরিঙৈ উংহৌরো
নিপা থোকপা নথৌদি
তাইবং লানফম ময়াইদা লাম্মা ওইবা নহাক্কা
তৌগমু নিংহন চাবদি।

(শরু শরু থোকখিবা)

বোড়া—উম্, নিপা থোকপা! চুম্মি। নিপা ওইনা পোক্লগা নিপা থোকপা উৎপা ওমদনা নিংবা কায়না শিথিবা! ফনতুম নোক্লিংবা রানি। চুম্মে, ঐগী রাখল লালুরে। নিপা থোকপতনা থবক পাঙনবগী মরুনি। ওসিদগী ঐগী রাখল হোংলরোই···পেমচা লৈরাংবু হেক্পদা বোড়াচাওবা ঐহাক অমাবা কোজাই খাঙব্রগে। (চংখিবা)

(ইবোহল চংঙকপা)

ইবোহল—য়াওশংদি হয়েং হংচিংতা মঙাইশিল্লকএ। মসিদা লৈশাবী মৌনহানা ইশৈ থরা হনবিমু তাইবুংঙো হা্রক্ল-বদি ঐ চোপ্পা তারে। মী চিক্লিঙৈসিদা ইশৈহুম ওাইহাক্কা ওরাইহৌখিগে। (থাবল চোংবগী ইশৈ শকপা)

লোইখিনা ফীজিন চল্লিবা
লৌরিনা লায়েং থোক্লিবা

খৈনা য়াংকোক মগুংশুম
লোকমায়না খুদেং শাবলম
বিষ্ণুনা ফমদেং ওইরিবা
কংলাদা শুরুং ফাওরিবা
মণিপুর সনা লৈপাক্লি
শিবগী লেঙদবা খুভমনি। (চপ লেপ্পা)

মসিমদি ফরে। অসিগী মথাদি · হরি হরি বোলা ··
হে হরি (খোঙথাং হাপ্পুনা)

ওসিগী কোরৌ, নোংজাদা
হরিগী মিংলেন, শোনবদা
ননাইদি মুর্খ, ওইবনা
সভাগী খোগল, তৌবদা
যোল্লবা কাদা, ভাকপিয়ু
লাল্লবা কাদা, কনবিয়ু

[ইশৈ লোইদ্রিবৈদা লৈনম্বী মঙ্গী চংলকই, থাপ্লপ নোক্লুনা লৈ, লৈনম্বী মচিন খুমথুনা নোক্লম্বদগী থাভবা ওল্লক্লুহনা লাউনা নোকথোক্লক্লে, মথু তাবদা ইবোহল কোয়েং য়েংওকই, লৈনম্বীগা মঙ্গীগা উবদা ইকায়বনা লৈফম খঙক্রে]

ইবোহল—হে হে লোৎতুনা মীগী মতৌ য়েংবিরম্মিবোইরে?
লৈনম্বী—য়েংজদেদা হৌজিক্কা য়ৌরকপদা মঙাইরি।
মঙ্গী—ওস্থোক্লবু হৈথ্রেনে ইপুরাদে। হন্দকী য়াওশংদা ইশৈ হনবিদবা য়াদেকো।

লৈনম্বী—বার্ত্তোন হৌজিক্তগী হোনা তৌজরবনি। হয়েং মতম য়েৌরগা শংদেকা হায়বিবদি য়ারোইদবনি।

ইবোহল—এঃ কদায়দগী, ঐদি কয়া থোইদোক্লা হৈজপোং নত্তেদা।

লৈনম্বী—হৈ হাযবস্মু খঙজবে, হৈতে হায়বস্মু খঙজরে। অদুবু বার্ত্তোন হানখিবা যাওববরনে ?

ইবোহল—ওস্থোক ওস্থোকপা, কনানবু বার্ত্তোন তৌবিগদগে ঐগী শক মথী অসিদা

মঙ্গী—ইপুরাবু কনানা থী হায়রবগে ? কল্লক্কুনা পঙহায় হায়বা ওইরিনি।

লৈনম্বী—শোইবিরম্মুকো।

ইবোহল—হোই, হৈজদে হাযবা যাত্রবনিনা অদু মঙায়রেদনা। অদুগা ঐবু হৌজিক স্বাথ্যানা লিক্কোলগী চাক চাননবা পৈশা থিম্মুচো হাযদুনা লাকচবনি। ( পৈশা লৌথোক্কুনা )

মঙ্গী—কৈদৌঙৈ চানসি হায়রকপগে ?

ইবোহল—হয়েং অয়ুক। অদুগা অরুবা অমনা, নহালগী লিক্কোন য়াওবী লৈশাবী অদু শোয়দনা য়াওহন্দবা য়াদে হায়রকই।

লৈনম্বী—ঐনা য়াওহল্লোই হায়রকই হায়দুনা থরা তম্মিম্মু।

ইবোহল—হোই হোই তমজগে। নহালগী লিক্কোলগী রাথোক অদুদা ঐখোয় স্বাথ্যাগী খুঙ্জি পায়বিহৌররাওইরে··· ( মখুবাক নোইদুনা ) খনজদুনতা লৈবা ঐখোয়বুদি

মীরাইবিথ্রেদনা ( মীংচিনা য়েংবা, লৈনথী মন্ত্রী নোকপা )

মন্ত্রী—করিগী মীরাইরুদগে ? ইপুরানীনু মতম লাকখিনি।

ইবোহল—হোই, মতম ঙাইহনা শিবা কাওবা লৈবা হায়বনি।

( হায়দুনা মীংচিনা য়েংলম্বগা চংখিবা )

( মোইরাংনিংথৌ চংঙকপা )

মোইরাংনিংথৌ—লৈনথী, ঙাইখো। ঐ নয়ুমদম য়ৌরুরবনি। কৈথেল কাখি হায়দুনা তাম্নরকইবনি। নংনা নহাল লিক্কোল মুমিত্তা তৌবহু করি মতৌ হায়বহুনো ? ঐনা নংবু বা অমতা হায়রমগে হায়বদা নংনা তাশিন্নদহুনা লৈববু ঐবু উশিত্তহুনা তৌরিব্রা ? নত্রগা থম্বৌম্নাগা মন্নুংগী বা লৈনহুনা কিহুনা তৌরিব্রা ?

লৈনথী—কৈদেনোনে ? ওস্থোক ওস্থোকপা হেক্তা হায়জিল্লক-দবনি।

মোইরাং—অহুদি করিগীনোনা ? ঐনা নংবু মতম অমুক কুইবসি য়ুমগী মুগীদগী হেনা লুনা থম্মি। নংনা হায়বা থবক্তা তৌরি। মসিদা নংনা ঐবু মীমাংদা অহুম হাংলিববু করি নথরাই মুংঙাইতবা লৈরবগে ?

লৈনথী—হাংপগী বা নত্তেনে। ঐবুহুম য়োনবিবনিনে। কৈদৌগে করিগুম্বা ভাকপিনিংবা বা লৈরমনু ইমুংদা ইমা লৈরি, ইমাবু কৌহমবিবা মাই। অহুদি নত্তনা ময়াম মমাংদা ইমুংদগী ফন্নুনা খোকপিরক্নপা পাক হেক কৌথোকপিরকপা অহুম ঐবু লুকমাইদা হাপ্তুনা

থম্বৌ—অহুদি লিকোল হৌরো। অহুগা ইচে, হৌজিকী লৈশাবী মচাহ কনানো?

মন্ত্রী—কাম্নদেদা ইবুঙো, খংউদনা কান্নপোং নত্তে:

থম্বৌ—কম্নিগীনোনে?

মন্ত্রী—গণক ম্নিঙোলনিস্নে ইবুঙো!

থম্বৌ—উম্, গণক, ওম্বোক্না তৈন্নত্রেদা।

ইবোহল—শোয়রে শোয়রে, মালংগী ফুরা নিঙথাইরে।

থম্বৌ—কম্নিগী নিঙথাইরুনি, ওইজসনু গণক, থম্বৌম্না ঐগী থুত্তগী কদায়দা লিংকনি।

লৈনম্বী—হে ম্নাথ্যা ইবুঙো। শঙ্গাইদন্ন অনি অহুম মরৈকো, অহুবু হেক উম্নিমধৈ পাম্বা হায়বহু ওইরে। তাজনিংত্রেদা অসিগুম্বা বাসে—লিকোলহুম্ শান্নরসিদা।

তোনম্না—হোয়দা শান্নরসিদা—(মোইরাংথৌ ইমুংদগী থোক্লকপা)

মোইরাংথৌ—লৈনম্বী! ইমুংদা অমুক্তা চংলকউ রা অমত্ত হায়রমগে (লৈনম্বী হৌগৎকে তোবা, থম্বৌম্নানা ফীজি পায়হনা চিংথবা)

থম্বৌ—কদায়দা চংকদৌম্নিথনো? ঐগা ফম্নিন্নরিঙেদা চংপা য়াদে। ফম্মু। (লৈনম্বী ফমথবা) কদাই লিক্লোল হৌরো।

মোইরাংথৌ—মং য়াত্রেদনা?

থম্বৌ—ঐনা হায়ম্নিবাসিনি য়াজ্জে।

মোইরাংথো--স্নাখ্যা, ঐনা হায়জরিবসি করম্বা মীওংদনো হায়বা খঙবিররব্রা ?

থম্বৌ—খঙই, খঙন খঙন হায়রিবনি। নং কৈদোগে হায়বগে ?

মোইরাংথো—স্নাখ্যা ঙসিগী লিক্কোল অসি ঐনা শান্নজহনবনিনে। মসি স্নাখ্যা খঙবিব্রেমাল্লে। লৈনম্বী! ঐনা হৌজিক নিংথিজনা হায়রিঙৈসিদা য়াব্রবদি কয়া ফজরোই।

থম্বৌ—হাঃ হাঃ হাঃ লিক্কোল মপু ওইরে? থাংমৈ রাইবিরকই অসিরা? পুবিখ্রো থাংমৈসি। ঐস্তু হৌজিকমক অসিগুম্বা চামা পুরক্কুনা থানবা ঙম্বা নিপানি। ইবোহল! চৎলু হৌজিকমক শঙ্গাই অচৌবদগী থাংমৈ লৌরুচো।

ইবোহল- ( হৌগৎতুনা ) ঐজ্জা।

মঙ্গা—ঙাইখোদা ইবোহল, ফজব্রেদা। মীনা তারগা য়াম্মা ফজদ্রে।

থম্বৌ—হেরা ইচে, খাম্মুম্নু। চৎলুনে তোনস্না, করিনো তিংঙক তিংঙক য়েংহনা লৈরিবসিবো।

তোনস্না—স্নাগী মচা ইবোহল, হৌজিক ফাওবা চৎত্রিবোইরে। অহুদি ঐ চৎলগে। ( চৎকে তৌবা মঙ্গীনা খামহনা )…

মঙ্গী—ঙাইখো হায়বনি কৈদোগে তৌরিবসিবো। মপুগা হেক চপ চাবা মনাই হায়বদু ওইরে।

মোইরাংথো—লৈনম্বী নং ঙসি ফজদোরি।

মঙ্গী—হেরা ইবুঙোম্থ ··ঙাইহাক্তা খিং তুমিন লৈবিংখোদা। করিম্থ লৈতবা অসিগী দমক্তা ঐখোয়বু মীমাংদা য়োনাবরগা করি ফজবগে? ফজদেদা নিপা ঙাক্তনি, রাখল মুন্না তৌ-বিয়ু। ঐখোয়গী খরম্থ ময়েংবিয়ু।

মোইরাংথৌ—ফরে ফরে ইচে, ঙসিদি ঐহাক ইচেগী মায় য়েংঙ্ক-হুনা অম্থম্মক চৎচরগে। অহুগা হু লৈনম্বী, অমুক্তংদি খঙগদবা লৈদনা। (চৎখিবা)

থম্বৌ—ইসে, য়োং ভূত ইবোহল হায়বসিদে। চৎলুনে থাংমৈসি পুজখ্রো হায়হুনা তান্নদনা হায়রুনে।

ইবোহল—হাই নিপা। ঙাইখো থাংমৈসি পুখোনহে ·তারিব্রা, হল্লকখো লাকখোনে। (তিংঙক তিংঙক লেপ্লুনা লৈবা)

থম্বৌ—তোনস্না নং অসিম্থ চমফুৎ ওম্থোক্লা মানগ্রে। থাংমৈসি পিথোকউনে অহুগা অমা পুরকউনে।

তোনস্না—ঐজ্ঞা (খর তান্নহুনা) ঙাইখোহে ঐ লাকএ, নংগী থাংমৈসি পুজখো। চৎসি সনাগী মচা ইবোহল, তান্নহুনা থাংমৈসি পিথোকঅগা খোংবান্দা ইম্থসি। ঙাইখোনহে নিপা, নংগী থাংমৈসি পুজখোনে—

থম্বৌ—ইবোহল. তোনস্না, নখোয় ঐনা হায়বা ইন্ত্রেদনা? নখোয়গা তিন্নহুনা ঐ মায় পাকপা হৌনদে। য়োং চমফুৎ-শিং অসিদে। খঙগনি নখোয় ঙসি অমতং মুমদা লাকউ। সেরা—

(শাওনা চৎখিবা, ইবোহল, তোনস্না কিনা কিনা তুং ইম্নখিবা)

অহুবা উৎপা।

লম্বী—মুংথিল

( বোড়াচাওবা য়াথল তৌনা চংলকপা )

বোড়া—ঈশ্বরগী মায়া অঙকপনি। ফত্তে খঙল খঙন অপান্বা হায়বজুনা উৎ চাইহনা চিংজুনা পুবদা য়াদবা কনাম্ব ঙমদে। ইস্ অপান্বগী লিচিং, ওহোঙ্কা কনখ্রেদা! পেমচা হায়বী-সিগী মশক হেক উকবদগী ঐগী পুক্লিং অসি লৈফম খঙব্রে। মা গণক নিঙোলনি, লৌন-লৈনবা য়াদে হায়বা অচুম্বা য়াথলসিতা খল্লুবদা ইশা পুম্বসি মৈ চুবগুম থোকই। কাউনবম্ব ফনা হোৎনৈ, ওম্বা কৌবা লৈত্রে। করিনো ঐনা হৌজিক তৌগদবসে? ঐবু মথোয়দা চৎখিসিন্না? ( খনবা ) হুম্ চৎপা চুমদে। সমাজনা য়াদবা ধর্ম্মদা কায়বা থবক তৌরবদি ঐগী হুৎগী পুন্সিদা অবাবা নংলবা নঙনা অতৈ করিম্ব থোক্লরোই। অহুদি মাবু কাউবা তাই, থাদোকপা তাই। ঙমগদ্রা? হায়য়ু, পুক্লিং, নং ঙমগদ্রা।?… মহুম্ব… ঙমগনি নিঙদে, পেমচাবু উদনা অঙুম্বক লৈবা, মহু ঐ ঙম্মোই। অহুদি ··অহুদি···হুম নঙ্গে · চৎনবী! চৎনবী! ওহোঙ্কা নিপা থোকপা ঙমখিদ্রেদকো····। ইস্···

( চাক্সিবা নিপা অমা হুঁশে শঙ্কুমা চংলকপা )

য়োলবিবা নত্রাও ? অমুগবু ঐঙোন্দা ইমাল পিখিবদি নিপানি হায়দনবু ।

মন্ত্রী—চুম্মিদা ইবুঙো, হন্দকী রাকমসি ইবুঙোম্বু লান্দে, ইনাওসিম্বু লান্দে। ইচুম হেক চুদ্রে। ফুংশিনবা লৈমিন্নবা হায়রসিদি খংনদবম্বু ওম্বা পোং নত্তে। নোংমম্বু খংনগনি নোংমম্বু চান্নগনি। হৌজিক হৌখিবগীদি হৌদ্রে, মতুং খওনরগা কায়নদনবা চংনরগা লোইরে। ইবুঙোম্বু লেংঙো, ঐখোয় কৈথেল ওহাক য়োকখিগে। লম্বীদা অম্মুম খংন চৈনবসি মীনা উখি ভাখিবা য়াওরগা ফজবা পোং নত্তে। লাকও লৈনম্বী কৈথেল অহুক য়োথোকউয়সি। লেংঙো লেংঙো মুমদা নিংথিনা পোখাত্নুনা লৈবিরম্মো । ( লৈনম্বী পুত্নুনা চংখিবা )

মোইরাংথৌ—ফরে, হন্দকী মতৌসি ঐনা পামজবমক থোকলে। খওলবম্বু খওশিন্নরোই, উয়বম্বু উশিন্নরোই। মসিদগী হান্নগী মতৌম্বু ওকায় কায়দনা লৈহনা তাঙ্গা ওাইরগে। থম্বৌম্মানা ফল্লিবসি অমুক্তং য়ৈথেক্কে। হেক ফুংপমথে পৈশা লৌগে, মীগী শেল্লোন শিংনহৌগে। সেন্না··· অচৌবা মচা ওইরগা পৈশা থন্না পান্নরগা মী-পুবসি মানা তুমিং কাংদৌনা উরমাক্লে। লৈনম্বীথোয়গী ইমুংদা চওবা তোকপা য়াদ্রি, অপাউবা খওহনবা য়াদ্রি। ওক্তি ওকথ্রেদকো হে ওক্কমী মুপী! শমজিদা অমা, শেগ্রাক্তা অমা, নাকন্দা অমা, মাংদা অমা, মুংদা অমা, অমতা

হেক খঙহন্দনা উহন্দনা থম্বা ঙম্মিদকো · হাঃ হাঃ হাঃ···
(থোকখিবা)

ঙন্নবা উৎপা।

পেচম্গী মুম - নাক্কোল—মামচাংবাই

[ পেমচানা ফনেক লোন্মুনা লৈ, খরাই মুংচাইনা ইশৈ শক্লি ]

পেমচা— (ইশৈ)

থাদোকপিমুকো মুংশি লমডিংবা
চিংবিহ্নে খুজেং পালোইনদুনা
কাওবিমু তোল্লবী উরিনি, পামেন্দা য়েৎপনা মশিন্নি
তাংজবনা লমচৎনা মপোক্কী।
লেপপিয়ু নাক্তা লেঙদনা, থম্বিয়ু চেংনা নিংথিনা
কনবিয়ু পাঙ্গল শোনাবনি।
শাৎচগে পামেল থক্কুদা লেন্নজগে লৈপাক মমাংদা
য়ানজগে মহৈ পোকপগী॥

[ বোড়ানা নাকথদা ছুমন্না ইশৈ তারম্মী, পেমচানা মমাই লৈথোরবপদা বোড়াক্কু ভরুরে মচুপ ইবা য়েনা লোপ্পা ঙমদহুনা ইমুংদা চেনাশিনখ্রে ]

বোড়া—( নোকমি নোক'ম তৌদুনা ) কনা কনা লৈবগে বা অমত্তা হংজগে? ( খুম্মকতবা ) তানা তানা খুম্মক্কবা হয়েংমুক্কী মপোক্কা না পঙই হায়বনিকো।
( পেমচা ইকায় ইকায় থোক্লকদুনা মোরা অমা থাররে ) ইকায় খঙদবা ঙাজবানা হায়রগা অম্মুক য়াম্না ইকায়থীবা? পুক্লিংগা থবক্কা য়াম্না শোইদরে।

পেমচা—লুমহৎ না মীগী মরা তারঙ্গবা ইকাযত্রবনিনা ঙাংউবা মীমা ইকাঞ্জবা হায়বহুনি ।

বোড়া পুক্লংগী ৱাদি হায়দোকওই থম থম হেক্কা হায়দোকচরকপনি লুম্মুবা অমুক নাইত্রবস্থু মথক্তা শন্দোকচরকপনি ।

পেমচা- করি শন্দোকলকখবগে ?

বোড়া- শন্দোকপা হাযববু হৈজিক্কী ইশৈছুনিদনা ।

পেমচা -ইশৈদা করি কবি যাওখ্রবগে ?

বোড়া উরিগী য়েংনকম ওইবিম্নুককা হায়খিবহুনিদনা ·

(পেচা হায়কে পেক্লুনা মরাই লুকখহুনা নৌখিবা)

চুম্মদনা ? খু ক্রেদনা ? (পেচা হায়যেং পেলম্মগা খুমদবা) উবি হায়বা ডাংরা তৌনা পামেনদা য়েৎপনি, অদুবু করি নাঙ্গিগুম্বা উবদি খৈনা উবদ পামেল নাঙ্গ হৌনমক য়েৎপদা মুংমাহরোং খন্দনবা লৈমায়থক্তা ঙা স্মক শন্দোকতুনা লৈবস্থ যাওই ।

পেমচা—উরিদি পঙলবান, তাক যক্ত খঙজদবীনি, তিংথং পাম্বি ওইবস্থ নাঙা হৌবা পামেন্দা য়েৎচবা নশিল্লনি । পামেলনা ৱাই চিনগান খন্দুনা কস্থোকপিবনা য়েৎচবা ঙমদবা ওইরিনি ।

বোড়া—পামেস্থুদি কস্থোকচকবদি হায়বিরুম্নু । উরিহুদবু অমুক্তং মনাক নকচনা চল্লবাদ পোবচেক্সী মহৈ য়ারে খনজরিবনি । অদুবু উরিহুনা য়েৎপদি লায়রদনা থাপতোক্কদবদা মরাক্কৈ ।

পেমচা—অদুনি মরম লৈরমগনি। পামেলগী গুম্না চাওমনখিবমা চংহুনা য়েংলুবা কিরহুনা মথন্তা থাপতোকচখিবহুম ওইরিনি।

বোড়া—নত্তে নত্তে অদুক হায়বা গুণ লৈজবা পামেল নত্তে। মনাম্ন পুশুদেদো মউস্ন চাওদেদো, মশা মমেংস্ন য়ামদেদো। মসি উহুনা উরিহুনা য়েংনিংদবা ওইরম্বা তাই।

পেমচা—মহৌশানা তাংজবী ওইরক্লবী উরিনা তাংজফম ফংলগা তাংজদনা লৈবা ঙম্বা হৌনদে। অদুদা…

বোড়া—অদুদা কমদৌবা?

পেমচা—কমদৌবা হায়ববু পাঙদবী ওইবনিনা মতুংগী খঙহুনা চিংনজবদগী ওইরমগনি।

বোড়া—চিংনবা হায়বদি করম্না? করি চিংনরিবনো?

পেমচা—হয়েং উরিহুনা য়েংচকরে, মতমগী মথুংইম্না লৈরাং পোম্লকনি শিঙেল শাংলকনিদো। ফমখিরবা কালেনগী য়াক্লবা মুংশানা খোংলবা লৈরাংদা য়েশিল্লক্লবা. নোংজুথাগী অকিবা ফংলবা নোং মুংশিংনা নৌরবা লৈখোক্তা কম্না হমজিল্লক্লবা মতম্লহুদা পামেলনা উরিহুবু নপাপকিনি নরম্নাইনি হায়না উকল চংবিত্রবদি মতম চাদনা কেম্দুনা মাঙগনিদো। উরিগী পুজিদো কপ্প কপ্প লেল্লগনিদো।

বোড়া—তরাখোক্লা খনবগীদি চুম্নি, অহবু পুজিগী খোঙলোই তুইনা লৈমিন্নরকজবা কনাবু য়েক্লবা কাদা লাহোকপা,

মতুদি হাজং চাবমক্কস্থু তৌনরমগনি নিংদে, অতুক হান্না পিকপা পুকচেনদি কীতম কন্নবা পামেলমক ওইরবস্থু চেন্নমগনি খনবিক্কন্নুদা।

পেমচা—অতুগী মথক্তা উপালনা মরু কুক্কুনা তুবদদি উরিস্থু য়াওবা মশিলনি, উরিনা কংহনা মাঙবদদি উপালদি কৈদৌঙৈ য়াওবিরোইদো।

বোড়া—উপালনা মরু য়াওনা লৈমাইথক্তা খঙহৌদনা হেক তুত্রবদি রা অমা ওইগ্রে। অদু নত্তহনা লৈজবা মশা মরেং য়াম্থোকখি-হনা মউদা থোরবা শিংজংনা তুনিং তুমাং তৌনা য়াল্লরবা ফাওবদা উরিতুবু চেংনা কোনশিল্লকপা নত্তনা থাদোকনি হায়বদি থক খনবিক্কসু। উরিগী দক্রক্তা অরাবাপুস্বা খাঙজ-গ্রগে হায়না লেপচগ্রবা পামেলনি।

পেমচা— মতু পুম্নমক অতুস্থু মওইহল্লসি। অতুবু যা-চন্দোন পাস্বীদা জাতিকুল্লীনা য়েংপদি মশিলনি, কজবস্থু হেল্লি। অতুগা ওইনম কৌবী উরিনা য়েংপদি পকচদে, পামেলগী গুনস্থু মাঙই।

বোড়া-- উরিনা য়েংনিংদবগী রাদি খঙত্রে। পামেল থুজিংমক যা-চন্দোন ঙাক্তা ওইবা নত্তে, অতুগা জাতীকুল্লী ঙাক্তবুস্থু পাম্নফম থোকপা পোৎ নত্তে। পাম্বু পাম্মুরবদি মহাদেব-মকুস্থু মহু পানবা লিনবু পাম্নজনা ঙকশমদা থোল্লি। চন্নত্রবা শৌগীদাক মপালনা কজনা কোক্তী লৈতেং ওইরি।

পেমচা—( নোক্কুনা ) মহাদেব ওইবিরগে হায়র-রা ওইরে।

বোড়া—হুন্দজী মফমসিদদি মহাদেবদা নত্তে, নিংবা হেক থুংন্ত্রিবা ফাওবা, কনাগী মৈ ইশিং, মুংশিং, ওয়া ওইরগদবনি।

পেমচা—ওইবিরো ওইবিরো, মৈ ওইহুনা হেক চাকপিরো, ইশিং ওইহুনা হেক মুথৎপিরো অহুগা মুংশিং ওইহুনা হেক হুমদোকপিরো।

( অনিমক নোকপা )

---

অনিশুবা শরুক

১বা উৎপা।

মঙ্গীগী শুমাং—মুংদাং।

[ থাবল চোংবগীদমক ইকোই কোইনা নুপী নিপা থুং শমহুনা লেপহুনা লৈরম্মী, পেমচাগা বোড়াচাওবগা থুং শম্না য়াওই ]

ইবোহল—হরি হরিবোলা ..

ময়াম—হে হরি।

ইবোহল—হরি হরিবোলা।

ময়াম—হে হরি।

ইবোহল—( ইশৈ হনবা, ময়াম থুম্বা। )

কুমগী মতম ওইবনা
বসন্ত ঋতু লাকপদা
হোরিবোল য়াওশং মৈথারে
শাবী শানৌ খিবিকম্নু

হয়াওবা মথোই কানয়ে।
মহৌশা কৌবী লাইয়েম্বী
অশাংবা চয়ৈ হোংখয়ে
হৈরাং লৈরাং অপুম্বা
ময়িকপু চুম্না পান্দুনা
মপুগী মগুণ ফোঙদোক্লে
শাবী শানৌ অপুম্বা
খুজেংগী পালোইনহুনা
হরিগী মিংলেন শোন্দুনা
পোকপগী মহৈ য়াম্নয়ে
ননাই মুর্খ ঐহাকস্নু
মহুগী মরক্তা য়াওজয়ে।
হরি হরি বোলা

ময়াম—হে হরি। (ময়াম রারী শানহুনা লৈথোকখিবা)

ইবোহল—হরি হরি বোলা। (ময়াম খুমদবা)
হরি হরি বোলা। (অসিদস্নু খুমদবা)
হে হে (চৎথোক্তুনা থাপ্লপ লেপ্লুবা)

মঙ্গী—কৈদৌরে ইবোহল?

ইবোহল—এঃ কৈস্নু তৌদে ইচে, ভাইহাক পোথাগে হায়মুনা তৌবনি।

মঙ্গী — য়াম্না রারবরমে? ভাইহাক চোংখিসি লাকওনে।

ইবোহল—হাঁ ইচে, ঐ ভহাক পোথাজখিগে। হে—হে—

মঙ্গী—( ময়ামদা ) অম্বুদি অহৈবা য়াওরবদি কনানো অমতা ওাইহাক্তা হন্ববিয়ুবা ?

বোড়া—( শঙ্গাইদা ) ইতাও অমুক্তা হনবিয়ুদনা ?

শঙ্গাই—এঃ ঐদি হৈহু হৈতনা।

বোড়া—( পেমচাদা ) হৈবনি, ওরাংদসু হল্লিবনি, হায়জম্মরিবনি।

পেমচা—হৈরবদি তাদা অমুক্তসু হনবিয়ুবা। ওাহাক্তসু মুংওাইনা চোংখিসি।

শঙ্গাই—হৈতেনে ইবেম্মা, মানা ঐবু চোপহনগদবগী পংহায় হায়জিল্লিবনিনে।

পেমচা—হোইদা অহুবুদি, ঐখোয়সিদবুদি কদায়দগী হনবিনিং-গবনো ?

শঙ্গাই—ইসে ভাব অমরোমদা পুপ্রে। ঐ ওসি চোপ্লেদনা। ইতাও অসিমা কদায়দা।

পেমচা—সে হায়বনি তাদা, অমুক্তা হনবিয়ু হায়বনি।

মঙ্গী—ইবুঙো হৈরবদি অমুক্তা হল্লুবা। লৈনম্বী চংঙুনে পানাকা লৌথোকউচোনে ( লৈনম্বী চংখিবা )

শঙ্গাই—ফরে ফরে অহুমওাইরে হনজরগে। হোয়েন শোয়রক্লবদি নোক্লমুসিকো। ( লৈনম্বী থোকলক্লুনা ময়ামদা পানা য়েনবা ) হরি হরি বোলা—

ময়াম—হে হরি।

শঙ্গাই—( ইশৈ হনবা, ময়াম খুম্বা )

ওসি কোরৌ ঙমিংসে
মুংওাইবা মপুং ফাবেনে

পাম্মু মুংশি খণ্ডনরে
খুজেংগী পালোইনজরে
থম্মোইগী রাবু ফোঙনরে
সত্যগী রাশক লোম্নরে
মুংশি মগুং লাংগীনি
পাম্মু মহাক থকীনি
য়াইবী প্রাণবু মাঙবদা
নিংঙোল পুক্লিং হোংখ্রবোই
শাবী মানজা নহাকসু
শিঙেল চারা ফৃকপদা
শমাই গুনবা তৌবিনু
সত্যগী পন্দোল লোম্বিয়ু।

[ইশৈ মরক্তা থম্বৌম্না তোনস্না চংঙকই, ইবোহলনা ফিংনা ]

ইবোহল— স্নাখ্যা, লোইরে ননাই ঐহাক লোইরে।

থম্বৌম্না—কৈদৌরবগেনে ?

ইবোহল—ইশৈ অাস ননাই ঐহাক্না হনজরম্মি। ঙাহাক চোংলগা রারি শানখিহুনা ইশৈ অমতা খুম্বিদ্রে। অহুদগী ননাই ঐহাকপু থংতোক্নুনা মখোয় ময়াম অমুক চোংখ্রিবসিনি।

তোনস্না—নংবু থংতোকপা! স্নাগী মচা ইবোহলবো! সেরা-সে চংসি অমুক হল্লু—ঐ ইথস্তা ওইরবসু খুমগে। মাগুম্ মাগুম্বনসু—( মফী শেম্বা, অহুদগী মবানি মথুং শম্বহুনা চেনশিল্লক্লগা ময়াম মরক্তা য়াওবা )

ইবোহল—হরি হরিবোলা…
তোনস্না—হে হরি ‥
ইবোহল—হরি হরিবোলা ‥
তোনস্না –হে হরি ·
ইবোহল—( খোঙথাং হাপ্লুনা ইশৈ হনবা, ময়াম্মক খুম্বা )

চীংনা কোয়না, পনশাবী,
মণিপুর সনা লৈপাক্নি,
ঋতু তরুক্না, থৌগনবী
নুংঙাইবা মৈতৈ লৈপাকনি,
লোক্তাক্না মিংশেল, ওইরিবী
তুরেলগী লিকথাং থোল্লিবী
নোংমাইজিং কৌবী চিংজাওনা
শিবগী খুভম, য়ারিবী
মর্ত্ত্যগী নন্দোন কাননি।
অকনবা পোকপী মৈতৈনি
রাৎতা পাদবী ইমানি।

[ কন্না চোংলিঙৈ মরক্তা থম্বৌস্না চংঙক্লুনা বোরাগা পেমচাগা-মথুং শম্নরিবন্থু থদংলরে, বোড়া পেমচা কন্না পাইশিন্নহুনা য়াদ্রে ]

থম্বৌস্না—সেরা… থাদোকউবা।
বোড়া—অতৈ অমদা লেঙশিনবিক্লবা।
থম্বৌ—সিমক্তদনি য়াওগদবা, থাদোকউসে…( চিংথোকপা )

বোড়া—( কন্না খাঙহ্না ) ইসে ওস্থোকপা হায়বহ্ ওইরে, অসিদদি—

থম্বৌ—মীনা হায়রগা থাদোকউনহে,—খঙদবা শারদনা মৈতৈ মচাসি···

( কন্না চিংথোকপা, বোড়াগা খুৎকা খুৎকা মুক্কবা )

ময়াম—এঃ করিনো করিনো তৌরিবসিদে ? ফজদেদা···

( ময়াম চংহ্না খাম্বা অনিমক থাপ্না চিংথোক্কবা )

থম্বৌ— খামগন্থু মসি ঙসি লোইথোক্কে। ( মফী শেম্বা )

তোনম্না—হেরা, উসিত্রেদা ( মফী শেম্বা )

বোড়া—ওস্থোক্না খোইদৌ শাওগৎখ্রেদকো তৌরিবসে··।

শঙ্গাই—হেরা ইতাও তুমিন্নহুম লৈথোকউ।

বোড়া— অহুবু নুংঙাইরিব্রদো।

থম্বৌম্না— করি মচিনস্থ থীবা শারিনে·· ( হোৎচিনগে তৌবা, মঙ্গীনা খাম্বা )

মঙ্গী—কৈনোনে ইবুঙো, ফজদেদা।

থম্বৌম্না—খামগন্থু ইচে, মসি ঐবু খঙত্রমাল্লে····থৌগল্দবা···!

বোড়া—খোল অহুবু স্নাখ্যা! মপু মচানি থৌগললোল কায়জনিংদে···। ( পেমচা চংশিল্লক্লনা বোড়াগী মখুৎ পায়হ্না )

পেমচা—খিৎ তুমিন লৈবিরোবা করি ফজবগেসিবো ?

থম্বৌ—মুগী মমাঙদা ফন্দুনা কায়পোৎ নম্ভে। নং ঙসি চৎখিবা য়াদে—

( চংশিনগে তৌবা, মঙ্গীনা মখুৎ পায়না পায়না )

মঙ্গী— ফজদে হায়বনি ইবুঙো, ওস্থোকপনিদা···

বোড়া— স্নাখ্যাগী স্না পুক্লিং থুংনবা ননাই ঐ লৈজগনি।

পেমচা—( খামহুনা ) কৈদোগে ঐনা খুরুমজরিবনি খিং তোকপিরো হায়বনি। ( তাঙ্গা অসিদা থম্বাল চংঙকপা )

থম্বাল— মুপীমচা কৈদৌরিবনো ? লাকও, চৎসি লাকও। করিনো নংনা নিপা মরক্তা তৌরিবহুবো ? নং অসিমক্তবু লৈপাক বাথোক ওইদৌরি। পামজখিদ্রেদা,…ঐনা চৎপিম্নু হায়রমক্তদা লম হেনবা শারদনা, করি ফজরে হৌজিক্তি, লাকও চৎসিনে— ( পেমচা তপ্না মমাগী মনাক্তা চংশিনবা, মমানা মাং থাহুনা হেক থোকখিবা তাঙ্গাদা )

পেমচা— তাদা লেংঙসি…

শঙ্গাই— ফনি ইবেম্মা। ইতাও চৎসিসে…কাম্নদে মতুংদা চামরক লৈরি।

বোড়া—হুঁ ইতাও নং চৎলম্মো, ঐ ঙাইহাক লৈহৌখিগে….

থম্বাল—( মনুংদগী ) লাওনে মুপীমচা কৈদৌরবগে ?

পেমচা—( বোড়াদা ) চৎসি কৈদৌগে, ইমা ঙাইহুনা লৈরে, ঐখোয়বু খরা থিনবিরম্মু।

( চিংহুনা পুখিবা, শঙ্গাই ইন্নখিবা )

থম্বৌস্না—হাই বোড়াচাওবা, ঙাইখোনে নং। তোনস্না ! চৎল্লু ফাহুনা পুরকউ চৎহনখিন্নু।

তোনস্না—হাই বোড়াচাওবা ! ঙাইখোনহে।

স্নাগী মচা ইবোহল ! ফী শেম্মু।

ইবোহল—ঐবুদি ঙসাইনা শেম্মেনে। ( অনিমক চেনগে তৌবা )

মঙ্গী—( ফাদুনা ) ঙাইখো হায়বনি। ওস্থোকনা ফিংখ্রেদা। অসিগী দমক্তা খংন-চৈনা তৌবসিবু ইকাইজ্রাও।

থম্বৌস্না—করিগীনোনে ইচে নংনা খাম্বিরিবসিবো ? মৌনা লাকচবা য়াবা থম্বৌস্না নত্তে ঐ। থাদোকখো,·· চৎল্লুনহে···মবানিসি ঙসি···( মঙ্গীবু লাক্তুনা চিংশিনবা )

তোনস্না- হাই বোড়াচাওবা ঙাইখোনহে····বোড়াচাওবা নংবুনিনহে ··( তান্নখিবা )

ইবোহল—বোড়াচাওবা। বোড়াচাওবা! লৈরম্মু নং খঙগনি··· ( চেনখোকখিবা )

মঙ্গী—ওস্থোকপা মতৌ হায়বহ্ন ওইরে।

থম্বৌস্না—ইস্ থরাইসি ওস্থোক্লা স্নংঙাইখিদ্রেদা। ওস্থোক্লা লাকচনা তৌরম্মেদা। হুম্ ঐ মাবু ফুহৌদবা য়াম্না চুমখিদ্রে। খুৎসি মরেঙ মরেঙ চৎলকলে। ফুগেদা,···হাই বোড়াচাওবা! বোড়াচাওবা! ঙায়খোনহে নঙক্তু থেক্কেনে। ( তান্নখিবা )

মোইরাংনিংথৌ—হাঃ হাঃ হাঃ ঙসিগী পালিনা বোড়াচাওবগী অতুগী মথংনা ঐগী। ( লৈনথৌদা মীৎচিনা য়েংবা )

লৈনথৌ—ইস্ অওইবরনে ( শাউনা চৎখিবা )

মোইরাংনিংথৌ—হাঃ হাঃ হাঃ ( তুং ইন্নখিবা )

মঙ্গী—হুঁম ঐদি ঙকচরেদকো। ইমায়পেম্মা!

( তিংঙক তিংঙক য়েংহুনা লৈহৌবা )

## ২বা উৎপা

### পেমচাগী য়ুম—অম্বুক।

( পেমচানা থোঙজিন ময়াদা য়াম্না শুকথনা লেপ্পুনা লৈরম্মি )

পেমচা—করিনু থোক্লরিগবা? ইশুংলাংগী দমক্তা কোক্কাই লূকাই-নররিক্রা? তোনখ্রেদা মুপীগী জাত্তা পোকপা। পুক্লিং অসি ঙাইহাক্তা পোথাফম খঙদ্রেদকো। তাদা শঙ্গাই উনর-বদি পাউ পুন্না খঙগনিকো। অদুদি··· ( কোইয়েং য়েংবা, থাপ্না অঙাং অমা চৎপা উবা ) এঃ তোম্বী! তোম্বী! ইবুঙো সিদা অমুক্তা লাউবা। ( তোম্বী চংঙকপা ) ইচেগী ইবুঙো! নং থবক অমতা ঙাইহাক্তা চৎপিরুবা?

তোম্বী—কদায়দা?

পেমচা—ইনক নকপদনিদা। থোকচোম তাদা শঙ্গাইখোয়গী ময়ুম খঙইদনা?

তোম্বী—খঙই।

পেমচা—অদুদি মখোয়দা চৎলগা মাবু ভুমিন্না কৌথোক্লগনে মী তাহন্দনা, ইচেনা হৌজিক ঙাইহাক্তা চৎথোকপিরকউ হায়জ-রকই হায়দনা অমুক্তা হায়রুচো।

তোম্বী—উম।

পেমচা—অদুদি চৎলো চংলো, হৌজিকমক হায়রুকো।

তোম্বী—উম্। ( চৎখিবা )

পেমচা—অসি ওইরে মপোক তরেৎকী পাপনা তিল্লগা মুপী ওইনা পোক্লকপনি হায়বদো। ইমানা মরোল অমা অহিং মুংথিল

নাইদনা ঙংলি, সোমদনা ঐগী পুক্লিংনা মাগী রাখলদা মিৎকুপ অমা ফাওবা পোথাক্ফম খঙহন্দ্রি। ঐনা তৌগদবসি করিনো? জাৎ ইমান্নবমু নত্তে। অদুবু , মসিগী রাখলসি হেক খল্লুবদা ঐ লৈফম খঙদে। ঐবু মাঙজরবা হায়বদুরা? হা গোবিন্দ ইবুঙো! ননাইদি পঙলবী লুপী মচানি, অফ ফত্ত পুম্বা ইবুঙো নংগী চরন্দা শিন্নজবা নত্তনা ননাইগী গতি অমুক লৈজদ্রে।

( ইমুং চংখিবা )

( শঙ্গাই চংলকপা )

শঙ্গাই—ইমুংসিবু কনা কনা লৈবগে?

( ফিংনা মোরা অমা পুদুনা পেমচা থোক্লকপা )

পেমচা—তাদা ঐ লৈজে। খুদা সোমদা লেঙশিনবিয়ু।

শঙ্গাই—ফনি ইবেন্মা! ইমাদি?

পেমচা—কৈথেল কাখ্রি।

শঙ্গাই—করিগীনো ইবেম্মনা ঐবু কৌববো?

পেমচা—খঙজদ্রে তাদা, করিবু হায়জগদবনো? ইকাইখঙদবী হায়বদুদা তারে।

শঙ্গাই—করিনোনে? করিগী অদুক লুনা শল্লুরিবনো? হায়-নিংবা রাদো চিংনদনা হেক্তা হায়য়ু। লৈকাইগী নবুংনি, করিগী হঙ্গোইরিবনো? হায়য়ু ··

পেমচা—( য়ান্না ইকাইনা ) অতৈ করিগীম্ম নচ্চদে তাদা! ঙরাংগী খংন-চৈনবদুগী রা অমতং খঙজনিংদনা····

শঙ্গাই—হেরা অহুগী ওইরে। মহুগীদি করিমতা বাক্সরম্নু। মাদি ঙরাং মুংদাংদ্র চৎলগে হায়দুনা ফনা হায়। অহুবু ইবেম্মনা হায়বা মতুং ইন্না ঐনা চৎহনদ্রে। ঐখোয়দা অহুমক সেক-হল্লে। ঙসি অয়ুকম্নু ইবানি মখোয়দা চৎলুরগা কোম্নুং য়োক্সরবনি! করিম্নু থোইদোকপা তৌনদ্রে। ইবানিনা লোইশঙদা ফম্মিঙৈদা থম্বোম্লাহ্ লাকই। অহুগা অদাগা হায়দুনা মবানি খরা ঙংখৎনৈ। লোইশঙগী অহল-লম্মন য়াওনা ময়াম্না খামহুনা অহুম্মক তোক্সখ্রে। মতুং থোইদোকপা তৌনররোই।

পেমচা—অহুবু তাদা, মাগী পুকচেল হায়বসি খঙবা ঙম্বা পোৎ নত্তে! কোম্নুং কাথোক কাশিন অসিদা তাদগা ইতৎ তগুনা লোয়নবিদুনা থানবিরবদি…

শঙ্গাই—চুম্মি ইবেম্মা, মহু ঐম্নু খল্লিবনি ঐ, থারোই।

পেমচা—তাদা খুদোং হানজরুখিগে…( চংগে তৌবা )

শঙ্গাই—তৌরুম্নুদা, ঐ হৌজিক্তা থক্লকই

পেমচা—হেরা অহু ওইরবস্নু…( ইমুং চংখিবা )

শঙ্গাই—লুখ্রেদা তৌদোসে। হে মুংশিবা! নংসিদি নমিৎ তাঙবোইরে। হুম, ঐ মরূপ অমগী হৌনবী তৌবা তাই…।

( পেমচনা হিদাক হান্দুনা শরৈগা পুথোক্লকপা )

পেমচা—তাদা খুদোং ফানবিয়ু।

শঙ্গাই—ফনি ইবেম্মা। ( হিদাক লৌতুনা থকপা ) অহুগা ইবেম্মা, ঐ রা অমা ঙসি হায়গেকো। ঐনা হায়রিবসে বুদ্ধি য়াম্না

মুন্না তৌ। বোড়াচাওবা মাস্তু ঐগী চাম্নরবা মরুপ অমনিদো, অতুগা পেমচা হায়বী নংস্তু লৈকাইগী ইচলনিদো। অতুনা নবানিমক ঐগীদি লুনা থমজরবা মী ভাক্তনি। নবানিগী ফত্তনবা ঐনা শীনবা হৌনদে। অতুবু নবানিনা চৎলিবা লম্বী অসিদি লাল্লে। (পেমচা মরু লুকথখিবা) করিগী হায়ববু, নবানিদি অতুক কন্না লৌন-লৈনবা য়াবা মীস্তু থোক্তে। মৌ-নি হা অতুনি হায়বস্তু নত্তে। নশা নহা ভাক্তনি। মসিদা অস্তুম তৌনা অমনা অমবু খন্নতুনতা লৈরবদি মতুংদা শোয়দনা কপ্পা নঙলরগনি। অতুনা ঐনা ঙসি হায়রিবসিনি, মাবু থাদোকউ। মঙোন্দস্তু হায়গে। মসে হৌজিক্তি নখোয়দা বজ্র ওইনা থোক্রনি, মতুস্তু ঐ খঙদবা নত্তে খঙই। অতুবু মতুংগী দমক্তনি, হুনি খঙন খঙন চাবা হৌনদে, করি হায়বগে ?

পেমচা—য়াম্না চুস্মি তাদা, তাকপিরিবতু।

শঙ্গাই—অতুনা ঙসিগী ঐগী রাসে য়াম্না মুন্না বিচার তৌ। মান্নানা শুমহস্তুনা পুক্লিং অতু ইথক্তা তাউহনগন্নু। ইবুংস্তু হল্লগে। (হিদাক থম্নগা হৌগৎপা)

পেমচা—য়াম্না ফনি তাদা। (শঙ্গাই থোকখিবা) তেংবান অসিদা ঐগী মীচঙনি হায়বা অমতা লৈখিদ্রে। মী পুম্নমক ঐবু অঙাওবীনি হায়নরে। চুস্মি, ঐনা ঙাওবনা হায়নরিবনি, ঐস্তু খঙন খঙন ঙমদবদগী ঙাওবদা তারবনি। কনম্রেদকো হে মুংশিবা নংগী নগুণ অসে। মাদি নিপানি, মৈতৈ

লৈপাক চাউই, তন্না থোক্না কোয়হনা ঐবু লায়না কাউথিবা ঙমগনি। মরুপশিংনা থিংখিহুনা ঐবু উহন্দবস্থ ঙমখিনি। ঐগীদি কদায়? খঙদ্রে ঐনা তৌদোসে? বুদ্ধি মশে।··

( খনবা ) অদু মঙায়রে, ইরাইবক্তা তম্বা অম্না লৈরম্মগনি।

( মোরা, ঙাম্ফকনচিংবা পুহুনা ইমুংদা চংখিবা )

( থম্বাল কৈথেল কুম্মকপগী ফীভমদা লুকমাই পুহুনা চংলকপা )

থম্বাল—ইবেম্মা! মুপীমচা! লাও ইমাগী পোং থাৱো লাও।

( ইমুংদগী পেমচা থোরক্লুনা পোং থারবা, থম্বালনা লময়াইদা ফমথবা )

থম্বাল—ইমাইপেম্মা রাথ্রেদা, লুথ্রানা মুমলিংবা হায়বহু অসি ওই-রেকো, ফজবা কৌবদা লৈতেদা, চা-নবগীবু হোংনগদ্রা লৈপাক মীনোকপু তাগদ্রা? পেল্লে পেল্লে মীওইনা পোকপগী পেনবা অসিরাই মঙাইরে।

পেমচা - করি তৌরবগেনে?

থম্বাল—করি তৌরবগেনে হায়ত্তনবু ঙংবা শারিয়ে ইকায়দবাসিদি, নহাকথক্তগী মীমাংদা ফীরুক খুম্মে। সনা কৈথেল অসি নংগী নম্না নপাওতনা রা রা লাউরে, লেম্মে ফজরে।

পেমচা—অদুবু ঐনা কনাগী করি তৌজরুরে হায়বগে?

থম্বাল—করিস্থ ভৌজত্রবস্থ নরমচং নতৌ অদু উবদা মীনা মিং নানরেনে। ঐনা নহালনা নঙোন্দা কয়া হায়রে, হৈনা শিংনা চংলু, নশা অঙাং নংলক্তে, মীনোক চাউবা লৈকাইনি, ইহু

শোনবা ঐখোয়নি। অতুবু ইরাদি চৎপিদেদো, অতুনা লৈপাক্না অসুম ঙাংনরকপা মশিন্নি। স্নুংঙাইরে হৌজিক্তি।

পেমচা—অতুবু ঐনা লমহেনবা করি তৌরে হায়রবগে?

থম্বাল—নংনা লৌন-লৈন য়াদবা বোড়াচাওবা হায়বত্নগা লোন্-দিন্নরিবসে লৈপাক্না মীনোক চংলকএনে। ঐনা মসি থোকনি থোকনি হায়ত্ননা কয়া থিংজববু নংনা থৌওইবিদবগী থোকইবা নত্রসে।

পেমচা—হুরে···কনানা থোকপিরিবনো? মনানা হৈমাং শাবা বাহবু রা ওইনা হেক লৌরে। অতুগী ওইরে হেক য়ৌবগা পোত্থাবকা লৈতনা খোঙ খুং শিং তিংথোকত্নুনা লময়াইদা ফম্নিবসে। সে ইমুংদত্নুম চংলো, পোত্থারুরো। ইতু শোল্লি হায়ত্নুনা লৈকাইনা থোকচিনাবিরিবনি, না ওইনা তারুন্নু। (পোংচৈ লোইশিন্দুনা ইমুং চংখিবা)

থম্বাল—নখোয় নহারোলগী অহল লমন্না হায়বদা হে তোংবদো তৌজ লাকচন্নু। হৌখিবগীদি হৌখ্রে, মতুংসিদা অমুক অসিগুম্বা রাসি তাহল্লবদি ঐবু ফগু লাক্কে হায়জন্নু। লৈপাক কুম্মে ওইনবা তৌগদবনি মত্থু খঙনা চৎচৌ।

(চংখিবা) (পেমচা থোক্লকপা)

পেমচা— অসি ওইরেকো মী ওইনা পোকপগী মুংঙাইবা হায়বদো? মীকুপ খুদিংগী মীরাদা তাবা, খোঙথাং খুদিংগী য়েংশিনফমদা ওইবা, মিৎয়েং খুদিংগী, বাঙাং খুদিংগী মীনোক চংফমদা ওইবা। ওস্থোক্না তোন্না লৈখ্রেদকো। লৈপাক মীয়ান্না

ঙাংনবস্নু করম্না মচিন পায়ত্নুনা মেল্লুগনি, হৌজিক ঐ করম তৌগনি ? মতুং অসিদা ইমানা করিগুম্না তারকপা খঙলকপা থোক্লবদি মীগী মচাত্নুমা হাংপগা চপ মান্নবা হায়বত্থু তাখ্রে-দকো। অত্নুদি লাক্লন্নু হায়ত্নুনা পাউ থাখ্রসিরা ? মত্থুসু ঐগী থম্মোইনা পামস্ত্রি, লাক্লে রাবা লাক্লে রাবা, হা উরোক নমাংস্নু তেল নতুংস্নু লাং হায়বত্থু হৌজিক ঐঙোন্দা থোক্লরে-দকো ( খনবা )

( তপ্না তপ্না বোড়াচাওবা চংলকপা )

বোড়া—করিনো তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরিববো ? করি তৌরবগে ?

পেমচা—( ফিংনা ) করিস্নু তৌজদে ·· ( কোইয়েং য়েংবা )

বোড়া—হকচাং ঙমদ্রবরনে ? করি ·· ·

( পেমচানা বোড়াবু তুমিন লৈবিয়ু হায়না ইঙ্গিত তৌবা বোড়ানা ঙক্লা ) করি তৌরবগে ?

পেমচা—( লোম্লপ্না ) করি হায়ববু হৌজিক্তি ঐনা হায়জবত্থু থোক্লে। লৈপাক রা ওইনরক্লে। ইমা কৈথেল কারুবদগী কপ্তুনা হল্লক্লে।

বোড়া—হেরা অত্নুগী ওইরে ? ঐদি ইঙকপ্নু ঙকউরে। মত্নুগী করি কিফম লৈবগে ? ঙাংনজসনু তরা থোক্লা। মত্থু খঙন খঙন চোংশিল্লক্লবা ঐনি। ইমানা রারিবদো চুম্মি। মচানি, মচাগীদমক মমানা রাবা হায়বসিদি মহৌশানি, অত্নুবু নংনা বুদ্ধি তানা থেমজিল্লগা লোইহরে। নংনা ঙমদ্রগা ঐ চংত্নুনা হায়গে। ( ইমুং চংগে তৌবা )

পেমচা—( খামত্না ) মাঙঙে মাঙঙে, মত্তম তৌবিববদি মতুং মনাওগী লম্বী পুন্নমক কল্লে। হৌজিক ইমা উনবিবা য়াবা পোং নত্তে। উনবিবদি লাযরত্না লেংঙকই হায়বা নাশোল অমতং হেক ফংখিবদা, উজার মেলা শারগদবনি। ইমাদি হৌজিক শাউবনা মৈ হৌত্না লৈরিবনি, উনবিগে হায়রবস্থ মতুংদা ··
[ মনুংদগী থম্বাল—পেমচা! পেমচা! কৈদৌর মপান্দা ]
[ হায়না হায়না মপাল খোল্লকপা, পেমচানা ফিংনা বোড়াবু তুংদা থম্বা, বোডাস্থ চংকে তৌবা ]

থম্বাল—কনানো অমদো? ( পেমচা খুমদবা বোডা লেপ্পা ) কনানোনৈ?

বোড়া - ( তপ্পা ) ননাই ঐনি।

থম্বাল—ঐ হায়বদে? ইবুঙো বোড়াচাওববা?

বোড়া—মানি হোয়।

থম্বাল -এঃ অদুদি ফরে, ঐস্থ নংবু উননিংত্না লৈরম্মিবনি। ঐ বা হায়গে তাও, নংবু ঐনা মীরায়ত্না লুংশিদত্না তৌবা নত্তে, নংস্থ নচল অসিস্থ নহা ডাক্তনিদো। নখোয ঐখোয় অত্তক কন্ন লৌন-লৈনবা য়াবস্থ খোক্কে। অত্না লৈপাক্লা মীনোক চংলক্লে, ঐ তাবদা নাকোংসি য়াম্মা বাইচিল্লে। হৌখিবগীদি হোৎত্রে, মতুং অসিদদি নং অমুক ঐখোয়গী ইমুংদা চংলকপসি তৌরগনু। নংস্থ কোলুং খল্লিবনি। শ্রীযুংকী মনাও ইবুঙোগী মনাইনি। মৈনি খঙন খঙন খুৎ খিংজিন্নুনা অরেম্বদা নশাবুস্থ অরাবদা তাহনগনু, অহুগা ঐখোয়বুস্থ

লৈপাক মমাংদা লুপ্তানা নাওকোনবা হায়বহ্ন খোকহনগন্নু। ঐনা ঙসি হায়রিবসি অরোইবা ৱানি। মসিদা নংনা খোঁওইদহনা ক'রিগুম্বা মতুং অসিদা ফত্তবা রা অমুক তারক্লবদি, ঐবু ফত্তে হাযগন্নু, লৈপাক ৱাখোক ওইনবা তৌরগদবনি। মহু খঙনা চৎলু। চৎলো চৎলো, লাকও মুপীমচা চংঙকও লাকও…

[ পেমচা বোড়াদা চিংনা চিংনা য়েংহনা ৱানা ইমুং চংখিবা, বোড়াম্মু মুন্না যেংলগা "ইস" হায়হনা লু লুকথনা খোকখিবা ]

ওবা উৎপা।

লম্বী—অয়ুক

[ ৱারি শার-শারহনা শঙ্গাইগা বোড়াচাওবগা চংঙকই ]

শঙ্গাই—ফরেদা, ঐনা হেক পান্নমক খোক্লে। ঐনা নংবু মৈহৌরোল্দগী হৌনা, ফত্তে চংগন্নু হায়হনা কয়া খাম্মি, নংনা য়াদেদো। হৌজিক্কি ৱাযেল কাটিনা চন্থুনা খিংলেদো।

বোড়া—ইতাও, নংনদি ভাব অমরোমদতা মখল্লি। ঐগী থম্মোইমুংদা চাক্লিবা মৈচাক অসিদি উত্রে। খংনহনা নত্রগা লমদম তান্না চংখিহনা কাইথিবা ওঙ্গরবদি খন্না ফগদবনি। অহস্নু নত্তা, লুংশি লুংশি সেগা মাইগা হাযনা লোল্দিহ্ননা লৈরিঙৈদা কায়নবসিদি, ইতাও, ওম্মোকনা চাকখ্রে, ওম্মোকনা নিংঙমখিত্রে। ঐ লৈফম খঙদ্রবনিনে ইতাও!

শজাই—ব্রাকস্নু, নৌরিবগী অহুক তৌরিবনি। কুইশিন্নকলগা মরাইনা ফজখিনি। অদু ঙাকনি। মুমিং তন্নানিমুক খামখাইমুক্তনি নংনা ব্বারমগদবা। হন্দকী অসি তাঙ্গা ঙস্থোক্না চারে। মসিদা ককথংহৌদ্রবদি নং য়াম্না ব্বারনি।

ঘোড়া—অহুবু ইতাও, পুকনিংগী ন্না অমতা ঙাংনহৌবা নংদ্রবনিনে। তোকলবস্থ নিংথিনা অরোইবা ন্না ঙাংনরবদি ফৈদনা। নিংঙমদবা ন্নাখলনা ঐবু ওস্থোকনা চাকলে। মসি ইতাও নংনা কোকনবা উপায় অমতা তৌনে।

শজাই - মসিদা ঐনা তৌগদবসি করিনো? ইচলস্থ নত্তা, ইচাস্থ নত্তা, করিনোন্নে তৌদোসে? নংগা ঐগা মরুপনি হায়বস্থ মমাহ্ থেক তেকপমথৈ খঙই। নংনা চংবা য়াদ্রবদি ঐস্থ য়াদ্রে।

ঘোড়া—অহুবু নংনা ঐঙোন্দগী খরা শাফৈদনা। নংদি লৈকাই মচাস্থ ওইরিবনি। নংনা চংগে হায়রবদি মীরৎ নারৎ য়েংনবা মতম য়াম্না ফংই। ঐদি চংউবদি লায়রহুনা মখোয়গী লৈরক্তা ঐগী ইশকসি খজিক্তং উখিবদা মমানা মঙোন্দা শোয়দনা চৈবিরগনি, ফুস্থ ফুবিরগনি। অহুনা ইতাও ঐগীদি পুমথিং থিংল্লে।

শজাই—হো থিংগ্রবদি ঐনা চংলুহনস্থ কান্নদ্রে। হায়বদি…ঐনা তাঙা য়েংহুনা চংলুরগা অহুক হায়রুগদবা হায়বৰু "ইবেম্মা,, মৈতৈগী রুহিনা কনখিবনা হন্দক্কী মপোক অসিদদি নিংবা থুংননবা উপায় লৈথিদ্রে, অস্থম্মক মুংশি মুংশি কায়নবদা

তাখ্রে। হয়েংমুকী মপোক্তা লৈরাং ওইনা পোবলগা লৈখোক অমতদা শাৎমিন্নসি. চেক্লাগী জাঙা পোক্লগা পাৎ অমতদা-চাকতামিন্নসি" অসি মঙাইদনা। অসিবুদি ঐনা অমুক হায়ক্লবা মাইত্রবম মশানা হান্না খনজহনা লৈরবা পোৎনি। মসিগীদমক্তা অমুক চৎপিকহনা মমাগী মীচৈ তা-নবা চৈ চা—নবা শিনবিক্লবা হৌনদ্রে।

বোড়া--ঐগা মাগা অমুক্তা সেগা মাইগা হায়হনা ন্না ঙাংননবা উপায়সি লৈখিদ্রেকো ইতাও ?

শঙ্গাই—করি উপায়নো তৌদোসিবো ? নংন্থু খন্দুনা য়েংউ লৈতবনিনে। মসিদা তৌগদবা হাযববু, মী উহন্দবা মন্ত্র অমতংকা হৈরবদি য়াগদ্রা ?

বোড়া—হৌজিক অহুগুম্বা ফাগীগী ন্না ঙাঙবা হোনদেদা ইতাও।

শঙ্গাই—মসিবু ফাগীরনে। উপায় লৈতবগী মহাযবনি। ফরে নংনা নথন্নাইহু শোক্লা হেক মনুংঙাইত্রবদি ঙসি নিনি হুমনি অসিতদি ঙাইখো, ঐ তাঙ্গা অমতা য়েংঙকখিগে। অদুবু মমাহুবু কৈথেলককা কাদ্রবরনে ?

বোড়া—কাবুদি কাইনে, অহুবু মখোয়গী অন্নাং থংবদা মখুড়া থোকই হায়ত্রা করিনো অমা লৈবদো অহুদা মমানা ওন্থোক্লা কন্না শিন্নহনা থমখ্রেনে। অহুনা কৈথেল কাখিহনম্থ ঐগীদি ইকান কান্নদ্রবনিনে।

শঙ্গাই—( ঙাইহাক খনবা ) এঃ অমা লৈরেহে ·

বোড়া—করিনো ?

শঙ্গাই—মশেম নত্রা বারুণী? মসিদদি কমদৌই?

বোড়া—মাবু বারুণী কাগদ্রনে? মমানা কাহনগনি হায়বা ঐ কয়া থাজদে। কাবু কারবদি লোইয়েনে।

শঙ্গাই—মহুদি কা-নবা চক্রি তৌরনিদনা। মসি নত্রবদি উপায়দি লৈত্রে।

বোড়া—করি উপায় তৌসি হায়বগে?

শঙ্গাই—মহু ঐ খন্দুনা তৌরগে। মমান্নবী অহুম মরি থাজিন্দুনা মমাদা হায়হল্লবসু হায়হল্লগে। যাদা যাদ্রগা ঐগী ইচল তোম্বীমক্তদা রারী রাখোঙ পুম্নমক লিহুনা হৌহল্লগে। মকপ নংগী দমক্তনি ইচলদা রা থংবদা ইকাযখ্রোই। অহুগা মসিমতংদি নং ঐঙোন্দা হান্না রাশকপা তাই, মহুদি নং হন্দক বারুণী কাবসিদা মাগা উনহুনা রা ঙাংনবা অসিনা নংগী অরোইবা ওইরগদবনি। মসিদা নং মাগী মফমদগী পুন্সিগী বিদায় লৌবগদবনি। মসি যারবদি ঐনা মাবু শুকশোই শোয়দনা বারুণী কা-নবা শীনবা ঙমগনি নত্রবদি ঙম্মোই।

বোড়া—ইতাও নংগী থম্মোয়সি শুম্নোক্না কনথ্রেদা।

শঙ্গাই—মসে ঐবু থম্মোয় কনবগী রা ওইনা লৌগনু। মকপ অমনা মরুপ অমগী মফমদা তৌবা হৌনবা থবক অহু তৌবনি। মসি নং হৌজিক মায়াগী লাংনা কুপখিহুনা জ্ঞান তাত্রে, অহুনা খঙঙরোই, মহুংদা শোযদনা খঙঙকানি। ঐনা হায়রিবসিনি মসিদা য়ারবদি ঐ ঙমগনি নত্রবদি দায় লৈতে।

বোড়া—ফরে ইতাও, নংনা ফগনি হায়বহুতা খন্দুনা তৌবিরো। নংন হায়বা পুম্বা ঐ ..

শজাই—ঐ·· কৈদৌবা ? হায়য়ুনে। য়ানিংত্ৰনে ?

বোড়া—য়ারে ইতাও।

শজাই—অদুনিদনা নিপা হায়ববো। অদুদি চৎসি, নং করিমতা ন্নারুরমু, ঐনা শোয়দনবা শীনবিগনি। ( চিংহুনা পুখিবা )

৪বা উৎপা।

লৈনখীগী য়ুম—ইমুংগী কা।

[ ফমুং অমা থাই, থম্বৌম্না হিপ্লি, লৈনখীনা খুদাদা ফমহুনা পানা তপ্লি, ইশৈ শক্লি ]

লৈনখী—[ বাসোক ] য়েংউনে ইতা চান্নবী।

থাজফম লৈতে নিপা হাযবসে, খোইমুগা পাংথকনি মখোয়গী থম্মোযসে,

লৈরাংনা পোমলিঙৈ লৈহি চুন্না লৈরিঙৈ

ঙংলে তম্ভনা,—ইকাইবা লৈতনা,—চুপ্পবা ( লৈহি ) পেন্না, মমুং লেল্লগা কাউখ্রে পুম্বদো, নিংবা থুংলগা উদ্রে মশক্তো ওইখ্রে চান্নবা মরূপতি, অমুক অনৌবা লৈরাংগী

মুংশিবা খণ্ডদে,—ইকাইবা হৈতে, ওস্থোকপগী পুকচেলনি।

লৈনখী—অদুবু ঐনা হঙ্গচ্চবদি, লৌন লৈনবমু য়াদবা নুপীমচা অসিগী দমক্তা সনা পুক্লিংদা অদুক কন্না লাংতকনবিরুবগী করি কান্নবা লৈবগে ? কবিমু লৈতবা মাগী দমকতা লৈপাক মমাংদা থৎন-চৈন তৌবসিবু ফজরিত্রনে ? ঐদি ওস্থোকনা পামজখিদ্রে ।

থম্বৌ—খঙব্রে ঐনা তৌরুরিবসি ? অদুবু হৌজিকতি ইকাইবা অমা য়াওরে, বোড়াচাওববু অমুকতং লম্মন খুমদনদি ঐ তোল্লরোই।

লৈনম্বী—করিগী ইকাইবিরিবনো ? ইকাইগদবদি ঐহাকনে। ঐবুদি স্নাখ্যানা লৈকাই মমাংদা পুমহাৎ হাৎপিবনে। স্নাখ্যাদি করিস্ম ইকাইফম থোক্তে।

থম্বৌ—করম্মা নংবু ঐনা হাৎলিবা ?

লৈনম্বী—অদু ফাওবা হংজিনবিরক্লবদি খঙজয়ে। ঐ মৌনি হায়বা ইশানা খঙজে। অদুবু চানবিদুনা লেঙশিনবিরক্লে। মসি লৈকাইগী অঙাং পিশক ফাওবা হৌজিক্তি খঙলে। অসিদা লৌনবা য়াবনি হায়রবদি বা অমনি. অদুস্ম নত্তবা, কনক নিঙোল অমদা ইরৈকাইমক্তদা হেক্তা তাম্নবিবসিবু ঐবু মীমাংদা হাৎপিবা নত্রাও ? অদুগীবুদি অনেম্বনা থা লাম্মুবা ঐনবু চোপ্তনা কনানবু চোপকবনো ?

থম্বৌ—হাঃ হাঃ হাঃ অদু ওইরে ঐনা নংবু হাৎলে হায়রিবদে··· হাঃ হাঃ হাঃ

[ তাঙ্গা অসিদা মোইরাংথৌ চংলকপা, লৈনম্বীদা থানা য়েংবা, লৈনম্বী মোইরাংথৌ উবদা লুকথদুনা লৈবা ]

মোইরাংথৌ—এঃ, লৈনম্বী ! ( খুমদবা ) লৈনম্বী ! নংবুনিনে ঐনা কৌরিবসে।

থম্বৌ—করিনোনে তৌরিবসিবো, মফম মরাং খঙদনা মীগী ইমুংদা চংঙক্লগা। ঐ অমা ইচাও চাওনা ফম্নিবসিবু উথিত্রবা হায়বদুরা ?

মোইরাংথোৌ —উজৈ উজৈ ননাই ঐহাক মিং তাঙবা নত্তে। অদুবু স্নাখ্যাগদি থোইনা রা ঙাংনফম লৈতে, ননাইগদি লৈ অম্বুননি।

থম্বৌ—ঐগা লৈত্রবস্থ মাগা রা ঙাংনগে হায়রবদি ঐঙোন্দা হান্না হায়জফম থোকই। মহু নং থঙত্ত্রমাল্লেনে।

মোইরাংথোৌ— হাঃ হাঃ হাঃ ঙসি স্নাখ্যানা তাকপিরিবা রা অসিদি অতাবা ননাইশিং অমনা তাররদি যাম্না নোকখ্রনি। ঐগী মুপীদা রা হায়বদা স্নাখ্যাগী য়াথং অমুক লৌখিবা তারি? হাঃ হাঃ হাঃ ·

লৈনম্বী-- ইস্ ঙকচরেদা, করি থোনই হায়দুনা ঙাংজবা শারিবনো? ঐবু নংগী নয়ুমদা লৈবা মুপীরনে?

মোইরাংথোৌ— করি? লৈনম্বী। নচিনস্থ থিরকপা শারি। নিপা অমা উকল ফংলে হায়দুনা নথিবোং থাকপিরকপা ঐঙোন্দস্থ ফল্লক্লিবা! হাঃ হাঃ হাঃ ফনদুম নোক্লিংই। নংবু মতম অমদা মীরক তিনবদি লায়রদুনা চানিংঙাই ফাওবা লৈতদুনা কপ্পুনা লৈরম্বদু কাউরবরা। নবুঙো ঐগী মপান্না নথিবোং থল্লকপা নত্রা? নবুঙো ঐগী মপান্না ননাদা সনা য়ান্দুনা নঙকশমদা লিকথাং শিন্দুনা মীরক তিনজবা নত্রা? মহু নং কাউখ্রেনে? হৌজিকস্থ অমুক্তা হস্থদুনা য়েংউ, নশাদা পক্লিবা সনা লুপা, ফীরোল ময়াম অদুবু কনাগী মরলনো? মরুম্বী মখল নাইনা থম্লিবা যুমজাও অসিবো কনানা শাবনো? ইস্ ফনবু ঙক্কইনে। ঐদি নংনা নিংথিনা হায়জরবদি করি মতা

হায়দোকপিদনা ফজনা চৎখিগে খনবনি। অদুবু নংগী নতৌ অসি উবদা ঐ নংবু লেম্না থানিংল্রে। কদাই ইবেম্মা, শকফজবা, লল্লৈবী, ঐগী চংশ্রিবশিং অদুবু পোৎ ওইনা পিবিগল্রা পৈশা ওইনা হনবিগল্রা?

লৈনম্বী—কৈনোনে ঙকচরেদা, ঐবু কদাইদা নংগী নরল তোল্ল-বগে? মপামদা হল্লক্লবা মুপীনি হায়জিল্লিবমখৈ পকঅনি হায়দুনা তৌরিববা? অচ্চা তুকচৈদা কবম্বা নিপানো?

মোইরাংথৌ—তুকচনি তুকচনি, হৌজিক্তি ওস্থোক্না তুকচরনি··· অদুবু ·

থম্বৌ—তুমিন লৈবো ভাই মুপীদা অদু যৌনা হাযবা হৌনদে। নিপা নমান্নবা ঐ লৈবি। নংনা হান্না চংঙম্বা ওইহনসু হৌজিক্তি ঐনা চংঙে। নংনা হাযনিংবা লৈবা পুন্নমক ঐঙোন্দা হাযগদবনি। নুংঙাইতবা লৈরবসু ঐগা থেংনগ-দবনি। নিপা নংনা মুপীদা নমান্নবগুম্না ঙাংবদুদি মীরক তিন্দবা মাল্লি। হায়যু, নং হৌজিক করি পাম্মি? শেল পাম্ববা নত্রগা অঙম অঙম্বা য়েংনসিরা?

মোইরাংথৌ- মসে স্নাখ্যা, ননাই ঐগী ইবাল থোইনা লৈতে। হায়বদি ঐনা মঙোন্দা স্নাখ্যাগী মরম অসি ইতৎ হেক তক্তনা হংজবনি। মানা অশেংবা হাযবসি শুকতাক তাক্তে, উৎ চাইদুনা অসুম্মক থম্মি। অদুনা মরিল তকচনিংদুনা—

থম্বৌ—খঙঙেনে অদুবো। হায়রো নং হৌজিক করি পাম্মি?

মোইরাংথৌ— ঐদি মাবু য়ান্না নুংশিজবনি, অদুবু মানদি ঐবু

মুংশিরমত্রবনিনা ঐ অমুক মাগী আশা লৈত্রে। য়ারবদি ঐগী চংজখিবা খরচ ···

থম্বৌ— খঙঙে অহুদি কয়ানো ?

মোইরাংথৌ—কয়ানো হায়বা তাংদাংবদি ননাই ঐ খঙজত্রে। ঐগীদি ঙসাই হায়জখিবা ময়ামহনি। মহুদা স্নাখ্যানা খনবিরগা খরদংদবু ফংঙ্করবস্নু অহু মঙাই।

লৈনম্বী—ইস্ ওস্থোক্না তৌভমখ্রেদকো। মসিমকনা ওইরে ··

থম্বৌ—তুমিন লৈয়ু, নিপা মশেল রা ঙাংনরিঙৈদা নং য়েৎলকনু। অহুদি ভাই ঐ ঙসিদি রাখল অমুক্তা তৌরকখিগে···হয়েং উনসি চৎলো।

লৈনম্বী— করি রানোনে স্নাখ্যা, ননাই ঐদি মঙোন্দগী পাই নাতংগী অমা ফাওবা······

থম্বৌ—তুমিন লৈয়ুনহে, মীনা হায়রমক্তদা ·····

মোইরাংথৌ—তৌনুদা লৈনম্বী, উৎ-পাৎ অহু অমুক তৌরনুদা

থম্বৌ— চৎলোনে ভাই, রা লোইরেনে। মখা তারক্লবদি য়াম্না ফজনদবা তারে।

মোইরাংথৌ—চৎচরগে স্নাখ্যা, অহুদি হয়েং ননাইবু কদাইদা ?

থম্বৌ—কবো লম্প্যাক্তা···· ।

মোইরাংথৌ—মতমদি ···

থম্বৌ— নুমিদাংরাই····· ।

মোইরাংথৌ—য়াম্না ফনি। ( লৈনম্বাদা মিৎচিনা মোক্লম্মগা চংখিবা )

থম্বৌ লৈনম্বী! লৈনম্বী!

লৈনম্বী– করি ওইরবনো?

থম্বৌ—হাঃ হাঃ হাঃ অসি ওইরেকে। ? নংনসু ঐভোন্দা ঋুং অমুক তৌরম্মিবা? নং ঐবু থঙজ্রা? ঐবু করি ওইনা উই?

লৈনম্বী– হায়রম্মিবা পুম্নমক্ত মীনম্বা ভাক্তনি। মানা হায়বা য়াদে হায়দুনা ঐবু মানা শিঙদুনা লৈবা কুইরক্লবনি। ঐবু চোপদনগে হাযদুনা তৌবিবা থুজিলনি। ঐদি থাক্লৈশেংবা হঙ্গৎচরিবনি। ঐ মঙোন্দগী করিগুম্বা অমতা লৌজদে।

থম্বৌ লৌবা লৌদর্বাদি অরায়বনি। নংবু ঐঙোন্দা কনামতা লৈতে হাযবা নত্রা? হৌজিক্তি করম্না লৈরম্বী?

লৈনম্বী - কনাস্থ লৈজদেনে স্নাথ্যা। মানা হেক্তা হায়জিললিবনিনে।

থম্বৌ– করি? ঐবু নংনা উং চাইবা যাবা মীনি থনব্রা? হা-নহে? ঐ থম্বৌম্নানি হায়বা নং কাউরবরা? ঙসাইনা মী অতুগী মমাংদা হেক হাৎকে হায়ববু নংবু নুপীমচানি হায়দুনা য়েংবিবা নত্রা? নংগুম্বনসু ঐভোন্দা, ইস্ ঙকপু ঙকইনে, হৌজিক ফাওবস্থ মচিন থীরিনে··। (চংশিন্দুনা) নং ঐবু থঙব্রা নং! নথৱাইদু লৌবা ঙম্বা মীনি হায়বা থঙদ্রা? নংগুম্বা অমা হাৎপদা হৌজিক কনানা কৈদৌজরনি।

লৈনম্বা স্নাথ্যা ননাই ঐ লানজরে।

থম্বৌ– লানজরে, নং মদু ঙসাইনা কবিগী হায়দে। (মশম পাইদুনা) ঐঙোন্দা কবিগী ঋুং তৌই? করিগী মীমাংদা

হাংলি? করিগী ঐবু অহুক উশিত্তে? হা-নহৈ ওক্রবী (ইনথুবা, কাওবা) নথরাইহ হেক লৌগে হায়ববু··

(মঙ্গী ফীংনা চংলকপা)

মঙ্গী– কৈনো কৈনো হায়মাইপেম্মা ইবুঙো, করিনো তৌরি-বসিবো? (খাম্বা)

থম্বৌ—ইচে মসি মহা ওক্রবীনি। মাগুম্বগী লেংনস্ব ঐঙোন্দা···

মঙ্গী—করি তৌরবগেনে ইবুঙো?

থম্বৌ—মাগী মরা হংদুনা কাম্নদে, মসি মীহাৎপীনি! ঐ মাগী মরমদা রা ঙাংনিংদে, খঙনিংঙগা মঙোন্দা হংউ।

মঙ্গী—লৈনম্বী, কৈদৌরবগেনে ইবুঙোনা অসুক য়াম্না শাওরিবসিবো?

লৈনম্বী—ইচে ঐ করি হায়জগদগে খঙজদ্রে। ঐনা অচুম্বা হায়জব-মখৈ অমতা তাবিদ্রে। ঐবু মোইরাংথৌগা··

মঙ্গী—হে হে অহুগী ওইরে তৌনরম্মিবা লাল অসে। ঐদি ইঙকপু ঙকউরে। ইবুঙো অহুগীদমক্তদি অহুক য়াম্না রারৌ-বিরুনু। ঐ পুম্নমক খঙই। মহা তৌঙমগ্রবা নিপানি মোইরাংথৌ হায়বদো। জুয়ারদা উংদুনা লৈরবনি। ওক-খিত্রবা মীকি লাইকিত্রবা মীনি।

থম্বৌ—মানা মীকি লাইকিদ্রগা থম্বৌস্না ঐঙোন্দদি কৈদৌজরনি হায়বগে? মাতনা উশিংহন্ত্রিবনি।

মঙ্গী– ইবুঙোদবুদি করিবু তৌজবা ঙমগদগে? মত্তিকলা? অঙ্গবু ইচে অমুক্তা মরী মথোঙ তমখিগে তাও হায়বা। মানা

লৈনম্বীখোয়দা চংবনি হায়দুনা তৌরিবসে, ইচেবু থাজৌ. ঐ য়াম্না মুন্না খঙই, মশানা য়াদনা থা তরুক চাম্নে হায়বহুনি। পামজমনবদগী ইকায় খঙদহুনা চংলিবনি। লৈনম্বীনা মাবু হায়-বসি অসিদগী হেন্না হায়ফম লৈব্রে। অদুবু ইকাইবা হায়বসি শুকখঙ খঙখিব্রবা। লৈনম্বীদা হায়বদদি য়ারবোই হায়বসি উরহুনা মানা ঙস্মিববু লৈনম্বীগী মমা ইন্দোল হনুবীসিদা ঙা থরা হেক লৈরক, শেল থরা হেক পি, অস্তুম তৌহুনা য়ুম অসিদা নমহুনা চংলিবনি। মসিগী দমক্তা ইন্দোলগা লৈনম্বীগা খংনবনা অহিং মুংখিল কাংব্রবনে। তৌঙমগ্রবা ইকায়বা লেশ অমতা পকখিব্রবা মীনি। অদুবু হন্দক্তী ইনাওসিস্ন ইবুঙোবু মাগী মমাংদা লেম্নজহুনা ঙস্থোক্লা মথবাই মুংঙাইজরবনি। অদুবু ঙসিগী মতৌ অসিদি ঐদি ইঙকপু ঙকএনে। (লৈনম্বীদা) নংদি নচিল পান্দ্রা ইবুঙোদা বাসি শেংনা হেক হঙ্গংপদে ?

থম্বৌ—তৌরনুদা ইচে, মাইকৈ পুম্বসি ইচেনা ইংহনগে হায়রগা হেক ইংহল্লি, শাহনগে হায়রগা হেক শাহল্লি। মীনা থাংবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। ইচেনা ফনা হায়দুনস্সু কাম্নরবোইয়ে,··· ঙসাইনা মচিন চুমথ্রবনে,·· লাম্লে হায়দুনা য়াথ্রবনে।

মঙ্গী—করম্না অদুদি লৈনম্বী ?

লৈনম্বী—মীনা হঙ্গচ্চবা মখৈদি তাবিদ্রে। মীনম্বনি হায়দুনা ফুবনে চৈবনে তৌশিন্নক্লে। অদুদদি তৌফম খঙদহুনা লানজরে হায়বনি।

থম্বৌ—কান্নদেদা ইচে, মাগী মরা শুক্তা ত্তানিংদে। চংসি চংলো নখোয়দা। নংগা ঐগা বা য়াম্না ঙাংনগদবা লৈ। বারুণী হংচিংনি পেমচা পুদবা য়াদে···চংসি লাকও···।

মঙ্গী—লেংঙসি অহুবু ননাইসিবু····

থম্বৌ—মাগী বা অমুক পল্লক্নগনু ইচে। মুংদি কায়রবনু তাই-শিনবা য়াবা মরৈম্নমগনি, অদুগা থম্বৌম্নানা হায়খ্রবদি ( মঙকশমদা খুদোনবীনা লেন্দুনা ) সে দাই লৈতে। চত্তুম চংসি লাকও···( চংথিবা )

মঙ্গী—লৈনম্বী। ঐনা নহালনা হায়দ্রা? ফনেক্তবু ফীরোন নাইনা শেংলগা ফজবনি··· নিপাদা মরোন নাইবদি চোপ্পা নংবনি···খঙঙেদনা···। ( চংথিবা )

লৈনম্বী—( হৌগৎতুনা ) হে হে অদুগা কৈদৌজরনি লৈনম্বী-দবো! থম্বৌম্না চামা চামানি হৌজিক ইখোঙদা ভুরগদবা কেশে··· (খুকাপপি কাপ্পা)

---

**অহুমশুবা শরুক**

১বা উৎপা।

পেমচাগী য়ুম—মুমিদাংবাই।

[ য়াম্না অৱাবা ফীভমদা পেমচানা দারীদা ফম্লি, ইমুংদা পোদোন অমা থাল্লি ]

পেমচা—( ইশৈ ) শাবী ইবুঙো ন্নুংশিবা, থংলেন মানজ পাম্মুবা
পাম্মু লমদম য়েংবদি, ন্নুংশি মাইকৈ লাকপদি
চৎনবী ইপাক বাংমদা, খাইনা ফীজং খনবনা
মানজ চেংলৌ উদরে, ন্নুংশি নপাও তাদরে,
অস্নুম তৌনি খঙঙম্মবদি, ননাও লাইবক
চাওবীদি, পলেমগী ফৈরা থক্তুদা, খোঙ্লাং
মাইয়োক্লম্বিঙৈ অমংগী য়াইথোং কুম্বনা,
ফরমগনি খঞ্জে লোইম্মুম্বা।

( কল্লুনা লু লুকথবা, শঙ্গাই তপ্পা চংঙকপা, মড় উবদা পেমচা ইমুং চংগে তৌবা )

শঙ্গাই—( তপ্পা ) ইবেম্মা! ঐনিনে।

পেমচা—এঃ তাদা।

শঙ্গাই—ইমা লৈব্রা ?

পেমচা—কৈথেল কুম্মক্ত্রি তাদা।

শঙ্গাই—অহুদি ঙসাই ঐনা অঙাং অমা থাখিবহ্ করম তৌরে ? চংলরোই হায়রিব্রনে ?

পেমচা—করিবুনোনে তাদা, ঐদি ভাবপু তাজদ্রেনে ? অঙাংদি অমতম্নু লাকঅমদেনা।

শঙ্গাই—ইসে মাদি চৎব্রবোইরে। অঙাংদা রা শিন্নবা হায়বসে…

পেমচা—করি রানোনে তাদা ?

শঙ্গাই—মানা নহালদগী তকইবনে নংবু বারুণী পুদবা য়াদে হায়দনা…

পেমচা—( নোক্কুনা ) লক্লবা মানগ্রেদকো তাদগী ৱাসে।

শঙ্গাই— লক্কবাকা নত্তে ইবেম্মা। অওইবনি। চৎসিকো ইবেম্মা মা হোৱেল হৌহল্লৱগে। শোইনন্নুসিকো, ইমা লাকঅনি ঐ চৎলগে ( চৎকে তৌবা )

পেমচা—অহুবু · তাদা···

শঙ্গাই - ( লৈশিল্লক্কুনা ) অহু আদা নত্তে, তাদানা হায়রিবসিনি, চৎসিকো, কো, চৎসিকো, শোইবা য়াপোং নত্তে···কো··· ঐ চৎলগে · ( চৎখিবা )

পেমচা—কয়া লুখ্রবনোসে। ইমানদি য়ারোই। চৎসি কদাই, চঙসি কদাই ? থোকঅরবা হায়বহৌনি। মানা হৌররগবু ঐনা ঙমদে করম্মা হাযগদগে। ( য়েংবা ) এঃ ইমা লাকএ

( ইমুং চংখিবা, থম্বাল চংঙকপা )

থম্বাল- - ইবেম্মা থোঙ হাংউ ইমা লাকএ।

( পেমচা থোক্লকুনা মমাগী পোৎ থাবা, লৈহাওু লৈবোন উবা )

পেমচা—ইস্ ফরেদা ইমা ! ( লৈ লৌথোক্কুনা যেংবা )

থম্বাল—করিনোনে ?

পেমচা—লৈহাওসিবু হায়বা।

থম্বাল—লৈথেলদা ফুগী অমনা য়োল্লম্মি। ফজৈ হায়দুনা ইচাগী দমক্তা লৈবিরকপনি।

পেমচা—অহুদি ইমা, চংঙসি··· চাক ইংখ্রনি চাক চাথোকঅরো।

থম্বাল—ফরে ফরে। ( অনিমক চংখিবা, বারুণী কাবগী ফীজোন্দা মঙ্গী চংলকপা )

মঙ্গী—পেমচা, পেমচা, ইচে কুম্মকঅবরা ?

[ মমুংদগী থম্বাল—কনানো ইবেম্মা মঙ্গীরা ? ]

মঙ্গী—মানি ইচে। ( থোঙ হাংদোক্লুনা থম্বাল থোকলকপা ) ইচে, ঐ পেমচা হৌবা লাকচরিবনি। মাবু মফী মরোল শেৎত্রিবরা ?

থম্বাল—কদাইদনোনে ইবেম্মা ?

মঙ্গী—বারুণী কাবগী খানিমা ইচে।

থম্বাল—কদাইদগী ইবেম্মা। মাগীদি মফী মরোল জুগোৎ চাবা অমতম্ভু লৈজদে। করম্না মীরক তিল্লুগবনো ? ননাওদি চত্রসন্নুদা···

মঙ্গী—ফী-রোলগীবু কৈদৌই হায়বগে ? ঐগী লৈজবা অসিদগীম্ভু মনা শেৎনিংবদা শেৎচসন্নু ইন্নিংবতা ইনজসন্নু। কৈদৌগে ইচে, ঐখোয়ম্ভ য়াওরি, কনানা কৈদৌজরগদগে ?

থম্বাল—কনানবুদি কৈদৌজরদগে নং য়াওরিদনা। নংনা পুখিববু ইচেনা ব্রা ভাংগত্রাও। অদুদা ইচেনা হায়বদি মশাম্ভ ওমদে মকোক চিকই হায়দুনা তৌই। নত্তেদা ইবেম্মা ব্রারৌরম্নু, ননাওদি চৎহল্লরোইদা, নোংমৈ ওইনা পুবিরো।

মঙ্গী—পেমচা নংবু কয়া ওমত্রবগেনে ? চৎলুসিবা কৈদৌগে ?

[ পেমচা ( মমুংদগী )—ইনে, ঐ চৎপদি য়াম্না চৎচনিংই। অদুদা হকচাং অসি ওমজদদুনা তৌবনি, মঙ্গুংদা ইনেগী তুং ইনজগে, হুন্দক্তি চৎচররোইদা ]

মঙ্গী—অদু মঙাইরেদনা কমদৌনি। চৎমিন্ননিংবগী হায়বনি। ইচে অদুদি ঐ চৎচরগে।

থম্বাল — ফনি ইবেম্মা, ব্রারৌম্নুনেকো, ইচেদি স্নম লৈহৌরে।

মঙ্গী—য়াম্না ফনি ইচে। ( চৎখিবা, থম্বালস্থ ইমুং চংখিবা )

[ থোঙ্গাল ময়াগী শোরোক্তা বারুণী কাবা নুপী নিপা ময়াম মৈরানচিংবা প্রুত্থুনা ইরাং লাংনা চৎলি, পেমচা চাইশেল অমা পায়ত্থুনা থোক্লকই, ময়াম্বু মুন্না য়েংই ]

পেমচা—মীদি চৎনবা ক্তৌরে, লাক ওইদৌরিবরনে তৌরিবসিবো!

[ অমুক চংখি, অমুক খুদেং অমা পায়ত্থুনা থোক্লকই, মুন্না যেংই, ঈশিং হৈদোকউই, তুং হন্না যেং য়েংত্থুনা চংখি, থোঙ পিংই, তাঙ্গা অসিদা তপ্না তপ্না বোডা শঙ্গাই চংলকই ]

শঙ্গাই—( লোল্লপ ) মমা তুমথ্রিনি নং চংঙো, ঐ য়াওই হাযবা হায়রুন্নু, ঐ তুং ওইরপ ওইরপ্পা অম্নুম্মক ইন্দুনা চংকে, খঙঙব্রা, চংঙো, ঐ আদগী হৈবোং পাম্বী অসিগী মখোঙদা লৈরমগে .. ( চৎখিবা )

বোডা—( রাখল তৌবা ) মাস্থ তুম্মম্মব্রনে ? অত্থুদি হৌদোকপদা মমা তাখ্রবদি বারুণী কাব্রা হায়ববু মীচৈ তারেদো। ( থোঙ মনাক্তা খুনিং কাংনা চংবা, ওাইহাক লেপ্পা অমুক থোক্লকপা) কমদৌ-সিবা? হেরা নিপামচানবু, মা নুপী মচানদি চংকে হায়হনা য়ারগা ঐনা হৌদোকপা ওমদত্থুনা তোকপা। ফনত্থম ইকায়বা ব্রানি। ব্রা থোক্লগা থোক হেক্তা হৌদোক্লগে। করি হায়না হৌ-দোকসিগে ? মমিং কৌবদি ? মত্থুদি ফত্তে। অত্থুদি থাপ্লপ চত্তুনা ইশৈ শকলুরবদি ? মত্তম্নু ঐনদি ইশৈ অমুক্তা শক্তবনিনা খোল্ খঙঙমগনি থাজদে। ঙাঁ মসি পুম্নমকসি ইফৎ হেক

ফত্রে, হেক চংশিন্দুনা নমহায়দা হেক হৌদোক্লগা লোইরে। ( অমুক চংশিনবা, থোঙ ময়াদা লেপ্লা, কোগে কৌগে তৌবা ঙমদব, মমৈথংদা মখুং মশা কন্দুনা )....তুম্মবরা ? তাব্রবরা ? চংলরোইদ্রনে ? হায়বনি ? ..( চংলরোইদ্রনে ? হায়বনি ?... ( তপ্পা তপ্পা পেমচা থোঙ হাংওকপা, বোড়া কিমন্দুনা য়েনখাদা নৈশিনগে তৌবা, পেমচানা থোঙ থিংজিল্লমগা বোড়াবু তাম্মহুনা )

পেমচা—অদু ওইরে .. ?

বোড়া—হেরা কনানা খঙনি, ইমা ওইরবোই নিংই। চংসিদনা...?

পেমচা—( ফী ময়োমদগী ফী লৌথোক্লুনা ইন্না ইন্না ) ফীদদি ইনখিগেদনা.. ...

বোড়া—সিম্মু শেংলোদনা ?

পেমচা—মুংদাংদবু ফবু ফমনখ্রে। হোরেল চিজোইদা হোংজরগে...

বোড়া—হোইনে ফরেনে, চত্তা চংসিনে, ইমা থোক্লক্লুনা য়া থোকঅরনি।

পেমচা—( পোংয়োম কিশিন্দুনা ) নিপা মানজখিদ্রেদা সত্য, ওন্থোক্লা কিগনখ্রে। ঐনা নিপাকা ওইরম্মবদিকো.......

বোড়া—অদুগা কৈদোবা ? ( খুং পায়হুনা )

পেমচা—শিবা ফাওবা চেল্লোইদবনে। ( অনিমক নোক্লুনা থোকখিবা )

২বা উৎপা।

য়ারল পাৎয়াই— অহিং।

[ বারুণী কাবা কাংবু কাংবু মৈরাগা মৈরাগা লাউ খোংহ্না চৎলি, ইবোহলগা লৈনম্বীগা চংঙকই, ইবোহলনা মৈরাগা পোৎয়োম অমগা পাই ]

ইবোহল— (ঈশৈ) ধ্বজ ব্রজ মেলৈ লাংবী, থরাইবু শোকপী মুংশিবী,
মুংশিহ্না হায়বনি, রারোগনুকো লোইয়ুম্বী,
লৈকাই মীনোক চাগুবনি,
শাজৎ হৈনা চৎলুকো মুংশিবী।

য়ারল পাৎয়াই অসিদা স্নাখ্যা কোক থেংনদনকো ঙসি। তুমিন্না চেল্লকপনে করিনে।

লৈনম্বী— কিবরনে অহুবো, কিরগা লৈহৌরোদনা?

ইবোহল— ঐ লৈহৌরগা কনাগা লোয়ননা চৎকদৌরিবা?

লৈনম্বী— ইথম্ভা চৎচবা হায়বহুনিদনা, কনাগবু লোয়নরুগদগে?

ইবোহল—হাঁ ঐনা হায়বদি, মী-পোং লৈরদনা লৈহৌহন্নিংঙব্রা হায়বনিমা।

লৈনম্বী—লৈভেয়ে লৈতহুনবু কামিন্নসি হায়হ্না নেকচরিবনে।

ইবোহল—অহুদি ঐস্নু কৈদৌদনা লৈহৌরুগদগে অঙাওবদৌনা, থেংনরগা থেংনবা হায়বহুনি। করিস্নু বিদে, মাস্নু মীনি ঐস্নু মীনি জীব ঙাক্লি হায়বা।

লৈনম্বী—হোয়নে অহুদি চৎসিনে।

ইবোহল— চৎসি ভুং কন্না ইল্লকউ, মীনা নি-নখিক্রিভৈদা বোর খরা

য়াম্না লৌহৌনবা তৌসি · ( মাং থাদ্বনা )

সে সে সেবোতি, লাইশ্রম মচা ভবণী,

নংগা ঐগা কাওনসি, কনানা ঙম্বগে যেংনসি · স্খা !

( অনিমক থোকখিবা )

( ভুংদা পেমচাগা বোড়াগা খুংশম্নদুনা চংঙকপা )

পেমচা—ইবুঙো, ঐখোয়দি লম অমুক্তা চৎচদবনিনা থরা তোয়না হংজগে য়ারৌবিমুকো।

বোড়া—হুংউ কৈদৌগে ?

পেমচা—অহুদি ইবুঙো, হুপ্না নাতৈ লোম্লিবা, হানৌনা লেঙ লেঙ চৎলিবা, কম্বোং নানৌ মনানা নোংমদোন তেমশিংনখিবা, চবাংনা ঈমাই তুম্রিবা, হঙোইনা কুমদম্লিবা পাৎচাও অসিবু কোলোই মমিং করি কৌবগে ?

বোড়া—য়াথ খুজগী তামথরকপা, লৈচিন্না পোমাই তুরগা হম্বৈ তোমশাৎনাববা লমদমসে, লমলেন যাবল হায়বা পাৎচাও-হুনিদনা।

পেমচা—ফডখ্রেদা লম্বোক্লা, ঙসিগী নুমিৎ অসিদদ যেংউ যেংউ অপুম্বা অপেনবা কৌবদা নাইখিদ্রে।

বোড়া—মহৌশা লাইরেম্বীদি মীওইবগী পুক্লিং থঙবানি। অদুনা পেমচাগী পুক্লিং ফোরোই যেংদুনা মাগী ফজবা পুম্নমক ঙসি পেন্না যেংজহৌরো হায়দুনা উংথোক্লকঅবনি।

পেমচা—করি বানোনে তানপিরিবা অদুবো ? ঙসি উজবা অসিদগী অমুক হম্না উবা ফংলরোইদ্রনে।

বোড়া—মীওইবগী পুক্সি খোংচক্তি, নোংমতা মান্নবা চত্তে। ঙসিদি মহৌশানা অপেনবা পিবিরি, হয়েংনা তমখিবা ওনখিনি হায়বদা করি চিংনফম লৈবগে ?

পেমচা—মহুনা লেপ্তবা পুক্সিগী য়ানি, অরেপ্পা খম্মোইদি তেংথান্না কায়খ্রবস্থ হোংবা থক লৈরোইদবনি।

বোড়া—ফরেনে, শিবা ঙম্না হোংবিরমুনে। চৎসি খরা ঙন্না চিঙ্গোই লুপহৌনবা হোৎনসি। ( খরা চৎপা )

পেমচা—( ম্যাংদা থাল্লপ কোম্বিরৈ উরকপা ) হাইমা, ইবুঙো, মসিদি করি লৈনো ?

বোড়া—( য়েংবা ) কদাই ?

পেমচা—ভুঃ আদগীসে।

বোড়া—( চংশিন্দুনা কোপ্সিরৈ অমা হেক্লগা ) মসিদি শমু-কোন্দা হৌবা লৈরাং, লৈরাংগী মঙতাব য়েংলগা নোংথাং লৈমা সংচাক মওং মানবা, কুহি কুম্বান্দোং কুমজেং কোরি কানা শাৎপা লৈ, পাখং ইথক কাবা লৈ, মোম্বু কোলোই পাওজেন লৈ, শিঙেল লৈরাং মমিংদি ভুরা ওইবীনা চিল্লগা লুপ্রা লৈরাং কৌইদো, পাখং ওইবনা চিল্লগা পাখ্রা লৈরাং কৌইদো। হন্দক্তি লৈরাং অসে পাগ্রা লৈরাং হায়বন্থনি।

পেমচা—এঃ ওম্মোক্সা ইকাইজখ্রেদকো. লৈরাংদা প্রমাণ অমুক তৌবিদ্রবস্থ নচন্দা অপাঙ্গনা হেক্কা তাকপিরগা লোইরে। নচনবু লুখ্রাবী মচানি হায়বা লৈপাক্সা খঙনরিবনি।

( লুকথখিবা )

বোড়া—ইস্ মীনা নিঙোল পুক্নিং খঙনিংহুনা ফাগী তৌরগা ভাব শেরাম্লনা লৌবদি হৈবিগ্রে। সে অশেংবা তাকঅগেসে ( খুৎনা মমাই হাইগৎপা ) লৈরাংসিগী কোলোইদি কোম্বীরৈ কৌবনে। ফজত্রা য়েংউনেসে······( পিবা ) নিংঙোল নাক্তা থানিংদ্রা ?

পেমচা- ( লৈ লাইহুনা ) মিংলেন নিংথিবী লৈরাংও ! ঙসিদগী ঐৌনা ইতা শাম্নরসিকো ঐথোয়'নি। হয়েং বারুণী হন্নকপা মতমদা শিংঙেল চার সুক্লগা লম্ফেল পাস্তা কোলোম শেম-জগে, নত্তাগী নাক্তা লৈসিকো····· লেংঙসি নুংশি খঙদবা !

বোড়া—ইস্ হোইনে ঙইনা চাওবা ! ( অনিমক নোক্নুনা থোক-খিবা ) তুংলোমদগী শঙ্গাই মোমোন মোমোন তৌহনা য়েংহুনা চংঙকপা )

শঙ্গাই—হে নুংশিবা নুংশিবা, ওস্থোকপা তিলনিদকো নং অসে। নংনবু চংখ্রবাদ অফ ফল অচুম অরান পুমচিক হেক চিকথৎ-হুনা মাঙহন্লিদকো। ঐবু মবানিসি কায়নবা শিনখিদ্রনে ? পাপ্তুম পুহুন তোকঅরনি। ( হন্না য়েংবা ) আই থম্বৌম্না-খোয়গী কাংবুসি লাক্লেনা রা থোকনররনি·· ( কোয়েৎ য়েং-শিন্দুনা তিংখং শৎচিন্নহুনা ফমখিবা, বারুণী কাবা ফীজোন্দা থম্বৌম্না, তোনম্না, মঙ্গী চংলকপা )

থম্বৌম্না—ঙসাইগীহুবু পেমচা নত্তেয়ে ?

মঙ্গী—নত্তেনে ইবুঙো, মাদি মশা ঙমদহুনা লৈহৌরে হায়রমক্তদা ওস্থোক্লা থাজখিস্রেদকো।

তোনম্বা—অছুবু হেক তাম্নহুনা য়েংঙগা চিংনবা পুম্বা কোকয়েদনা।

থম্বৌ—কদাই য়ৌরম্মদগে মখোয়হুবো ? তুংদা লাকঅমগত্রা ?

( কোইয়েং য়েংবা ) এঃ তোনম্বা, আদা নিপা অমা লৈরে অমুক্তা হংউচো।

তোনম্বা—ঐজ্ঞা। ( শঙ্গাইগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ) হাই নিপা তারিবরা ? কৈদৌরিবনো ? নং কয়া কুইরে সিদা লৈবা ?

শঙ্গাই—( খোল ওন্দুনা ) ঙহাক ঙইরে। তিংথং অমা য়ুতুনা শৎপা হোৎনরিবনি।

তোনম্বা—অছুদি সোমদা পেমচা কৌবী লৈশাবী অমগা বোড়াচাওবা কৌবা পাখং অমগা চৎমিন্নখিবকা উহৌত্রা ?

শঙ্গাই—( খোল ওন্দুনা ) কনানা খঙবগে ? লৈশাবী পাখংদি পংচত্তা চৎখি, মখোয়গী মমিংবু ঐদি পোরোক শোন্নবা হংউগত্রা ?

তোনম্বা—-ইয়া মসিগী পাওখুমসিদে। খঙদে হান্নরগা লোইরে। পোরোক শোন্নবকা হায়দনা। মসি ঙসি দক হেক শুজিন্দনা ··

শঙ্গাই—ঙমম্ব ঙম্মোইদবদা চবেৎ চবেৎ লোনগন্নুদা, অস্থক বানা হোৎনত্রনা লৈরিঙৈসিদা····

থম্বৌ—মসিগী নিপাসি মচিন ওম্বোক্না থিত্রেদা। পাইশিন্দুনা নপ্প্ হে তোনম্বা।

তোনম্বা—ঐজ্ঞা মসি। ( মফী থম্বা চংগে তৌবা )

মফী—( খামতুনা ) হেরা ইবুঙো, মী ফুনরগা লেম্বদোনা, ওম্বোক্না হেংজখিত্রে ! সে লেংহুম লেংঙসি থম্বৌম্নাবু চিংবা )

থম্বৌ—মচিন থীবা হায়ববু মৈতৈ মচাশিংসি । লাকও তোনস্না চৎসি লাকও ( মাং থাহুনা চৎখিবা )

তোনস্না—ঙসিদি য়াদ্রে, ভাই হয়েং চিংথাদা অমুক্তুং উনসিকো ·· ( চৎখিবা )

শঙ্গাই—( হৌগত্তুনা ) শকশিং অসিনা তৌবা শাম্বিবসে ওন্থোকনা নুংশিদ্রেদা, ওন্থোক্লা ইকাই খঙখিদ্রবা জাং হায়বহু ওইরে। হুম···মসিনদি কান্নদে. ঙসিদি পেমচাগা বোড়াচাওবগা নাথৈহুনা থুনা পুথোকহৌদবা য়াদে। লৈপাক মমাংদা চোপ্পরবা তারে ( ফাংনা থোকখিবা )

ওবা উৎপা।

চিংয়াই—অমুক ।

[ মী ময়াম কারি, উরক্না চিংথ্রাও পাম্বী অমা হৌই । বোড়াচাওবগা পেমচাগা খুৎশম্নদুনা চংলকই ]

বোড়া—ব্বারেদা ঙাহাক পোথাখিসি ··

পেমচা—নিপা ওন্থোক্লা মানজখিদ্রেদকো·· । লাই খুরুমথোকঅগা কোম্না পোথাসিবা।

বোড়া—এদি ঙমদ্রে, নিপা মান্নবস্থ মাম্রবস্থ পোথারনি । ( ফমথবা ) নং খুরুমগে হায়রগা খুরুম্মুরো, তুং আদাগীসিনি মহাদেবগী খুভম হায়বদো । ( খুৎ থিন্দুনা তাকপা )

পেমচা—( য়েংহুনা ) এঃ য়াম্না নকনা লৈরম্মেনা ! বারুণী কাবা · য়াম্না ব্বাই ব্বাই হায়বসিদি করিস্থ ব্বাদেদনা ।

বোড়া ব্বাহৌব্রবদি অমুক কুম্মুখিসি অঙ্গুগা অমুক কারকসিদনা ?

পেমচা—মহনা নোংমৈগী তারেদনা।

বোড়া—নোংমৈবু য়ৌবু য়ৌখিদ্রনে?

পেমচা—করিগী য়ৌদদগে? য়ৌহনগে য়ৌহল্লোই ইবুঙোগী খুত্তা লৈরেদনা।

বোড়া—ঐগীবুদি নুমিৎ চুপ্পসি বারুণীতা ওইখিরো হায়রিবনি। অহবু য়াদেনে

পেমচা—কনানা য়াদ্রিবা?

বোড়া—পেমচানসু, চৎনবানসু।

পেমচা—চৎনবীদা পাউথোকপিগে হায়বগীদি খঙজদ্রে. অদুগা পেমচাদা তাইশিনবিবদি মপোকসিমগী পকচরোইয়ে।

বোড়া—হোইদা হোইদা. অদুগীবুদি খঙগদবা লৈরেদনা।

পেমচা—হৌজিক ফাওবা খঙবিদ্রি-রা ওইরে? বারুণী লাইখুরুম্বা চৎপসিবু চৎলমদাই খুদক্তা তাকপিরগা শিঙেল ইমাম্বী কনানা অহল-লম্মনগী য়াথং য়াশদনা চৎপা ঙম্বা য়াওরিদগে? মসি ঐদি নহাল মমাংঙৈদগী হৌনা খঙজে। ঐবুদি চানবিবা খরা বাৎপনি।

বোড়া—করিগী খুদক্তা হায়বা ওইগদগে। ঐনদি ইমুংদুদা চংবা য়াদ্রবনিনা চয়োল অমগী মমাংদগী হৌনা মীশোন্দা পাউ চেনখ্রবনি।

পেমচা—হোই অদুনা ওইরে, পাউদি ঙরাং নুমিদাংবাই মমবা মতমদা বারুণী লেঙগদৌরি তুং ইমিংঙগা ইনজহৌ হায়না তাকপি-রকপদাইদো..

বোড়া—অতুমক্তি হায়রিরোইদা ? পংহায়দা হেক হায়জিন্নে অহুবু হৌজিক কামিম্বরে, অসিবু কৈদোৱবগে ?

পেমচা—অসিবুদি ঐনা ইকাই খওদবী ওইবগী তুং ইনজবনি।

বোড়া—অওইবরনে মীওৎপী ! হেক খোইখা-লিনখা থাবসিনা অতুগী শরুকপুদি সে অাদগী উসিন্থম মশক খওব্রা য়েংউ।

পেমচা—মীনা অওইবা রা হায়রকঅবদি ঙাওশিন্নবা হৌরকঅগদবনি, মীওৎপা ওইনা হেক তৌরদনা, তস্ ( নোকপা )

বোড়া এঃ মীদি মানা ওৎলগা ঐঙোন্দা তাইশিন্নরিএ। মীনা হায়বদি তাব্রদনা ·

পেমচা—হোইনে হোইনে চুম্মিনে ! ( লৈ উত্তুনা ) হায়গুম্মদনা করি উনো মসিদি ইবুঙো, শাংলিবা লৈ অসি ওম্মোক্লা ফজখ্রেদা।

বোড়া মসি ফাওবা খওদ্রি ? য়াম্না অঙাং ওইরিনা অহুদে ! মসিদিনে নোংম হায়র হায়থচিং, কোরৌঅশেক য়ৈনচিং, শিব খলোং মপূংয়াই, পার্ব্বতীনা কোনবা লম্, নিলগিরি নোংমাইজিং মুংগাইরক্তা ওংবা লৈ, লৈরাং মমিং হায়রগা চিংগী কোলোই তংখাই লৌ, হাওগী কালোই তংখাই লৌহুনা থোনবা লৈরাং, চিংগোই নব্রা চিংথ্রাও হায়বত্তুনিদনা।

পেমচা—চিংথ্রাও। ফজেদা। ইবুঙো নমাও লাইবকথীবীবু চিংদা শাংপা চিংথ্রাওগুম মালংবগী খোঙলোই ওইদুনা চিন্নদনা কেনখিবদি লৈপাক মমাংদা থোকহনবিগন্নুকো

বোড়া—ঐবু ওস্থোক্লা থাজখিদ্রবা রা ওইরে। খঙঙে, মসিগীক্তবু নিংঙোল পুক্লিং ওম্নিংঙকঅদনা তোয়না তোয়না অসিগুম্বা য়াঙাং অসি ঙাংঙক্লবনি।

পেমচা—ইস ওস্থোক ওস্থোকপা। অহুবুদি হৌজিক লাইফম য়োৗরগা ইবুঙো মাবু সাক্ষী থমহুনা য়াশক্লরগা খঙগনিদনা।

বোড়া—ফৈনে অহুম্বু। য়াইনে। চংসি অহুদি লাইফম য়োৗনবা কারসি হেক য়াশক্লরগা লোইরে। (অনিমক নোক্লুনা থোকখিবা, ভুংদা শঙ্গাই নোক্লুনা চংঙকপা)

শঙ্গাই—হে লাই ইবুঙো, নং অসি লৈদনা! ঐ য়ারে নং লৈ। ঐনা থবাই য়ানা বোড়াচাওবগা থম্বোম্নাগা অনি অসি ইসিগী মুমিত্তা উনদবা হায়না কম্না খুক্লমজবহু নংনা উবিহুনা বোড়াচাওবগা পেমচাগা ঙাইহাক লম্বীদগী লৈশীন্দুনা পোথাহনবিরে। তাল্লক অহুদা থম্বোম্নাগী কাংবুনা হেনগংখ্রে। লাইফম হান্না য়োৗখ্রে। নসিদগীদি পেংনররোই।... হাঃ হাঃ হাঃ... হুম্ নোকপা য়াদ্রি..., নিংঙাইদবা কাংবু ঙাক্তনিনা লাইফমদা মী য়েংহুনা কুইনা ফমদোক্লবদি.. মহুদা শোইদে থেংনবা। অহুদি করম তৌনি? (খনবা) উম মহুদি...ঐ বোড়াচাওবদগী হান্না চংখংলগে.. থম্বোম্নাখোয়বু হেক উবা মফমদা ঐগী মক্লপ অমা থিদ্রনা মখোয়গী মমাংদা ইরাও লাওনা বোড়াচাওবগা পেমচাগা চংখিবা কয়া কুইম্রবগে কদায় য়োৗরম্মনি হায়না হেক্তা হংলগে। অহুদা মাবু ফনা কুইখ্রে মতা চারবদি চিংথাহুম য়োৗরম্বা য়ারে নংবুম্ন য়াম্না হংঙম্মি

হায়না হেক খুমল্লগে। মসি হেক তাবদা মন্নাই থকপা কাংবু ঙাক্তনি অমুক পল্লম্বা ভৌদনা চিংখা তান্না পরপ পরপ মন্নাইনা চংচখ্রনি। ...ফরে মসি থুনা শিলহৌদবা য়ান্দ্রে...।

( ফীংনা চেনখিবা )

( শিন হোংবা )

লাইফম—নুমিৎয়ুংবা মতম।

[ লাইগী মনাক্তা লাইসেবা চৎপা ব্রাহ্মণ অমা অনি লৈ, মোইবুং খোংই, ত্রিনাথকী ইশৈ শকই, গঙ্গা থকই, মী লাকই, খুরুম্মি, চৎখি, ইরাঙ লাওই। ইবোহলনা ফী ময়োম অমা পুতুনা লৈনম্বীগা চংঙকই ]

ইবোহল—( ফমথতুনা ) ইস্ রায়দা হে লাইনিংবা।

লৈনম্বী—পোথাসি হায়রবস্থ লাই খুরুম্মগা পোথাসিদনা।

ইবোহল—কৈ কৈ খুরুম্মসি। ( হৌগৎপা ) পৈশাদি লৈরবরা ?

লৈনম্বী—কদাইদগী লৈগদগে ?

ইবোহল—( ফুরিংখাওদগী লৌথোক্তুনা ) অহুদি সে....। ( পৈশা পিবা, অনিমক পৈশা কংলগা খুরুম্বা, ব্রাহ্মণনা সিন্দুর নম্বা, অহুদগী ব্রাহ্মণদা ) গঙ্গাদুবু অমুক্তা...।

ব্রাহ্মণ—এঃ য়ানি লৌবিয়ু। ( পিবা, ইবোহন্না লৌহুনা কন্না চিংবা )

ইবোহল—বস্ মসিদগীদি অরাবা খঙবিররোই।

লৈনম্বী—রাবা খঙদনব্রা হায়ববু চিংয়ায়দা হাইথখিদনা।

ইবোহল—ঐখোয়দি অহুম্মকা তৌবিবা মী নত্তে, দম পাল্লবনি।

লৈনম্বী—কৈ ঙাওদা ঙাওবিরকনু। চৎলসি অহুদি কুমথরসি চিংথাদা পুল্লপ পোখাক্লরসি। ( চৎকে তৌবা, খংলেপ লেপ্পা ) এঃ ঐদি অকাওবা অমা লৈরে।

ইবোহল—করি কাওরবগে ?

লৈনম্বী—ঙসাইগীদো।

ইবোহল—করিনো ঙসাইগী হায়রবো ?

লৈনম্বী—হেরা ঐনা ঙসাই চিঙ্গোই লুপ্পদা মুং মথক্তা তাশিন্দুনা চোৎনা থনম্বদো।

ইবোহল—তো হো ঐস্নু কাওইনা! অহুদি নং ঙাহাক্তা লৈরমখো, ঐ লৌরুখিগে পাম্মুই। ( চৎকে তৌবা )

লৈনম্বী—( থামহুনা ) হেরা অহুবু নংনা করম্মা পুরক্কদগে ? মাংজ-হোৌরসনু কুমথরসি।

ইবোহল—পাম্মুইদনা, ইস্ ঙস্থোক্লা মাই থকখ্রেদা ঐসে। ( ফীরোল লৌখৎপা ) চৎসিসে অহুদি কুমথরসি। জয় মহাদেব ইবুঙো, বারুণী তোয়না তোয়না থোকহনবিয়ু···। ( অনিমক চৎখিবা ) [ থম্বৌস্না, তোনস্না, মঙ্গী চংলকপা, তোনস্না পাইতুদগী ফী লৌথোক্লুনা ফীদা থাবা, শমজেৎ মিংশেল লৌথোক্লুনা থম্বা, থম্বৌস্না চংহুনা ফম্বা, মিংশেল য়েংবা, শমজেৎ হাৎপা অসিন-চিংবা শেমশাবা ]

থম্বৌস্না—তোনস্না লাইথুক্লম্মুসিদনা ?

তোনস্না—ঐজ্ঞা।

থম্বৌস্না—নখোয়্গী পৈশাদি য়াওরবরা ?

তোনস্না—য়াওজদে ঐজ্ঞা।

থম্বৌস্না—সে সে ( পিবা ) ইচেগীস্থ সে···( মঙ্গীদস্থ পিবা )

[ ময়াম্মক লাই থুরুম্বা, পৈশা কংপা, ব্রাহ্মণ্না সিন্দুর নম্বা, ব্রাহ্মণ অমনা য়াম্না ব্যবহার তৌনা থম্বৌস্নাদা গঞ্জা লানশিনবা, থম্বৌস্নানা থক্লগা তোনস্নাদা পিবা, তোনস্না থকপা ]

থম্বৌস্না—অদুদি তোনস্না কুমথরসিদনা ?

তোনস্না—ফনি ঐজ্ঞা। ননাইশিংনা হৌজিক ঙাংনখিবা পেমচাগা বোড়াচাওবগা কুমথখ্রে হায়বন্থ চুম্বা তারে। মসিদস্থ উদ্রে।

থম্বৌস্না—অদুদি খরা থুনা কুমথসি ·। করি হায়বগে ?

তোনস্না—ঐজ্ঞা। ( পোৎ য়োমশিনবা, ময়াম্মক থোকখিবা )

( পেমচা বোড়া চংঙকপা )

বোড়া—মহাদেবদা কৎনবা লৈ শুনচিংবা পুরকপস্থ নিংখিজনা শেম শাজিল্লো কৎলুরসি। ( পেমচানা শেমজিনবা ) অদুগা করি বোর নিগদৌরিবনো হৌজিকগী হোনা মুন্না খলহৌরো, হোরেল কোক কাওথোকখিনিকো।

পেমচা—ঐগীবুদি শোয়জররোইদা, ইবুঙোগীদুম হয়েং চিশিল্লক্লবা মতমদা হেক লৈথোক-লৈশিন তৌবা য়ানবা রাশক মশক্তুম নিংখিনা খনবিহৌ···

( পেমচানা লৈ পায়দুনা হৌগৎলকপা, বোড়ানা পৈশা পিবা মবানিমক খুকউ লৈতানা ফমথবা )

পেমচা—লাইবক থীবী মুজাগী অতৈ বোর নিজনিঙাই লৈজদে, পুন্সিসিমা পাম্মু মগুং লাংগী থবাই কথোকচবা ঙম্বা অদুগা মুংশি-নাক্তা লেঙদনা···

[ তাঙ্গা অসিদা খঙহৌদনা চা শ্রবা উশা অমা তেক্লকপগী অকিবা ফংলবা মখোল অমা তাবা, পেমচানা খংমনগ্রত্থনা মখুত্তগী লৈ থাদখিবা, বোড়াদা "ইবুঙো" হায়ত্থনা ঙাখখিবা ]

৪বা উৎপা।

খোয়াথোং লম্বী—নু মদাংবাই।

( লৈনম্বীনা মাং থারত্থনা ইবোহলনা পোৎয়োন অমা য়ান্দুনা চংলকপা )

লৈনম্বী—অসি য়োরবদি কিজরবোই, লৈবিহৌবস্থ য়ারনি।

ইবোহল—অস্থক য়াম্না রামিন্নরক্লগা য়ুম য়োরমদাইদা লৈহৌরো হায়রিবসিবু করি পুকচেল কৌবগে শানৌ ইবেম্মা। ঐদি ঙসাইনা হায়জরা? স্নাখ্যানম্বু ঐবু চংহল্লরোই, ঐগী লৈফম লৈত্রে, ঐবু লেঙদনা থম্বীরগদবনি। ঐ লৈহৌবা ঙম্মোই, য়ুম হেক্তা য়োরগদবনি। সত্য ঐ লৈফম লৈতে লৈহৌবা ঙম্মোই।

লৈনম্বী—করিনোনে হায়রিবসিবো। ঐদি ঙসাইমখৈ ফাগীরা হায়ববু অঙইবরনে?

ইবোহল—সত্য অঙইবনি। ঐনবু নঙোন্দা করিগী ফাগী তৌরু-গদগে?

লৈনথী—অদুবু ঐবু করম তৌ হায়রিবনো ? নুপী ইমাগ্নবীগী নত্তে, অহল লম্মন ময়াংদা করম্না ··

ইবোহল—করম্বা করমদবা খঙদে, ঐবু থমদবা য়া-পোৎ নত্তে। ঐ হৌজিক স্বাথ্যাগী মনাক্তা হেক চংউবদা অরাফম তার-গদবনি।

লৈনথী—করিগী ?

ইবোহল—ঐদি নংনা বারুণী কানিংক্রুসি হায়বত্তুদা চৎনিংবনা খ্রো-খ্রো খোঙ্গুনা পৈশাদি লৈজদবনিনা তাল্লক য়েংহনা স্বাথ্যাগী মোন মথাদগী লৈরম্বা পৈশামথৈ শুকখোম খোমহনা পুরক-লবনি। অতুম্ব চিংথক্তা ঙমনা লৈ-হনা চাখোকখ্রে। ( মোই-রাংথৌ তপ্পা থোক্লক্তুনা তুং ওইরপ লেপতুনা য়েংহনা লৈবা ) ঐগী লৈরিবা হায়ববু য়েংঙোই ইবানি অম্মুম হল্লকপদা ঐনা মুম অমদা ঙাইহাক্তং চংলুবদো, মতুদা সে লিক অসি পুরকই। ( উৎপা ) মসি স্বাথ্যাগী মনাই নুপী লাইশ্রবীগীনি। ঐনা নহাল সনা শাফমদা থিললুবনি। অদুবু ঙসি অমুক ইবেম্মা লাইশ্রবীনা পিরকউ হায়রে হায়জিন্দুনা পুরক্লবনি।

লৈনথী—করিগী পুরকইবা ? কিশিল্লকএদকো সত্য।

ইবোহল—নঙোন্দা পিগে হায়দুনা পুরকইবনি। সে লৌশিল্লো, ঐবু থম্মু।

লৈনথী—ফানরক্লবদি ?

ইবোহল—করিগী ফারুনি। মুংথং অমনা দোক দোক হেক ঙগাইহনা মশক ওলহল্লগা, সনা শাফম অনি অহমদা তোঙান

তোঙায়া, অমদা খুদোপ শা, অমদা লিক শা, অমদা যন্ত্র শা, মশক হেক ওন্থোক্লগা লোইরে। কনানা ফাজরনি।

লৈনম্বী—সনাবু কয়ানোনে ?

ইবোহল—য়েংউনে পায়হুনা, য়াম্মি-পোৎনিনে। ( পিবা )

[ লৈনম্বী লোগে তৌবা, মোইরাংথৌনা থৌদেমহুনা চং-শিল্লকপা, ইবোহলনা কীনা লোৎকে তৌবা, লৈনম্বী কীনা য়েংহুনা লৈবা ]

মোইরাংথৌ—কিম্ন কিম্ন ঐনি, ইবোহল, কদাই সনাহু।

ইবোহল—করি সনা ? কদাই লৈরিবা ?

মোইরাংথৌ—তৌমুদা পুথোকলকউদা। নত্তবদি ঐ হৌজিকমক নংবু ফাহুনা পুরগদবনি।

ইবোহল—( কীনা ) তাদা···

মোইরাংথৌ—কদাইনে ? থুনা পুথোক্লকউনে ? নং অৱাক্তম চংনিংব্রা ?

লৈনম্বী—খিং পুহুনা চৎপিখ্রো। ( ইবোহলদা ) কদাই ঐগী ফী-রোন্দু পিবিরো চত্তা চৎচখ্রগে। ( ফী ময়োম মুন্দুনা ফীংনা থোকখিবা )

মোইরাংথৌ—নং পুথোক্লরোইদ্রা ? ঐনা হায়রিঙৈসিদা য়াত্রবদি ··

ইবোহল—মসিদি মীগীনি।

মোইরাংথৌ—খঙঙেনে, ঐ ঙসাইমথৈ নংনা হায়খিবদো লোইনা তারেনে। নংগীহু তুমিন্না পুরকপা পোৎনিনে। অদুবু ঐঙোন্দা নিংথিনা পিরবদি নংগী পৈশাম্ন পিনি, নংবুম্ন

করিমত্তা শোকহল্লোই। লৈনম্বীদা পৈশাহু ওইনা খুদোল
চেক তৌ। অদুদি নংস্থু শিজ্রে মাস্থ শিজ্রে। মানম্ব নংবু
ওম্ব্বোক্লা মুংশিরনি। নংবু লৈনম্বী কোয়নিংঙিবা নত্রনে ?

ইবোহল—তাদা, মাবু পাম্বদগী অসি য়ৌনা ঐনা হোৎনজরিবনি।

মোইরাংথৌ—অদুদি চৎসি চৎলো, হৌজিকমক পৈশা ওইনা পিগে,
অদুগা লৈনম্বীখোয়দা কোয়থরুরো।

ইবোহল—অওইবনিকো তাদগীসে। পিদা পিনিকো।

মোইরাংথৌ—পিনিনে। মোইরাংথৌনা হায়বা রা শোয়দবনিদা,
লাওনে, সনা অদুস্থু নং অদুম্মক পায়জৌনে।

ইবোহল—চৎসি তাদা, শোয়দনদি পিয়ুকো।

মোইরাংথৌ—পিনি লাকও চৎসিনে। (ইবোহলবু চিংহুনা পুখিবা)
( চৈ অমা পায়হুনা থম্বাল শাওনা চংঙকপা )

থম্বাল—হৌজিক ফাওবা লাক্রিনসে। কয়াদনো মৈতৈ নুপীসে
খঙগনিদো ঙসিদি মনম্ অদু শিংনা-শানা ফুগেদো।
ঙমখ্রেদা ইমাই-পেম্মা ঙমখ্রেদা…
( থম্বৌম্না তোনম্না চংঙকপা, থম্বাল উবদা মিৎ খৎনহুনা শক
থঙদনবা কোয়েৎ য়েৎশিন্দুনা, উশিন্নদনা রারী শাবা )

তোনম্না ঙম্মিদকো ভাই ঙসাইগী লৈশাবীদো। অদুননে ঐদি
হায়জবহুনিনে ইচল লৈজনিংদেয়ে। মুপী থিরগা ইচানুপী
পোক্লকদ্রা হায়বসিগী কিবনা লুহোংজনিংদ্রে।

থম্বৌম্না—হোইনে ভাই, বোড়াচাওবা হায়ব্রা করি হায়য়ে অদুগা
পেমচা হায়বী অদুগা মবানিনা ময়াম মমাংদা শাবা রারিদো।
খল্লুবদা তুহুম চুংই।

তোনস্না—ঙকই ভাই ঙকই। থম্বৌস্না হায়বহ্ন ফজেদকো, মপুন্নচা মাল্লি হায়বা। বোড়াচাওবা হায়বহ্নগা নিংঙাই তৌনরকপহ্নদা ঐদি লৌনবা য়াগে য়াঙ য়াৱোই তোকউ, ইবুঙো পাখংবনা সাক্ষী ওইনি হেক্তা লৌগদবনি—মসি নত্রা মানা ঙসাই য়াশকপদো? সত্য থাগৎনিংঙিনে।

থম্বৌস্না—মরিংজেল লৈবা নিপানে। ঐ মাগী পুকচেল য়াম্না মুম্না থঙই। মাঙস্নু মাঙহল্লোই, হায়বগা তৌবগা চপ মান্নবা নিপানি। অহ্নবু পেমচা হায়বীহ্নগী মমাহ্ননা বোড়াচাওবা হায়বহ্নবু অস্নুক কম্না পামজরুরিবসিনা মঙকখ্রে।

তোনস্না—মমাদি কম্না য়াজদমাল্লেদা, হায়বদি পেমচানা ঙসাই বোড়াচাওবা হায়বহ্নদা নুমিৎ তারগা চৎসি ইমা থেংনরবদি রা থোকঅনি হায়হ্ননা হায়বহ্ননিদনা?

থম্বৌস্না—অহ্ন ওইহ্ননস্নু ঐদি মমাহ্নবু ওম্থোক্না ঙকইয়ে সত্য।

থম্বাল—(খাঙবা ঙমলক্তুহ্ননা) ইবুঙোখোয়না হৌজিক হায়খিবা পেমচা হায়বীহ্নবু লম্বীদা থেংনবিরকপরা?

তোনস্না—ইস কনা ওইরবনো? ইন্দোলগা করি ···

থম্বাল—উম্ ইবুঙো, ঐ ওক্তবীহ্নগী মমানি।

তোনস্না—এঃ ওম্থোক্না ইকায়খ্রেদা। অচংবা মীগী মরা ঙাংনহ্ন চোম্না নংই হায়বহ্ন ঙসি থোকয়েদো। ইস······

থম্বাল—করিগী চোম্প্নগবনো ইবুঙো। মরমচৎ মরমচৎ অহ্নগী হায়বিবনি। ইবুঙোখোয়গদি কদাইরাইদা থেংনরম্মি?

তোনস্না—চিং কাবদগী থেংনবহ্ননা চিংথোঙ ফাওবা তুংথা-মাংথা

লাকমিম্মজে। ঐখোয়না হৌজিক ইবেম্মহুগী মরমদা খরা ঙাংনজখিবহু ব্যবহার কায়বা রা খরা য়াওগ্রে, রারৌবিন্নুকো। তৌবর্মক্তি অহুক নিংথিখ্রবী ইবেম্মহুনা মীয়াম মমাং অহুদা চৎলিবা শাজৎ, রাঙাং শাঙাংশিং অহু অহুক তৌহন্নিংদবগী মহায়জবনি।

থম্বাল—করি করি তৌরবগেনে ইবুঙো?

তোনস্না—এঃ মসি অহল লম্মন্দা হায়বদা কয়া ফজবা পোং নত্রেদা।

থম্বাল—ফজ ফজদবা করিমতা থিরুম্নু ইবুঙো, হেক্তা হায়দোকউ। ঐ ওস্থোক্লা তানিংঙে।

তোনস্না—ইন্দোলনা অহুক য়াম্না তাবিনিংঙবদি, অহু মঙাইরে ঐ শম্পাং খজিক্তং হায়জগে। স্নম তৌবনিমা, ইবেম্মা পেমচা হায়বীসিগা বোড়াচাওবা হায়বসিগা বারুণী কামিন্নরকপা ওইরমান্লে, অহুদা লম্বীদা মচিন-মনাও মবুং-মৌপুরা চৎমিন্নবা য়াদবা নুংশি-মুংওলগী বারিসি ওস্থোক্লা লাওনা লাওনা শাহুনা নোক খেহুনা চৎপনিমা। মতম অহুদা মোইরাংখোম স্নাখ্যাগী মজা ইবুঙো থম্বৌম্না হায়বহুস্নু মনাই মশলগা লোয়ননা চৎলি। মখোয়গী থোনচোপ য়াওবা রাঙাংশিং অহু তাবদা থম্বৌম্নাগী মনাই অমনা চংহুনা,—মসি লৈপাক মীয়াম তিল্লে, মপু মচাস্নু কয়া য়াওরে, ঙাংনরিবা রাঙাংশিং অহু ফজদ্রে হায়হুনা হেক হায়রুরে। মহুদা বোড়াচাওবা হায়বহুনা হেক্তা ঙংখতুনা—ইশা ইশা য়ানহুনা শাজবনি, নংগী করি নথৌ লৈ, সিনিসে

থুম্মকইবা। অদুদদি মবানিন্থ ফুনগে তৌরে। ফুদি ফুনখিদ্রে ময়াম চংহুনা খাম্মে। খাম্মে হায়বা খংঙবহুদা বোড়াচাওবা হায়বহুনা—হা মপু মচানা কৈদৌনি, রা ঙাংননবা পাল্লিবা চিন্নি, ঙাংনিংবতা ঙাংগনিককা হায়হুনা পংলাউ লাউরে। ময়াম্মা ভুমিন লৈয়ু ফজদে হায়হুনা খাম্বা স্নুকয়া য়াদ্রে। অদুদদি থম্বৌম্নাহ নুংঙাইরক্রমাল্লে, মনাক্তা চংশিন্দুনা,—নুপীমচাসি মীয়াম মমাংদা য়াম্না ইকাইরনি, ভুমিন লৈরো, নুপীগী মপোক হায়বসে অমুক্তং পাওথোকখিবদা পুক্সিহুমা লোয়রবনি, নংবুস্থ নুপীমচাসিবুস্থ মশক মুম্না থঙই, নংনা মপোকসিমগী ইবেম্মসিবু নয়ুমদা পুশিন্দুনা থম্বা ঙমগদবা লৈত্তে, মীগী মচাসিমা মাঙহনগন্থ হায়হনা হায়রুরে। মহুদা বোড়াচাওবা হায়বহুনা ময়াম মমাংদা, লৌনবা য়াদববুদি করম্না মুমদা পুশিল্লুনি, কোইরিবসি মঙাইদনা, সিনিসে ইরাউ লাউনা হেক্তা। মহুদদি থম্বৌম্নাহু শাওনিংখ্রবোইরে মমিৎ ঈমুক ঙাংঙহুনা,—করি, অদুক য়াম্না পুকচেল পিকপা নংনস্থ করিগী ফল্লি, নমাইদি পাম্রহুনা, মীগী মচা অমা মাঙগদবা লৈরবদি লৌনবা য়াগে য়াও য়ারোই তোকউ ইবুধৌ পাথংবনা সাক্ষী ওটসনু, ঐদি হেক্তা লুহোংহুনা লৌগদবনি, অসি হায়হুনা হেক্তা রাশকই। মসিদা বোড়াচাওবা হায়বহু ইকায়গত্রা হায়ববু চৎতুম চৎসি লাকও হায়হুনা ইবেম্মহুবু মীয়াম মমাংদগী চিংহুনা অহম পুখি। ইবেম্মহুস্থ পুম্নমকসি মনানা ভারগা মমিৎমক্তা উরবমক্তদা বোড়াচাওবা হায়বা চম্ফুত্তুগা ভুমিন চৎমিম্নখি হায়বা। মসিদা ওইরে ঐখোয়না থবায়সি শোকনা

মুংঙাইন্রিবা। খঙব্রে বোড়াচাওবা হায়বচুনবু ইবেম্মচুগী থবাইমি ফাজিনবিখ্রবরা করিনো ?

থম্বাল—উম ইবুঙো, ঐগী ইচাদো কয়া অওকপা মুপী নত্তে। লাকখিসনু ঙসিদি, খঙগনি লৈপাক মমাংদা চোম্লগী চোম্লা কুম্মে তৌগে।

তোনস্না—পৃংচৈস্ন চৈবিরুম্নুদা, মুপীমচা মানবু করি খঙগবনো ? নিংথিনা তাকপিরগা মরাইনা ফজনি।

থম্বৌস্না—( ভুংহন্না য়েংলগা ) এঃ আদা লাকইবসি নত্রনে ভাই !

তোনস্না—( য়েংদুনা ) মানি ভাই, য়োদি য়ৌরকএদনা—

( পেমচানা মাং থান্থনা বোড়াচাওবা চংঙকপা )

পেমচা—( ফীংনা ) ইবুঙো ইমা লৈরে লেংঙো···( বোড়া চৎপা ঙমদনা তিংঙক-মাইঙক্লনা লেপ্তুনা লৈবা )

থম্বাল—এঃ ফজখ্রেদা ইচাদে, পাখং অমা ভুংদা লোয়নরহনা লেম্মেদা। তৌঙম্বী! লৈশাবীনা হুরান্দুনা বাক্লী কাবী। অচ্চা পামজদেদা। খঙগনিদো নং ঙসিদি, লৈপাক মমাংদা কুম্মে তৌগেদো। ঐবু উশিত্রবা শারদনা। মনুংদা ইবেম্মা ইবেম্মা হায়দুনা থেম্বা য়ারক্রবদি লৈপাক্লা মীনোক চংঙক্ত্রৈদা ঐনা হান্না খুঙ্গোয়নরগদবনি। করি থোকই হায়দুনা তৌজবা শারিবনো ? লৈশাবীনা হেলাং থাংবী। নমিত্তু কোংকে লাওনেহে···। ( বোড়াচাওবদা ) ইবুঙো বোড়াচাওবা! নংবু ইকাইবসি খক খঙব্রবরা ? নং নিপানি নঙোন্দা কয়ারক হায়খিনি, মপু মচাগা নংগা মাম্নে হায়দুনস্নু খনজবা

শারিমাল্লেনে। ঐদি নং অসি য়াম্না ইকাই খডবা মী ওইর-বোই নিংই, অদুবু নংসিদি ওম্বোকনা ইকাইবা খঙখিত্রেদা। মায়দুবু লুখমলোমদা পাল্লমাল্লেনে। (পেমচাদা) লাওনহে শকথীবী, নশোক্তু লাক্তুনা চবান থাগেনে, খঙদবা শারদনা মৈতৈ মুপীসে...(বোড়াদা) ইবুঙো লেংঙো লেংঙো। ইবু-ঙোনা ইমা ইচাবু লুকমাইদা হাপ্তুনা লৈপাক মমাংদা য়োন-বিবসে পেনজরে। হীঃ ইমাইপেম্মা ঙকত্রেদকো! (পেমচাদা) য়েংঙোই মীনা লাউ হায়রমক্তদা, নং ঐবু উশিত্রিবরা? (হোৎচিন্দুনা শাগল পায়দুনা) চোপকে হায়দনা মৈতৈ মুপীসে...চৎসি চৎলোনে...(চিংবা, থম্বৌম্না তোনম্নাদা) ইবুঙো রাদি ৰাররিনি অদুবু, ঐখোয়দা ঙাইহাক পোথাদুনা খুদোং ফাল্লুখিসিদনা (হায়রম্মগা পেমচাবু চিংদুনা পুখিবা)

থম্বৌম্না—য়াম্না ফনি—। (তোনম্নাগা থম্বৌম্নাগা বোড়াদা মিৎ-চিনা নোকঅম্মগা তুং ইন্দুনা চৎখিবা, বোড়ানা মাই ঈচপমুক ভাংনা "ইস ইকাইখ্রেদা"—হায়দুনা লু লুকথহনা লৈহোবা)

## মরিশুবা শরুক

১বা উৎপা।

মঙ্গীগী ইমুং—নুংখিল।

[মোরা অমা লৈ, ফক্রাংদা থাংজো অমা ভাই, মঙ্গীনা রাই শিৎলম্মি]

মঙ্গী—( রাই শিৎনা শিৎনা ইশৈ ভংই )

### ইশৈ

চিংদা শাৎপা ইভেল্লৈ, চিন্নদনা কেনখিবা, হায় কল্লক্‌ইদা,—
ঐনা কেনগে কেনবরা, মালংবনা হুম্বনা, হায় কেনবনিদা,
মালংবা ঐস্‌ু কৈদৌদে, লৈরাংনা লৈখোক লোয়বনা, হায় কেনবনিদা,
লৈরাংসু মরাল লৈতেদো, খোইমুনা শমায় লৈবনা, হায় কেনবনিদা।।

[ ইবোহলনা মকোক-মরু ইফা ফানা মফী-মরোল য়াম্না মোৎনা চংভকপা ]

মঙ্গী—হাইমা ইবোহল! কৈনো নংনা তৌরিবসিদে ?

ইবোহল—ইচে ঐ লোইরে, করিনো হায়বা ঐস্‌ু মফম খঙদ্রে। বারি পুম্নমক কোম্না তমগে। চাক লাম্বনা শিগদৌরে, নহাল-দগীনি ঐনা চাক চাবা ফংভকত্রিবা। ইচে, চাক লৈরবদি খজিক্তা পিজোবা!

মঙ্গী—হৌজিক্তি কদাইদগী লৈগদগে? থোংউগদবদা মভাইরে।

ইবোহল—ইস্‌ অহুদি ইচে, ইশিং খজিক্তা হায়া থক্‌খিগে।

মঙ্গী—অহুদি লৌরুখিগে, সে মোরাদা ফম্মু···( থোকখিবা )

ইবোহল—( ফম্লগা ) ইস্‌ করিনো ঐনা তৌরুরিবসিবো ওস্থোক-পনিদা···।

[ মঙ্গীনা ইশিং গ্লাস অমা পুহনা চংঙকপা, ইবোহলনা লৌহনা থকপা ]

ইস্ খজিক্কং ইংঙিদা....

মঙ্গী—করি তৌরবগে হায়বনি ? নংবু য়ুমদা হঙ্গিন্দ্রবরনে ?

ইবোহল—হঙ্গিন্দ্রে ইচে, নহাল বাক্ষণী হুমিত্তগীনি।

মঙ্গী—বাক্ষণী হুমিত্তগী ! অদুদি অম্বুক কুইবা থা অনি অহুম অসিদি নং কদাইদা লৈক্লই ? ঙাইখো, করি মরমদগীনো মহুহুম অমুক্তা হান্না তমখো তাসি।

ইবোহল—সে ইচে অম্মুম তৌবনি। হন্দক্কী বাক্ষণীদুদা লৈনম্বীনা কামিম্নরুসি হায়হনা পাঙ চেল্লকই। অদুদা ঐস্মু মাগা চংমিন্ননিংহনা স্নাখ্যাদকা ইহায় হায়দনা স্নাখ্যাগী মোন মখাদগী অরৈবা পৈশামখৈ তুমিন্না পুহনা চংলে। অদুদস্মু নত্তনা স্নাখ্যাগী মনাইনুপী অহুন লাইশ্রবীগী লিকস্মু সনা শাফমদগী ইবেম্মনা পিরকউ হায় হায়জিন্দুনা পুরকয়ে। মতু ঐহাক মঙোন্দা পিগে হায়দুনা পুরকপনি। তাল্লক অদুদা মোইরাংথৌ লাক্কুনা পৈশা ওইনা পিরগে নত্রবদি স্নাখ্যাদা তাকঅনি হায়হনা ঐবু পুহনা চংলগা জুয়ারদা থাদোকখ্রে, মতুম্মু ঐ থোইনা পাম্মূদে। অদুদা জুয়ার মফম অদুদা লিক অতু মশক মুম্না খঙবা মী য়াওরমহনা কনাগী লিক্কো কদাইদগী পুরকপ-নোককা হায়হনা পংহং হংনরকলে। মোইরাংথৌনা ইবোহলনা পুরকপনি মাগী দমক শাম্নবিয়ু হায়হনা শাম্নবিবনি হায়হনা থুমদোক্লক্লে। অহুদগী ময়ামহু ঐবু ফারনি হায়হনা কোইরাং

লাংনরক্কে। অহুদা ঐহাক মফম খঙত্রহুনা ফুক হৌগত্তুনা চেল্লকপদগী হৌজিক ফাওবা লোত্তুনা লৈরিবনি। মতম খরদি মরুপ মপাং অমগীদা অমগীদা খরা খরা নিহুনা খোত্তুনা চাবা ফংলম্মি। হৌজিক্তি মহুস্থ ফংজিল্লক্তরে। ঙসি হুম্মি শুরে ঐনা চাবা ফংঙক্তিবা। অহুনা চাক লাম্মনগ্রহুনা ইচেখোয়সি তান্না হেক্তা চেল্লক্লবনি।

মঙ্গী—অহুগুম্বা খবকপু তৌই হায়ব্রদো ?

[ মপান্দগী, খম্বৌম্না - ইচে ! ইচে লৈত্রা ? ]

ইবোহল—( ইথক থক্লা ) কনানো স্নাথ্যা নত্রা ? মাংঙেদনা তৌরি-বসিদে ? ঐ লাকঅম্মি হায়রুম্মুক্কো ইচে, কো ইচে কো, ঐ মনিংথোংলোমদা চেনগ্রগে।

[ ইবোহল চেনখিবা মঙ্গীস্থ তুং ইম্নখিবা খম্বৌম্না চংঙকপা ]

[ মনুংদা, মঙ্গী—হায়, শলনহে, মসিদি শুস্থোকপনিদকো, য়েনশাং খজিক্তং থাজবসি লোইরে ] ( হুঞ্জিল্লকপা )

খম্বৌম্না—লৈন লৈন খুমদ্রিবা করিগীনো ?

মঙ্গী—ইসে, মনিংলোমদা শল চংহুনা য়েনশাং নাগী পুম্বা চাথোকখ্রে অহু তাম্নরিঙৈদা তাহৌদ্রবনি। লেংশিল্লু, ঐ শুস্থোক্লা মুংঙাইবা পাও অমা তমনিংবনা খৌরাংনা ঙাইহুনা লৈরবনি।

খম্বৌম্না—করি পাওনোনে ? পেমচাগীরনে ?

মঙ্গী—মানি ইবুঙো।

খম্বৌম্না—অহুদি নহাল বারুণী মুমিৎকী খোয়াথোংগী লাল অহুদগী হেম্না মুংঙাইবা জাৎলা ?

মঙ্গী—নহালগী লাল অতুনা ৱারোইপোৎ ওইরে, ঙসিগী ৱা অসিনা হৈজপোৎ তারে ।

থম্বোম্না—করম্বা ?

মঙ্গী—নহাল বারুণী মুমিত্তা বোড়াচাওববু লৈপাক মমাংদা খুঙ্গোই-নহল্লগা শকখং মাইথংনবিরেদনা। অদুদগী ঐহাক মাগী মমাগী মতৌ অসি অম্মুম তুমিন্না য়েংহনা লৈরিবনি। হন্দক থা অনি অহুম অসি মাগী ৱাঙাং শাজৎ কৈদা অমা তৌই। ঐবু খংলু-লুনা হেক তৌখৎলকই। অডুদদি ঐস্ন ঙসি অয়ুক্কু চত্তুম চৎলুগে হায়দনা মখোয়দা চৎলুইয়ে। মমা অদুনা ঐবু হেক উবদা কয়া তরাম তরাম তৌরে। অদুদগী ইবুঙোগী ৱারি অম্মুম শাথরক্লে। মপু-মচা হায়বদুনি ফজেদনা হা অহুম তৌইদনা হায়দনা পংহায়দা হায়থরক্লে, ইবুঙোবু পংথাদা থাগংলে। মমৈথংদদি করি হায়রকপগে হায়ববু মাঙনগ্রগে হায়রবম্ন অদুগুম্বা মীত্তাদুগা মাঙনখো, অদুদি নত্তনা মরিং-জেলম্ন লৈতবা মপাঙ্গলম্ন লৈতবা বোড়াচাওবা হায়বদুগবু, হীঃ···অসিনিদনা। অদুদদি ঐস্ন তাঞ্জা চারে হায়দুনা পাংশিল-লেদো। মমাদো ইবুঙোবু পামজবনা ঙাওদুনা লৈহৌরবনি।

থম্বোম্না—পেমচাদি তাব্রা ?

মঙ্গী—তায়, করিগী তাদনি। মানা ইমুংদা ৱাই তৈদুনা লৈরিবনি, মমাগা ঐগনা মাঙ্গোলদা ইলাউ লাউনা ৱারি শারিবনি।

থম্বোম্না—মাদি করিমতা খুম্মক্লে ?

মঙ্গী—করি খুম্মকনি। মমাবু ওম্মোক্লা কিথ্রপোৎনি। অদুনা

মমাসে য়াহল্লগা লোইরে। মতা চারবদি পেমচাহ্ন হৌজিক-
সিদা লাকপা য়াই।

থম্বৌম্না—কৈদোবা ?

মঙ্গী—হেরা, ইবুঙো, ঐখোয়স্থ অরাইবা শুপী নত্তেদা। ঙসি ইবুঙো অসিদা লেংঙক্কনি হায়না তাকপিরকপহ্নদা মাগা অমুক্কং য়ারবদি রা ঙাংনহনগে হায়দনা চক্রি তৌরম্মিবনে। মমাগী পোৎ অহু শিংশিংনা শোত্তুনা পুরকঅবনিনে। পৈশাদি হোরেল কৈথেল কাবা নংনবা থিল্লক্কে, থেংদা থেংথিগদবা লৈরগা পেমচাবু ঙাহাক্তা লৌহল্লো, অসিনিদনা। মমাহুস্থ কৈ কৈ ইবেম্মা, নংনা অমুক রানা থিল্লক্রবস্থ ননাও হেক থারক্কে হায়হৌরবনে। হৌজিক কৈথেল্লে মতম য়ৌশিল্লকএ, শেল লৌবা লাকঅনি। অহুবু ঐদি পৈশা পিনিংঙাই লৈক্ত্রিয়ে কমদৌদনো ?

থম্বৌম্না—ঐনা পিবিনি, মশাদবু লাকঅবদি শেন্দোইস্থ হাপ্পিনি।

মঙ্গী—লাক্কনিদা মঙ্গীগী তেল পঙনা শোয়রক্কবনিদা।

[ মম্নুংদগী পেমচা—ইনে। ইনে। ]

মঙ্গী—( লোল্লপ্পা ) তো হায়রিমক্কদা লাকপু লাকএ।

থম্বৌ—অহুদি ইচে, নং ঙাহাক্তা চংহল্লকখিস্থ ঐ মাইয়োক রা শোন-
খিগে। (মঙ্গী থোংজিন ময়াদা লেপ্পা, থম্বৌম্না মন্ত্র শোনবা)

মঙ্গী—ইবেম্মা নং লাকঅবোইরে ?

[ মম্নুংদগী পেমচা—হোই ইনে। ]

[ মঙ্গীনা থম্বোম্নাদা হাইফেৎ য়েংঙকপা, থম্বোম্নানা চংহল্লকউ হায়না ইঙ্গিৎ তৌবা ]

মঙ্গী—লাওদনা ইমুং চংঙক্কউ, মসিমা ইকোই হেক কোইরহুনা করিনো ?

[ মমুংদগী পেমচা—ঐ চংজররোইদা। ]

মঙ্গী—কৈনোনে মসিবো, মীনা ঙাইহাক্কা চংঙকখো হায়রমক্তদা ইরি হেক লিখৎলদনা। লাওনে চংঙকখোনে। [ পেমচা চংঙকপা, থম্বোম্না উবদা চিংনবা, চপ লেপ্পা ] সিদা ফম্মো-লাওনে। ইনেদো চংথোক্লক্কদবনি, অহুদা ফী খজিক্কং ফোংলুহুনা ঙমহৌদ্রে।

পেমচা—অহু হ্নিনে ইমানা···

মঙ্গী—খঙঙেনে ঐম্মু, থিল্লক্কে তৌবদা নংহৌদ্রবনি, নংনা লাকপনা হান্নবনি।

পেমচা—ইমা কৈথেল্ল কাগদবগী ঙাইহুনা লৈহৌরে, চৎচরগে।

মঙ্গী—ঙাইথোদনা, অচোমদগী চেন্দুনা ঙাইহাক্কা লৌরুখিগে।

পেমচা—অহুদি ইনেনা অহুম য়ৌবিরকও, ঐদি চৎচরম্মগে।

মঙ্গী—হেরা মসিমা, ঙাইহাক্তনি। অচোম ফাওবা চৎপবু কয়া কুইগদগে ? হৌজিক পুখিদ্রবদি ইচেনা ঐবু করি হায়নি। সে ঙাইহাক্কা ফমম্মু, ইনে থুনা লাক্কে। ( চৎকে তৌবা )

পেমচা—ঐম্মু ভুং ইনজরগে···( থম্বোম্নানা মন্ত্র অমুক শোন্দুন মমাইদা নানবা )

মঙ্গী—( থামহুনা ) রানবনি, অহুম ঙাইহাক্কা মরৈরম্মু কৈদোগে

মসি ওহোক্লা মী ফংখিত্রেদকো....। সন্ধ্যাসিদা মীগী ময়ুমদা লৈশাবী নং চংলগা ফজব্রাও...ইনে থুনা লাকদবনি, লৈরম্মু লৈরম্মু...( ফং চংখিবা )

পেমচা—ঙাইখোদা ইনে, ঐস্থ চংকে ( চংকে তৌবা থম্বৌম্নানা থিংবা )

থম্বৌ—ঙাইহাক্তস্থ ঙাইখো কৈদৌবগে ? য়া অমতা ঙাংনখিসি।

পেমচা—ননাই ঐ চংচরগে ইমানা ঙাইরম্মনি।

থম্বৌ—অদুবু ইচে লাকঅগা চংলু হায়বা, ঐনা ফাহনা থমগদবস্থ লৈতে। নিংথিজনা য়া অমা অনিতা ঙাংনখিসি...।

পেমচা—লম্বী থাদোকপিয়ু, ননাই ঐ চংচরগেদা।

থম্বৌ—ঐনা হায়রিবসি য়াত্রবদি থাদোকওইনে।

পেমচা—ননাই ঐহাক হৌজিক অতোপ্পা নিপা অমগা য়া ঙাংননবা মতমদু হৌগ্রে। মীনা উ-তারগা ফজররোই চংচরগে।

থম্বৌ—হায়বদি... ?

পেমচা—হায়বদি ননাই ঐগী থবাই হকচাং পুন্সি, ঐগী অমুক নংচক্রে। অতোপ্পা মী অমগী ওইখ্রে।

থম্বৌ—এঃ মমল কয়া পিদুনা লৈথ্রিবনো ? ঐহাক অমুক অদুগুম্বা শরুক মরি হাপতুনা হন্দোকপা য়াররোইব্রা ?

পেমচা—মমল পিদুনা লৈবা য়োনবগী মওং নংখিদ্রে। থম্মোইগা থম্মোইগা শিন্নখিবনি।

থম্বৌ—অদুবু ঐগীদি থম্মোই লৈত্রবরনে ?

পেমচা—কনানা লৈতে হায়না হঙ্গংলবা য়াওরবগে ? অদুদা

অসিগুম্বা থম্বোই অনি য়াননা শিন্নখিবা অসিদি লাইবক্কী খুজিন য়াওদনা মীওইবনা থোকহনবা ওম্বা থবক নত্তে। মহুদি স্নাখ্যানা হেন্না খঙবিরিবনি।

থম্বৌ—পেমচা! ঐ নংগা লৌশিং ভান্নগে হায়রুনা লাকপা নত্তে। ঐ নংগী অওইবা বা অমা খঙনিংই। মুংশিবগী খুদোল পাম্মি। ঐ থম্বৌস্নানি, মণিপুর অসিদা ঐনা হৌজিক তৌনিংবা থবক তৌবদা কনানম্মু থিংবা ঙমমোই। মহু নং খঙজ্রমাল্লেনে। হায়ন্নু, নং ঐনা হায়রিবসি ইনগদ্রা ইল্লোইদ্রা?

পেমচা—অহুক য়াম্না তাকপিরিবহু অরেম্বনি। ননাই ঐগীদি হঙং-চখ্রিবা অহুনি। স্নায়াথং তাকপিবা মতম চাদ্রে, কান্নরবোই লম্বী থিংবিরগনু. ননাই ঐ চংচরগে·।

থম্বৌ—করি পেমচা। অরেম্বনি কান্নরবোই। নং ঐবু করি ওইনা উই? মুপীমচা অপঙবীনি হায়দুনা অস্তক য়াম্না ফজনা হায়-ববু করিমতা থৌশাদবা! নিংথিনা হায়রিভৈসিদা য়াত্রবদি, নং মসিদগী থোঙফম অমতা লেঙবা য়াদে, হেক লেঙবদা থম্বৌস্না ঐগী ইতিক খঙভোইদ্রদো. নংগী বোড়াচাওকা হায়ব-হুনা কল্লবা ঙমব্রা য়েংসি। মৈতৈ মুপী! খঙদবা শারদনা, চংশুনে অহুক··।

পেমচা—স্নাখ্যা, কাওবিগম্মু ঐস্মু মৈতৈ চম্নুনে। অকনবা লাল্লক্তা থাং-তা নোংমৈ তৌপ মরক্তা, মমায় নৈরক্কবী মৈতৈ চম্নুগী ঈনা হৌজিক ইশাদা চেল্লিবনি। মপু মচা ফম্না ওইহুনস্নু,

অকল-অরিং ফনা শিঙতুনমু পেমচানা কিহনা নিংহল্লমগনি হায়বদি থক নিংবিরুগনু। পেমচানা অপাম নুংশিগী লম্বীদা পন্থুংফম য়ৌনা চৎপদা খিংলগদবা মীদি স্নাখ্যাদি থমবু থম্বিখো নিংথৌমরুস্তু ঙম্মোইদবনি। লেংম্না লম্বী থাদোকপিমু, নত্রবদি···

থম্বৌ—হাঃ হাঃ হাঃ নত্রবদি করি পেমচা? হাঃ হাঃ হাঃ ··

পেমচা—নত্রবদি···( ফীনুংদগী ছুরি পুথোক্তুনা ) সে উবিরব্রসে··· মসিদা স্নাখ্যাগী প্রাণ মাঙবা অমা, নত্রগা ঐগী থবাই মাঙবা অমা···অনিগী মরক্তা অমা শোয়দনা থোক্কদবনি।

থম্বৌ—( মুম্না য়েংলগা ) বাঃ বাঃ বলিহারী, মৈতৈ চনু····বলিহারী। হাঃ হাঃ হাঃ পেমচা! নংগী ঙসিগী নথৌনা নরৌশিং অসি উবদা ঐ নংবু থাগত্তবা ঙমদে বাঃ বাঃ অঙকপনি। হাঃ হাঃ হাঃ মঙ্গীগী ময়ুমদা চংলবদি, ঐগী য়েকনবা মফমনি, খুদোংথীবা থোকপা য়াই, অপাম নুংশিগী লম্বীদা অকায়বা থোক্রবা য়াই, মসি কৈস্নু লৈতবী নুপীমচা নংনা থল্লকপা. মহুগী দমক অকিবা লৈতনা নশা কম্নবা থৌরাং তৌরকপা! বাঃ বাঃ ফজে, ওম্মোক্কা শিংঙি, ওম্মোকনা থৌনা ফৈ, বলিহারী পেমচা বলিহারী! হাঃ হাঃ হাঃ···( পেমচা ঙক্না য়েংবা ) অম্নুক কুইবসি ঐহাক অশেংবী মৈতৈ চনু হায়বহু খিরকইবনি, অহুবু ঙসিদি ফংলে, লায়না থেংনরে···( খঙহৌদনা শুম্নুংদা ) এঃ ইচেম্নু লাকএদনা?···( পেমচা লৈ-হনা য়েংবা তাঙ্গাসিদা থম্বৌম্না হোৎচিল্লক্তুনা ছুড়ি মুনবা, পেমচা য়ানা ফীংনা

কোইয়েং 'য়েংবা ) হাঃ হাঃ হাঃ কমদোই ? মৈতৈ চমু থৌনাফবী কমদোই ? থম্বৌম্নাবু মশক খঙলব্রা ? লৌশিংদা পাঙ্গলদা, ইথিংদা পম্বিংদা, মুক্নাদা কাংৈজদা থম্বৌম্নাবু নমহৎকদবা মী মণিপুরদা থরা মতাঙবনিদা, হাঃ হাঃ হাঃ··· কমদোই ? অমুক্তা থৌনা ফখোদনা···

( থরা চংশিনবা, পেমচানা থাংজৌ পাক পাইখত্তুনা )

পেমচা—চংশিনবিরক্কনু। পেমচাম্না থরাইসি করিম্নু ওইদনা উবামুপীমচা অমনি। হৌজিক ইশাসি মাঙবা তারক্লবদি মাঙথ্রিঙৈগী মমাংদা থরায়সি হেক্তা থাগদবনি।

থম্বৌ—( থংহন হন্দোকলগা মুম্না য়েংলগা ) পেমচা ! বলিহারি !

পেমচা—লম্বী পিবিরো, ননাইনা হঙ্গৎচবসিদা নিংথিনা থাদোকপিরো।

থম্বৌ—( তপথনা ) পেমচা ফিজংখিনু, তপথখো, ঐ নংবু শোয়দনা থাদোক্কনি। নংগী অশেংবা মুংশিবা লেঙদবা পুকচেল, মৈতৈ চনুগী অথাবা লিংজেল, পুম্নমকসি উবদা ঐ ওম্থোক্লা মুংঙাইরে। য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে। পেমচা, ঐবু থাজৌ, ইবুধৌ পাখংবনা সাক্ষী ওইগনি, ঐ নংগী নফমদা ফজবা পুকচেন অমুক লৈদ্রে। ঙসিদি ঐ অসি হান্নগী থম্বৌমাহ নত্রে। নংগী নরমচৎনা, নংগী পুকচেম্না, নংগী রাঙাংনা ঐবু ঙসিদগী হৌনা অনৌবা থম্বৌম্না অমা ওলহল্লবনি। ফজে পেমচা ! ঐনা নংবু হম্না হম্না থাগৎলি। নংগুম্বী মচা পোকচবনা মৈতৈ লৈমনা মমাল্লবী মমাংদা মায় পাকচরিবনি।

ময়ামগী ইকায় খুম্নবা ফংলিবনি। নংনা ঐবু অশেংবা মুংশিবা হায়বত্ন মশক খণ্ডহল্লে, ধর্ম্মগী মগুণ তাকপিরে। মুপীমচামক ওইরবসু নং অসি ঐগী গুরুনি। ঐবু ঙাকউ পেমচা, ঐনা নংগী নফমদা চৎখিবা অকায়বা পুম্বদো ৱারৌগনু। সে··· নংগী নথবাই ওইরবা থাং অসি লৌরো। মসি নংগী নপুন্সি চুপ্পা চেৎনা লুনা থম্মুকো। তোমশাৎনবী লৈরাং হায়বসিদি খোইমুপুম্বগী মিহৌনফম্নি। অহনা কল্লক-য়েংথিবগী অরোই অথম লৈরোইদবনি। (থাং পিবা, পেমচানা তপনা লৌবা)

হায়রো, ঐবু ৱারৌত্রবরা? ঐবু ঙাকপিরত্রা?···

পেমচা—স্নাখ্যা, ননাই তোল্লবী পঙলবীনা খোগললোল কায়বা ৱাঙাং খরদং হঙ্গৎচখিবদো, মহুত্থম ঙাকপিয়ু। ননাইনা হৌনবা খণ্ডদবী ওইবনা মপু মচাগী চরন্দা ইরাল ম্নাম্না লঙজখ্রে।

থম্বৌ—ইবেম্মা পেমচা, ঐবু অমুক ইকায়বা পিরগনু। ঐবু ঙাক-পিবা ঙমলরোই হায়দুনা অহগুম্বা ৱাঙাং ঙাংলিবরা?

পেমচা—ননাইবু করি হায়না হঙ্গৎচগদগে। ইতিক ইপা নৎচদে। ঐগী হায়ববু ঙসিদগী হৌনা হেক পোকনিম্নবা ইবুং অমা ফংজরে হায়না খনজরবনি। (থুরুম্বা)

থম্বৌ—পেম্লে পেম্লে, ঐনা পাম্বমকসু অদুনি। ইবুংগী ইবেম্মা চৎলো হৌজিক্তি, ইমানা ঙায়রম্মনি·, সে শেল অসি পুখোসে··· ইমাদা ইচে মঙ্গীনা পিরকপনি হায়মু·····(পেমচা তুমিন লৈবা) সেনে লৌনে, ঐনা শোৎহনবা পোৎনিনে·····ঐনা

মমল পিগদবনি···সে সে··· ( পেমচানা ফীগা ও শানা য়াহনা লৌবা ) চৎলো চৎলো থেংখ্রে···( পেমচা তুমিন্না লু লুকথহনা থোকখিবা থম্বৌসম্না মুন্না য়েংহনা লৈহৌবা, তাঙ্গা অসিদা মনিংথোংদগী তপ্না শঙ্গাই চংঙকপা, খানা য়েংবা )

থম্বৌ—( পেমচাদা য়েংনা ) ঐবু কাওগমুকো পেমচা··· ।

( মমুংদগী পেমচা—ঐজ্ঞা···। ) [ মসি তাবদা শঙ্গাই চিংনবা, য়াম্না মুংঙাইতনা ফীংনা থোকখিবা ]

২শুবা উৎপা ।

কোমুং মমুংগী লম্বী—মুমিদাংরাই ।

( বোড়াচাওবা ৱাথল তৌরহনা শুকথনা চংঙকই )

বোড়া—ওম্হোক্লা লানখ্রেদকো। ইশাম্ম মাঙবা মীগী মচা অমম্ম মাঙবা। মুংশিবা! নং অসিবু জগৎ মাঙননবা শেম্লক্লবরা ? মাংলে খঙন খঙন হৌজিক ফাওবা মাগী ৱাথল খাদোকপা ঙমদ্রি। পেমচা কৌবী মহাক্কী ৱাঙাং, মহাক্কী মিৎয়েং, মহাক্কী শাজৎ, ঐগী থম্মোইদা কোক্রবা মচুনা য়েঙ্কুনা লৈখ্রে। কাওবা ঙমদ্রে। অহিং মুংথিল অনিমক্তা তূম্বা চাবা মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী মুংশিরবা শকফম অদু উহনতা লৈরে। মুংশি লিচিংগী কল্লবা ইচেন্না, চৎনবীগী ধর্ম্মগী সমাজগী, চেৎলবা পন নমথেক্কদবগী, পুংজা খুদিংগী মিকুপ খুদিংগী শাফু হেজিললক্লে। খাম্বা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈশিল্লক্করে। হুম··· নমথেক্লসমু, হরাওনা শেম্বী লোই মাইয়োক্লরগে, হাওজোংবুং

লময়াই থুন্দাগ্রগে, মুংশি মতুং লাংগীনি পাথং শমায় লৈরম্ম-রোই—

( শঙ্গাই চংলকপা )

শঙ্গাই—ইতাও, কয়া কুইরম্মে ?

বোড়া—ইতাও, কুইদ্রি।

শঙ্গাই—করিনো নংনা ইস্মক শুকথরিবসিবো ? করি তৌরবগে ?

বোড়া—ইতাও ঐগী থরাইসি মিকুপ অমতা পোথাফম খউঙক্কবা ওম্মোক্লা কুইরক্লে। নঙোন্দা হায়গদবস্ম কিরে। থঙদ্রে ইতাও ঐনা তৌগদবসি ?

শঙ্গাই—করি তৌরবগেনে ? ঐঙোন্দা হায়দোকপা করিগী কিরি-বনো ? পিশক পিক্লিদৌঙদগী নং ঐ পুকমুংদা বা লোংন-রক্কবনি। নং মতু কাওরবরা ? হায়রু, ঐনা ঙমবা ওইরগা নংগী অরাবতু কোকনবা হোংনগনিদনা ?

বোড়া—অতৈ করিস্ম নত্তেনে ইতাও, ঐগী হায়বা ইল্লবা থরাই অসি মতম পুম্নমক্তা পেমচাগী রাথলদা ঙাওহনা লৈথ্রে। কাউনবা ফনা হোংনৈ ঙমবা কৌবা লৈত্রে। মাবু থল্লবোই হায়না হেক থল্লুবদতা অস্মুক নিংথিগ্রবা তেংবান অসি তমথি-রবা মোংফমগী মশক ওইথ্রে। অহনা ইতাও, ঐনা অস্মম থনবদা, অস্মুক বানা পুঙ্গি অসি লেনগদবগী শরুকপুদি, পুঙ্গি থোঙচং মাইকৈ হোংহনা পেমচাগী মুংশি ইথো লাংবনা চাক্লবা থরাইসি শেলহনবনা থরা ফগত্রা থল্লেনে।

শঙ্গাই—করিবো ইতাও ? পেমচাগী মুংশিবনা ঙাওথিহনা অহল

লম্মনগী মুংশিবা, সমাজগী পন্, চৎনবীগী লৈই, ইরায় লায়না লাম্থোক্লগে খল্লবা। হাঃ হাঃ হাঃ ফনা নোকনিংবা বানি। ভাইখো, নংগীসিবু মাবু চান্নন। হেক্তা মুংশমনখিহনা খল্লবা বাখল্লা, নত্রগা করিগুম্বা চেনবা য়াররোইদোবা থৌদোক অমা উরক্লুনা খল্লক্লিব্রা ?

বোড়া—নত্তে ইতাও, থৌদোক করিগুম্বা অমত্তা থোক্কে। ঐহাক চান্নন। মাবু মুংশিবদগীনি।

শঙ্গাই—নত্তেদা ইতাও চুম্না হায়য়ুদা। ঐবু পুকনিংদা খরা চিংনবা অমস্থ লৈদা ··

বোড়া—করি চিংনরবগেনে ইতাও ?

শঙ্গাই—চিংনবা হায়ববু অসিনি, ঙসি অয়ুক্তু পেমচানা অঙাং অমা থারক্লুনা ঐবু য়াম্না ঙন্না কৌহল্লে। ঐনা চৎলুবদা নংবু ঙসি হয়েং আসগী মনুংদা অমুক্তা উনদবা য়াদে হায়না য়াম্না লুনা পাও চেন্নকই। ঐনা করিগীনো হায়না হংবদা মনুংগী অরুবা বা অমগীনি হায়। মাস্থ য়াম্না বানা শুকথনা লৈহৌই। করি তৌরবগে ? শেংনা হায়ষুনে নথোয়গীসিবু মীমাং থোক্কদবা থবক লৈরবরনে ?

বোড়া—ঐ খঙদে ইতাও, হৌখিবা বারুণী মতমদা নংঙোন্দা ঐনা রাশকখিবা অহুদগী ঙসি ফাওবা মশকপু অমুক্তা উবা ফংত্রি। অদুগা ইতাও হায়গুম্মদনা হন্দক মরকসি মিৎ অসি য়াম্না চোংগ্রে, মং-হাস্থ ইনুং মুংঙাইতে। ঐস্থ নংগা তাম্নরগা অমুক্তা চৎকে হায়হনা খল্লম্মিবনি।

শঙ্গাই—হুম্ চৎপা য়াদে। চৎপদি লায়রহনা ঐদি মাগী মমিং ফাওবা নচিন্দুদা পল্লুরম্নু হায়নিংঙবনি।

বোড়া—করিগী ইতাও ?

শঙ্গাই—করিগী হায়রুনা অমুক হংলকম্নু। ঐনা হায়রিবসিনি ইতাও, নং মাগা মুকউন্ উনরগম্নু।

বোড়া—অহুবু করিগীনো হায়বা ইতাও ? করি মরম লৈরবগে ?

শঙ্গাই—ঐ মাগী মরমদা শোরি পারি খরস্নু তায়। মগুবু মশা ম্রাইশংদ্রে হায়নস্নু ঙাংনৈ। অত্তগা অহুগী মথক্তা অমনা···

বোড়া—কৈদৌরবা ইতাও, তুমিন লৈরবদি কৈদৌরে ?

শঙ্গাই—হুম মসিমদি হায়ররোই ইতাও, মসি হায়রবদি য়াম্না ফত্রে।

বোড়া—করিনোনে ইতাও, করি ফত্রবগেনে ?

শঙ্গাই—তোক্লোদা ইতাও, মসিগী ম্রাসি ঐঙোন্দা অমুক হংলগম্নুদা।

বোড়া—ওঃ অসি ওইরে ইতাও, শঙ্গাইনা বোড়াচাওবগী মফমদা ম্রা থুপ্পুনা থমগনি হায়বসি মঙদা ফাওবা মঙদবনি। অহুবু ঐগী ম্রাখল অসি লাল্লুরবোয়দনা।

শঙ্গাই—অহুবু ইতাও, হন্দকী ম্রা অসি ঐ নঙোন্দা ওস্থোক্লা হায়নিংখিদ্রেনে। মসি হেক হায়বদা ম্রা য়াম্না কায়বা তাদ্রে।

বোড়া—কায়জসম্নু লিশিং, মাঙজসম্নু লক্ষা, তাইশিনবা য়ারগা তাইশিনগনি য়াত্রগা তোক্তনি, অসিবু কৈদৌরবগে ? লুনা থনমনখ্রে।

শজাই—অহুদি সে তাও ইতাও, নংনা অস্থক য়াম্না খৌরাংনা তানিংলবদি ঐ হায়রগে। ওরাং অহু মোইরাংথৌনা ঐখোয়দা মুংথিল তহা তহা লাক্তুনা "তাদা থবক অমতা চংমিন্নকসি" হায়রৈ। ঐনা 'কদায়ন্নাইদনো করি থবক্তো' হায়রনা হংবদা .. "এঃ ইনক নকপদনি ফায়োন শেংচিনবিরকউ" হায়দুনা ফীয়োন শেংহল্লগা ঐবু পুত্বনা চংজি। থরা চৎলগা মঙ্গীখোয়গী খোঙ্গাল মপা য়োৗবা মতমদা "তাদা ইচে মঙ্গীখোয়দা ভাহাক্তা চংবিরু, কনা কনা লৈবগে, করি তৌবগে অমুক্ত য়েংবিরু" হায়। ঐনা "করিগীনো ইবুঙো হায়না হংবদা" "এঃ তাদা চংবিরগা খঙগনি, চংবদদি মনিংথোংলোমদা চংবিয়ু" হায়না হায়। ঐস্থ মতৌহদা করিগীনো হায়দুনা পুমঙক ভকলহুনা অহুম্মক চংলে। ঐনা তুমিন্না চংখিবদা থম্বৌম্নাহু লময়াইদা লেপহুনা লৈরম্মি পেমচানা মপাললোমদা মরু লুকথহুনা থোকখি। অহুদগী থম্বৌম্নানা "ঐবু কাওগমুকো পেমচা" হায়দুনা লাউহুনা হায়, পেমচাস্থ শুমাং মতোন্দগী "ঐত্তা" হায়দুনা থুম্মকই। মহুদগীদি ঐ অহুম্মক লাক্লে। মসি ইমিংমক্তা ইনাকোংমক তারবা উরবনি।

বোড়া—কৈদৌবা ইতাও! পেমচাবো! ঐগী পেমচাবো! নংনা হায়রিবসি অচুম্বনিকো ইতাও?

শজাই—অচুম্বনিনে। অহুননিমে ঐনা নত্তোন্দা হায়নিংদে হায়দুনা কম্না খাঙবদো।

বোড়া—ইস পেমচানা! ঐগী পেমচানা অহুম তৌখ্রবা!—ওঃ

( মুংঙাইতবনা মশা থক থক নিকপা )

পেমচা! পেমচা!—ও: পেমচানা অহুম তৌথ্রবনিকো—। ইস বোড়াচাওবা ঐগী খম্মোই লৈকোন্দতা তোমথিন শাৎপী পেমচা লৈরাংনি হায়না অম্মুক কুইবসি থাজবগা লোয়ননা লৈরকপনি, অহবু—। ইস্ ইকায়দা…ঙসিগী বাসি তাবদা ওম্বোক্লা ইকায়খ্রেদা। …পেমচা…পেমচা…নংনা অসিগুম্বা লমচৎ অসি চৎলম্মবনিক্কো ·। হাঃ হাঃ হাঃ মুংঙাই সংসার, মুংঙাই, পৈশা লৈবা, খুৎকনবা মীগীতা ওইরবোইদকো নং অসে…… হাঃ হাঃ হাঃ—( অঙাওবগুম নোকপা )

শঙ্গাই- ইতাও, ইতাও, তুমিন লৈরো হঞ্জবা লাক্লে।

( হঞ্জবা চংলকপা, বোড়া শঙ্গাই খুরম্বা )

হঞ্জবা—নখোয়বু ইচাশা ইনাওশা লোইশং অসি মতম চানা অমুক্তা কারক্তদনা তৌরিবসি করম তৌগে হায়রিবনো? মসিদি য়াম্না চুমদ্রে কোনুংগী খবক্তা থোওই উশিস্তনা চৎলবদি মমৈদা নখোই য়াম্না নংলরনি। মহু খঙনা চৎলু, নখোয় অঙাং নৎ-লক্ত্রে। অহুগা বোড়াচাওবা ঐ হৌজিক মনাও ইবুঙোনা কৌহনা চৎলুরবনি। অহুদা মনাও ইবুঙোনা নংগী মরমদা শোরি পারি য়াম্না তায় ঙসিদগী হৌনা কোনুংদগী চথোকহনবা য়াদে হায়না স্না য়াথং তাকপিরকই। খঙঙব্রা? খুল্লক্কী বাদি থোকত্রি-ঙৈনা কোমুং হাম্না য়োবনি, মসি নখোয় খঙত্রমাল্লে। নিংথৌগী মনাদি ফকলাংদা নপ্পনি হায়বা অহল লম্মনগী পাওয়ৌ লৈবনি।

শঙ্গাই—মনাও ইবুঙোদা কনা কনানা করি করি হঙ্গৎলবা য়াওরবগে?

হঙ্গবা—মহুগী মরমদা ঐঙোন্দা অশেংবা রাফমদি তাকপিরক্তে। ঐনা অহুক তাহৌবা হায়ববু গণকনি খঙন খঙন করি থোকই হায়হুনা হায়বগুম্বা অমতং শোম্বাংননা শোনখিবদি হাযফেং তাহৌই। অহু অদা খঙদে, মপুগী য়াথংনি। বোড়াচাওবা নং ওসিদগী হৌনা নযুমদা কুম্বা য়াদ্রে, লোইশংদা অম্নম্মক লৈরগদবনি। কুমদবা য়াদবা থবক লৈরবম্নু মনাও ইবুঙোদা হঙ্গংলগা কুমগদবা'ন। খঙলব্রা? ঐ অহুক য়ুম কুম্মুখিগে, নবানি চত্তুনা লোইশংগী থবক কায়দনবা পুরম্মু··।

শঙ্গাই—য়াম্না ফনি। (শঙ্গাই বোড়া থুকুম্বা)

হঙ্গবা—বোড়াচাওবা, নং ঐনা হৌজিক হাযখিবা মনাও ইবুঙোগী য়াথংহু কাউবা য়াদেকো। (চংখিবা)

শঙ্গাই—ইতাও নখোযগী হন্দক্কী থবক অসিদি লৈপাক পুংজাও থীনবা হায়বহ্র ওইরে। ফরে, হন্দক্কী মনাও ইবুঙোনা থিংবসি তাঙ্গা চপ চারে, মসিদগীদি তুমিন লৈথোক্লো।

বোড়া—অহুবু ইতাও, হন্দক পেমচানা তৌরিবা থবকসি ঐ য়াম্না নুংঙাইব্রে, ঐ মাগা অমুক্কং উননিংলে, ··মসিবু ইতাও···

শঙ্গাই—ইতাও, চংলম্নুনে ঐনা হায়বা ইল্লুনে। হৌজিকপু চংলবদি চোপ্পা নংবা নত্তনা অতৈ থোক্লরোইদবনি,··· মসি খঙউ।

বোড়া—ইতাও, ঐহাক লৈবা ঙমদ্রে, খল্লুবদা ঐগী থবাইসি ওম্বোক্না চাক্লে। মুংশি মশক খঙদবী, শাগী লিচং চংপী, মাগা ঐগা শক্কা শক্কা উনহুনা থম্মোইমুংদা ওমহুনা লৈরিবা শাওনিংবগী মৈশা অসি পুথোক্কুনা চিন পেম্না অমুক্কং ঙাংদ্রিবমখৈ ঐহাক

পোথাফম খঙগদবা লৈরে,—অহনা ইতাও অমুক্তদি নংনা থৌজানবিহুনা···

শঙ্গাই—অহুবু নংদি লোইশংদগীসু চৎথোকপা য়াদ্রে।

বোড়া—মহু নংগা ঐগনা শীল্লবদি য়াগনি। নং ঙসি অসি লোই-শংদা লেক্সি। অথেংবদা মীনা তুম হিপ্পথ্রবা মতমদা ঐহাক ঙাহাক্তা মখোয়দা চৎলুগে, অদুগা তম্না অমুক হল্লকে। করি হায়বগে ইতাও? ঐনা নংগী নফমদা মাগী মরমদা হায়জ-গদবসি ঙসিনা অরোইবনি।

শঙ্গাই—ফরে নংনা ময়াম্রবদি খন্নরগা তৌসি। অহুগা করিগুম্বা চৎপা তারবদি ইতাও, মানা কপ-লাওশিন্নহুনকা তৌশিল্লক-অবদি···খঙডেদনা ইতাও নং মহুদা হোয়ককা হায়হুনা য়াথোকঅম্বদি য়াদেদো। মাগী মতৌ মুন্না য়েংথিগদবনি। লৈচিন্দা তেন কাপ্পগী থবক তৌরোইদবনিদো।

বোড়া—ইতাও ঐ পুন্নমক খঙজরে। নিংথৌগী মনাই ওইহুনা, নখোয়গী নরক তিনজহুনা বোড়াচাওবসু অচোপ-অরেম মুন্না খঙজরবনি··। চৎসি ইতাও, থবক পাঙনবা তৌরুরসি··· ঙসিদগী হৌনা বোড়াচাওবা ঐগী থম্মোই অসে পেমচাগী মফমদা নুঙদগী হেন্না কল্লগদবনি·· নুঙদগী হেন্না কল্লগদবনি····

( শঙ্গাইবু চিংহুনা পুখিবা )

ওগুবা উৎপা।

লমহাং—অয়ুক

[ উখোং অমদা ইবোহল য়ানা ফম্মি, মফী মরোল মোংলি, শেগায়, মশম মনা ইফা ফাই ]

ইবোহল—পওখ্রেদকো ঐ অসে। চাফম থকফম খওদহুনা লম্বীদা কোইচৎ চত্তুনা লৈরম্বদগী থম্বৌম্না হায়বসিনা মাগীদা পুশিন্দুনা নিংথিনা থম্বিরে। শেংপা চাবা য়াংহন্‌বিদ্রে। অসিদা ঐনা, ঐগী হান্নগী ফীভমদু কাউখ্রহুনা ভাওঐবনি, নিপা অমনি হায়দুনা থম্বৌম্নামক্তসু লাক্ববা ওমত্রবী লৈনম্বীগী লাংদা থুরুরে। হৌজিক্তি ঐবু শেম্বিরকপা মী অহুগী মাওনবা তৌরম্লগা থোরক্লে। ইকায়খ্রেদা, মীয়াম মমাংদা ঐগী মায় অসি করম্না উৎসিবা। কৈ মচা চাওনবা য়োকপা হায়বদু ঐনা হুন্দক থোকহনলম্মেদকো। ইস্ ওম্ভোকপনি ঐ হৌজিক কদাইদা চৎকনি? কনাগীদা লৈরুগনি? ফরে ইপাপকিনি···শাগী লিচৎ চৎপা ঐহাক্তি শাগুম্না বন্দা কোইচৎ চৎলগা চাদ-থক্তনা শিখিবনা মতিক চপ চায়, ইস—

( লু লুকনা ফমহুনা লৈবা )

( য়াম্না চম্বা ফীজেত্তা থম্বৌম্না চংওকপা )

থম্বৌ—ইবোহল!···( ইবোহল থকৎপা, থম্বৌম্না উবদা চেনগে তৌবা, থম্বৌম্নানা ফাহুনা ) চেনগম্নু, ঐ নংবু করিস্নু তৌরোই। সে য়া হায়গে তাও···ঐ ওসাইমখৈ লুমহুনা নংগী নতৌ য়েংলিবনি। হৌজিক্তি খওলে, নহাক পওবদগী অসিগুম্বা

থবক অসি তৌরুরবনি। লৈনম্বীনা নংবু জ্ঞান তাহল্লে। নংনা ফত্তবা সঙ্গ তৌরুবদগী জ্ঞান তারকপা, অহুগা ঐনা অফবা সঙ্গ তিল্লুবদগী পুকচেন শক্লকপা, অমহানি। ঐ হৌজিক কনাগুম্বা অমতগী ফত্তনবা তৌগে নিংল্লে। লৌনম্বা চিরোনগী অরংবনা মিং অসি অমুক থক্লরোই। চংসি লাকও য়ুমদা… ঐ নংবু ঙাকপিরবনি।

ইবোহল—ঐজ্ঞা, ননাই ঐবু…

থম্বৌ—খঙঙে, নংগী নরাল পুম্নমক ঐনা ঙাকপিরবনি। ঙরাং নুমিদাং মোইরাংথৌ ফারে, অরাকমদা চংগ্রে। হন্দকমুক্তি লৈনম্বীবু মুপীনি হায়রুনা য়েংবিরবনি। পাবুংনা হংলগা "লিক অহু ইবেম্মা লাইশ্রবীনা লৌরু হায়রুনা লৌরুবনি, লম্বীদা মোইরাংথৌ হায়বরুনা অহুগুম্বা লিক অমতা মাগী মুপীগী শাজগে মমুমদা অমুক্তা য়েংহল্লসি হায়রুনা পুহুনা চংলগা জুয়ার শাম্নফম ওইরমহুনা নমহুনা থাদোকখ্রে… অহুগী কোইতান তান্নজরুরে" হায়না খুম্মু….। চংসি চংলো…মতুংদা অমুক অসিগুম্বা থবক তৌরগম্নুকো।

ইবোহল—ঐজ্ঞা। (চিংহুনা পুখিবা)

## ৪শুবা উৎপা।

### পেমচাগী ইমুং—মুমিদাং ।

[ ফমুং অমা থাই, ফীশা ফাল অমসু লৈ পোদোন অমা থাল্লি, শগাই অমা লৈ, মচুগী মথক্তা ভাক্লবাকনচিংবা খরগা থৌরি মকোন অমগা লৈ, পেমচানা কপ্প কপ্প ফনেক লোন্দূনা লৈ, মমানা ফক্তা ফমচুনা শেঙ্গাওদগী শেল পাথোক পাশিন তৌরি··· ]

থম্বাল—করিনোনে নংনা তৌজবা শারিবসিবো ? কপ্পগবু ফগদ্রাঙ ?
ঐনা মসি থোক্তনি থোক্তনি হায়চুনা কয়ারক হায়জৈ, নংনা লৌবিদেদো। হৌজিক্তি লে-ম্মে, লৈপাক মমাংদা ফজরে, ইচানুপী মরম ওকপী পোকচচুনা মুংঙাইজরে। ইমায় অসি পুচুনা কৈথেল কাবসু ঙমশিল্লক্তরে। পেল্লে পেল্লে, নং পোকচবগী ইমা পেল্লে। লৈশাবী তৌঙম্বী হায়চুনা লৈপাক্ত নিংথিনা ঙাংনরনি। কদায়, নংগী লৱাইমচা বোড়াচাওবা হায়বদো নোংমতা ফাওবা মশক উথিদ্রে। ইমায়পেম্মা, মীহাৎপী ওইনা হেক তৌরদনা, পামজদেদা·· পোকচৈদগী মমিং ফাওবা পনজদ্রবা চৈরাপ কুচু কাদৌরিনে নহাকথক্তগী। হা গোবিন্দ ইবুঙো, ননাইবু খিং থুনা লৌশিনবিরোগবা।

( ফমুং চংখিবা )

পেমচা—খিং ভুমিন লৈরোবা ইমা কৈদৌগে, ঐবু লৈযম খঙশিল্লক্তরে।

থম্বাল—লৈরগেহে, মানস্থ ভুমিন লৈরোকা হায়চুনা তৌশারিনে, এঃ হৌজিক্তা ইকায়বা খঙবিরক্লবোইনা ইচাদে ?

ইকায় খঙবী ! পেল্লেনহে নহাকথক্তগী ঐ পেনজরে। নশক্তু উবদা হুমুক্ক খারে···। ( ফকলাংলোমদা ওন্দুনা হিপখিবা, পেমচানা ফী লোল্লিবা মোন্দা ঙাহুনা হিকনা হিকনা কপ্পা, ঙাইহাক লৈরগা তপ্পা হৌগৎহুনা খন্না খাপ্পপ চৎথোকলগা )

পেমচা—অসি ঙইরেকো মুপী ওইবগী মপোক···। ( খনবা ) ( তপ্পা চংহুনা চেপথহুনা মমাবু য়েংলগা ) ইমাদি তুমখ্রে। মতম অসিস্মু ফনা থেংলরিনি। অহুবু হৌজিক ফাওবা লাকত্রিবসিবু······লাকঅরোইদ্রনে ?····· কাউথোকখিদ্রনা তৌরব্রা · মদুমক্তি তৌরম্মোইনা ?·· ( থোঙ ময়াদা চৎপা, অমুক লেপ্পা, ) লাক্লগা ঐনা করম্না হায়নি ? অশেংবা রা হায়রুবদা থৌজানবিরক্রবদি··? করিগী থৌজানবি-রোই···শক্কা শঙ্কা হেক উনবা সুমিত্তগী হৌনা, থবাই হকচাংপুম্বা মঙোন্দা কৎথোকচত্রবনি···অহুবু হৌজিক অসি য়ৌরবা মতমদা করিগী ঐগী দমক লেপ্পিরোই···? ( খনবা ) খা তন্না নাওপুহুনা পোকপী ইমানা ফাওবা ঐবু নুংশিজ্রে, ঐবু শিখিবা লাই খুরম্মে,···তোল্লিদা পেমচা নংগী মপোকসে···( খনবা ) হুম কাম্নদে, মতম অসি থেংজিল্লক্লে, চংবা ঙমদহুনা লৈরম্বস্সু খঙদে ··মপাল থোক্তুনা অমুক্তা য়েংউখিগে····।

( মমাদা মুম্না য়েংলগা তপ্প তপ্প থোঙ হাংদোক্তুবা থোকখিবা )

[ শিন ঙোংবা ]

খোয়াখোং লম্মী—থাবল ফবা অহিং অথেংবা।

[ উখোং ময়াদা চাকনিবা অমা হিল্লুনা লৈ, তপ্ন তপ্ন পেমচা বাখল তৌনা থোকলকই ]

পেমচা—হৌজিক ফাওবা য়ৌরক্রে। অত্তুদি··· ( কোইয়েং য়েংবা )
এঃ ঐদি বাখলনা মমখিত্নুনা য়াম্না থাম্না চংথোক্লকএনা।
খোয়াখোং য়ৌরম্লেনাসিদে···।
( ফীংনা বোড়াচাওবা চংগুকপা, পেমচা উবদা ভকপা )

বোড়া—কনানো ?

পেমচা—ঐনি।

বোড়া—ঐ হায়বদে ?

পেমচা—পেমচানি।

বোড়া—করিনো নংনা তৌরম্মিবসিদে ? নং নথক্তা অম্মুক থেংথ্রবা
মতমদা···

পেমচা—ঐহাক ভাইজরম্মিবনি··· ।

বোড়া—কনাবো ?

পেমচা—কনাবু ওইগদগে ? ইবুঙোনা ভাইরম্মু তাকপিরকপা
মতুং ইন্না ভাইজরম্মিবনি।

বোড়া—ঐবো ? হাঃ হাঃ হাঃ···ঐনা নংবু ভাইরম্মু হায়বদি
নয়ুমদনি, খোয়াখোংদদি নত্তেনা। খঙভে নংগীসি নয়ুমদদি
কনাগুম্বা অউবা য়াওখ্রগা থম্বৌম্নাদা তম্মুহনা বা থোক্লবনি,
অদুনা মী-লাই উরোইদবা মফম থিরকপদা খোয়াখোং

তায়হনা অকি অখং হুন্দোক্নুনা ঙাইরম্মিবোইয়ে। হাঃ হাঃ হাঃ ওম্বোক্না কিখ্র-রা-ওইরে নংনা থম্বৌম্নাবু কিবসি···।

পেমচা—ত্তৌবিরন্নুবা খিং অহুগুম্বা রাদো। ফাগী ওইরবম্নু তাবদা ওম্বোক্না নুংঙাইজখিদ্রে···, থন্নাই ওম্বোকনা শোকখ্রে।

বোড়া—অসিবু ফাগীরনে। ঐখোয়ম্নু ইমিং ইনাকোং পানবনিনা পুন্নমক উইয়ে তাইয়ে···।

পেমচা—ইস্ ওম্বোক ওম্বোকপা···, করি করি তাবিরবগেনে?

বোড়া—করিস্নু কান্নদেদা মসিগী রাসি হৌদোক্নুনা। খোইদৌ শাওগৎনবনি। করিগীনো নংনা ঐবু উননিংই হায়ববো মহুহুম হায়রো।

পেমচা—হান্না অমুক্তা তাকপিখো করিনো খঙবী হায়বদো? নত্রবদি ঐগী থন্নাইসি নিংঙমহৌদবদা তারে।

বোড়া—ঐনা অমুক হায়বা নাইত্রেবম্নু নশানা হেন্না খঙলিবহ্ মঙাই। কান্নদেদা, নংগী হায়গদবহুহুম হায়রো।

পেমচা—ঐবু অতোপ্পা রাখল অমরোমদা খনবিরবা, পুকচেন মাংবরোমদা পুবিরবদি নুংঙাইবা ফংবিরোইদবনি··। খঙজরে, ঐনা হায়গদৌরিবা রাসি হান্না খঙবিরহনা, ঐবু ইরাল পিনবা শেমজিন্‌বিরকইবনি।

বোড়া—হোয়দা, হোয়দা, হায়জিনবনি হায়জিন্দবনি হায়বা খোংলগা খঙলকদবা লৈরেদনা। হায়রোনে করিনো নংগী রাদো?

পেমচা—ঐনা হায়গদৌরিবসিবু খঙবিদ্রিবরনে ?

বোড়া—নংনা হায়দোক্তনা করম্না খঙগদগে, ঐদি লাইস্নু নত্তনা ।

পেমচা—খঙলবস্নু খঙদ্রবস্নু হায়দবদি য়াদ্রবনিনা হায়বদা তারে। ঐনা মমাংডৈদা হঙ্গচখিবা অড়নি····হৌজিক্তি শিংডেল লৈখোক লোয়রক্লে তাওজিং মমি তমলক্লে। মসিবু করম খনবিরিবগে ? লৈপাক মমাংদা ঐবু···

বাড়া—করি ? করি হায়বা পেমচা ? শিংডেল লৈখোক লোয়রক্লে, তাওজিং মমি তম্লক্লে, হাঃ হাঃ হাঃ···ফনহুম নোক্লিংবা য়ানি। অদুগা ঐবু করি তৌ হায়রিবা ?

পেমচা—ইবুঙো, নিপা ওইবদদি মসে অরাইবা থবক তামা ওইরম্বা য়াই, অদুগা নিঙোল ওইবী ঐখোয়দদি পুন্সি অসিমগী লোইরবনি ।

বোড়া—ঐনা মদুবু নত্তে হায়রিবরনে ? অদুবু নংনা ঐঙোন্দা য়াসি হায়রিবসি ঙস্নু ঙম্মিনে। বিষ্ণু···বিষ্ণু····।

পেমচা—করি য়ানোনে তাকপিরিবসিবো ? ঐনা করিদা ঙম্মবগে ? ছুই ঙাওরবদি ছুইবু থিবা হৌনৈ, যণ ঙাওরবদি যণবু থিবা হৌনৈ, মপু নত্তবদা তাইশিল্লুবা য়াব্রনে ?

বোড়া—অচুম্বা মপু অদো থিরবদি ফগদবনি। মরাল লৈতবা মীদা থৈজিনবদি কদায়দগী চুমগদগে ।

পেমচা—অদুদি···অচুম্বা মপু নত্তে···অসিনিকো তাকপিরিবদো, ফাগী তৌবিরগদুবা ইবুঙো, ননাওবু থবাইসি ওস্থোক্লা য়ারে ।

বোড়া—করি ফাগী নোনে পেমচা! তাওজিং লোনজা চাবা শিংঙেল লোনজিন চিনবা, ঐমক্না, ফাহৌবা ওমত্রবস্থ অখঙবা অউবা লৈকাইগী মী য়াম্না লৈরি। মসি পুম্নমকসি পুখোকউত্নুনা করি কান্নগদগে? ফজবা থবকস্থ নত্তে। অদুগী শক্লকপুদি হায়ফম থোকপা মীদা নিংখিজনা হায়নবনা ফৈ।

পেমচা—(ঝানা) ইস্ ফাগী নত্তবা! অদুদি—ফরে ইবুঙো, ননাওনা করম্বা অকায়বা লমচং চংখিবা য়াওরবগে মহু অমুক্তদি তাকপিয়ুগবা।

বোড়া—ইসে, পঙশিন্নবগী পঙশিন্নবা নংদি য়োনা হেক্তা পঙলগে থল্লবোইরে। তূমদবা মী হৌদোকপা ঝাই হায়বহু তৌরেদনা। ফরে, নংনা অতুক য়াম্না হায়ইননিংলবদি···হায়রগে·········নং নহাল, মঙ্গীখোয়দা নুংথিল চত্তুনা থম্বোস্নাগা···

পেমচা—এঃ অদুগী ওইরে অস্থক য়াম্না ঝারৌবিরিবদো! মদুদি হঙ্গচ্চগে তাবিয়ু···ঐনা চংচগে হায়দুনা চংচক্লবা পোৎ নত্তে, ইমানা শেল থৌরু হায়দুনা চত্তবা য়াদদনা চংচবনি। ঐস্থ কয়া খুদোং চাবা মফম নত্তে থনজদুনা ইচম চম্না চংচদে, লোম্না ফীমুংদা ছুড়ি অমা পুজমজৈ, থম্বৌস্না হায়বহু ফমদুনা লৈরম্মি··। অদুদা মানা····

বোড়া—মুংশি নুংঙোলগী ঝারি শাই। নত্রা? হাঃ হাঃ হাঃ—

পেমচা—অমুক্তা নিংথিনা তাবিখোবা কৈদৌগে ঐনা হায়জরিবসে ··, অদুদা মানা ব্লা অমতা ঙাংনখিসি হায়দুনা থাম্মি···

বোড়া—নংনা য়াদে…, হাঃ হাঃ হাঃ …কান্নদেদা পেমচা, হুরানবা কনাস্থু হুই হুই হায়রুনা অরাফমদা চংবা নত্তে, হুদে হায়না হায়না চংবা ঙাক্তনি। কান্নদে রা অমুক শাংধনত্রনা। ঐ তন্না কোন্নুং য়োগদবনি…, য়ুমদদি অমুক্তা য়োহৌরুখিগে চৎলগে…( হন্দুনা চৎপা )

পেমচা—( তান্নহুনা ফীজি পাইরগা ) ঙাইহাক্তদি ঙাইবিখোবা কৈদৌগে ? অরেপ্পা রা অমত্তদি তাকপিরম্মু। ননাওবু শাররা খাংথক্তা ভৌবা লেমলৈ ঙাগুম থম্বিরগা কয়ামুক মুংঙাইবিবগে ?

বোড়া—ঐনা নংবু করিদা ভৌরবগে ? নংনা ঐঙোন্দা হায়রিবসিবু করিনো ?

পেমচা—তৌবিন্নুদা ইবুঙো, মীগী মরা চান্নবিহুনা মুংশিবগী খুদোলবু খোঙপাক্লা নৈহত্তুনা মাঙহনবা হৌনদে। ননাওবু লৈপাক মমাংদা হাংপিগন্নুদা… ।

বোড়া—ঐনা হাংপা নত্তেনে, অহাংপা মীদি…লৈরাংনা লৈহি লিকখিদবা খোইমুদো মহনি। মঙোন্দা নিংথিজনা হায়নৌ, নংনা হায়বদা য়াত্রগা, ঐখোয়স্থু য়াওনা হায়গে। হুম্ থেংখ্রে, ঐ চৎলগে…সে থাদোকউ·, সে থাদোকউ হায়বা· ইসে…মসিদি ( ইনথুরম্নগা শাওনা চৎথিবা )

পেমচা—( ফীংনা হৌগত্তুনা তান্ন তান্নমা ) ইবুঙো, অমুক্তদি ঙাই-বিখো কৈদৌগে ? ( লেপতুনা মুন্না য়েংলগা )…চৎখ্রে…

হন্না ফাওবা য়েংবিরমগ্রে ইবুঙো, করি পুকচেন কৌবগে ? লাইবক থীবী ঐবু নুংশিবিগ্রবসু তাইবং ফাওগ্রিবা, মমিতা তমখৎচরকইবা নংগী নুংশি খুদোল লৈরাং অসিবুদি নুংশিবিবা য়াইকো। করি ধর্মনি হায়বগে ? য়েক্লবগী ইথিল্লা কনখিহুনা ঐগীদমক করিমতা খনবিখিগ্রবোইরেদকো। পেমচা ! পেমচা … ! লোইরেদো, নং হন্দকী মপোক্কী লোইরেদো—। নংগী রাখল লৈকোন্দা শারম্বা নুংঙাইবগী ফজবা শঙ্গাই অদো, ঙসি খঙহৌদনা কিস্থখরেদো। লোইরে, উপায় লৈত্রে…, ইনুং তৈনা ঙাল্লকপদা পেমচাগী মায় অসি অমুক উৎকম লৈত্রে। ইস্ ··খনবদা মমখ্রেদা—, করিনো ঐনা তৌগদবসে ? —ঐগী রানি হায়বা মচেৎ অমতা তাবিখিদ্রে। ইবুঙো, করি মতৌ কৌই হায়বগে ? খুজেং পালোইননা পুবিহুনা নুংশিবা হায়বহু মশক খঙহল্লম্মগা, হৌজিক ইয়াই য়োরক্লবা মতমদা করিগী থাদোকপিরবগে ? হা বিধি নোংদম্বা ! মুজাগী লাইবক্তা ওস্থোক্লা থীনা তমগ্রবোইদকো। ঐ হৌজিক করি তৌনি ? (খনবা) ময়ুম ফাওবা তুং ইন্দুনা অমুক্কা হায়জরুখি-সিরা ? হায়জবা নত্তনা ঐগী উপায় অমুক লৈত্রে। হন্দকমুক্কা হায়জখসিদা ময়াবিরক্তুদি—ময়াবিরক্তুদি—পেমচানা বোড়া-চাওববু কয়ামুক য়াম্না নুংশিবগে হায়বদো লৈপাকপুম্বা খঙহল্লম্মগে—(চৎকে তৌবা, খংলেপ লেপ্লা) হুম ইমাদদি অমুক্তং খুক্লমমম্বা থোকই, ঐগীদমক রাজরক্লবী ইমানি, ইমা ! ইমা ! (হন্দুনা চেনখিবা)

চাম্বিবা—( ইশৈ )—

য়েংউ চংখয়ে শ্যাম ত্রিভঙ্গ
থাদোক্লম্মে নিংজবা বৃন্দাবন
মশুং লাংগী রারণী কলঙ্কীনি রাধাদি
খাইনা মৈশা লাংহৌরে
অরাবা ঈপাক্তা তাহৌরে।
লাইবক থীবী মহাক্তি
হিক্র হিক্র কপ্তুনা
নুংশি মায়কৈ য়েংদুনা
পুন্সি লমশাং চংহৌরে। ( শক্লা শক্লা চংখিবা )

[ শিন হোংবা ]

পেমচাগী যুম—ইমুং।

[ ৪শুবদা উংখিবা ময়াম কায়দনা লৈরম্মি, থম্বালম্বু তুম্লম্মি, পেমচানা কপ্ল কপ্ল থোঙ হাংদোক্লুনা চংঙকই ]

পেমচা—ইমা! পলেম অপোকপী! নংদি হৌজিক ফাওবা নুংঙাইনা তুমথুন হুন্দুনা লৈ'র। ননাক্তা নিতিগী য়াহিপচবী নমোম লাইবক থীবাদি ওক্তবী ওইবনা নোংয়াই-ইতু য়ৌরবা ফাওবা পলেমগী নাক্তা য়াতাজবা কংজদ্রেদো। ইমা! নচাদি পুন্সি-সিমগী লোইরেদো, পলেমগী নুংশিচেংলৌ উজগদবা ওসিতা মঙাইরে। নমোঙ্গু রারৌবিগন্নুকো অপোকপী! থোমলাং লম্মন শিংঙমদ্রে হায়দুনা তৌবিমন থঙদবী হায়না নচাবু

ঝারৌগমুকো। পলেম পম্বৌ অনিমক শক্লবী! নচাগীদমক অৱাবা কোকথোং য়ারক্লবী, লাইবকথীবী ইমা! নপারীম্মু শাৎচত্রবী, নমোম অনিশুনম্মু পোমজত্রবী! নংনা মিকপ থোক্লক্লবা মতমদা নমোম্মু কৌৱকপদা কনানা ইমা হায়না খুম্বিগদগে? সনা কৈথেল কাবা নংনবা কনানা তৱা চাকপু থোংবিগদগে? ৱানা কৈথেল কুম্মকপা মতমদা কনাদা ইমাগী পোং থারো লাও হায়গদগে? ইমা! ইমা! অপোকপী! ঐবু মকম খঙত্রেনে ইমা। (চঙহুনা মমাগী মখোঙদা কোক শোকই) চৎলগে, থেঙখ্রে, তপথৱবদি মহাক উনহৌদবা তারে—(হৌগৎপা) কৱি তৌসিগে? (কোয়েং য়েংবা, শগাইদগী থৌৱি উৱকপা) এঃ অফবা অমা লৈৱেদনা! ফরে ··(ফীশাফাল থাহুনা থৌৱি লৌথবা) পম্বৌনা তাইবং মীচাক চারিঙৈ শঙ্গোল থৌৱি ওইনা শিঞ্জিন্নৱম্বনি হায়হুনা অম্বক কুইবসি নমোম্মা পম্বৌ শক্লা চেংনা লুনা থমজৱম্বনি। লুখ্রাগী ইমুংদদি কাওৱেল ষণ লৈজত্রে, ঙসিদি কাওৱেল ষণ কোনবগী মহুৎতা নমোম্মু কোনবিৱোকো অপোকপা! পম্বৌগী হৈনা নতুং ইঞ্জহুনা লাইবক থীবী নমোমদি লাইরৈ-পাক লমদম তমজখ্রগে। (ফমুংলোমদা ওল্দুনা) ইমা! অপোকপী! মুংশিবী! লৈহৌৱোকো···, নমোম্মু ঝারৌ-গমুকো · ··· (চঙশিন্দুনা খুয়াগী উফুল লৌহুনা মকোক্তা হাপ্পা) পেম্ত্রেনে ইমা, ইমাগী মুংশি চেংলৌ অসি ঙসিদি নচানা য়েংজবগী পেনবা নাইত্রে· ·, ইমা! ইমা! চৎলগেক্কো

অপোকপী ! ( থুরুপ্পা, তপ্প তপ্প থোক্লকপা, থোঙজিন ময়াদা হন্না য়েংলগা ) লৈছোরোকো…ইমা…( ফাঁংনা চেনখিবা )

৫শুবা উৎপা।

বোড়াচাওবগী য়ুম—মাঙ্গোল, অহিং।

[ থোঙ লোল্লি, থৌরি পায়দুনা পেমচা তপ্প তপ্প চংঙকই, থোঙ ময়াদা লেপ্লি, তুং মাং হন্না হন্না য়েংই। ]

পেমচা—( তপ্পা ) ইবুঙো ! তাবিরিব্রা? তাবিরিব্রা ? …ননাউ লাইবক থীবানা কৌজবসিবু তাবিদ্রবরা ? থোমলেন তুমখুন তাল্লবসু, বা'লেন পুংখাইমুক্তদি মিকপ থোকপিয়ুবা ইবুঙো !

[ ( মনুংদগী ) বোড়া—কনানো ? পেমচা। ]

পেমচা—মানি হোয় ইবুঙো।

[ ( মনুংদগী ) বোড়া—নং অমুক অসি য়ৌরকঅবোইরে ? করিনো নংনা তৌরিবসিবো ? অহল লম্মন তারকঅনি, চৎলোদা ফজদে ]

পেমচা—ঐবু লৈফম খঙদ্রতুনা অমুক চেনজরক্রবনি। অমুক্তদি থোকপিরকউ। নয়াথং নিংথিবা অমতং তাজরগা তন্না হনজখ্রগে।

[ ( মনুংদগী ) বোড়া—নংগী নতৌ অসিদি ঐ করিমতা থাজরক্রে, তাঙ্গা চায় হায়দুনা ঐবু অপঙবা থিরকপা মানশিল্লকয়ে। চৎলো কাম্নদে ঐ থোক্লকপা ঙম্মোই। ]

পেমচা—নচ্চদেনে ইবুঙো, অমুক্তদি বাখল তৌবিয়ু, ননাওবু অমুক্তদি কনবিয়ু।

[ ( মনুংদগী ) বোড়া—তকশিল্লক্লনা কান্নদে পেমচা, ঐ রাখল সুকতৌ তৌবা ঙম্মোই, চংলো চংলো, তুম্মুরো খেঙত্রে, মুশীনা অসুক খেঙলবদা হৌনদে। ]

পেমচা—য়াবিত্রেদনা, ঐনা থবাই শোক্লা হন্না হন্না হায়জবসি তাবিত্রেদনা। অহ্‌'দি ইবুঙো, ননাও লাইবক থীবীদি ঙসিগী মুমিত্তা থবাইসি থাজখ্রগেকো।

[ ( মনুংদগী ) বোড়া—মহুবু ঐঙোন্দা হায়রগা করি কান্নফম লৈবগে? হায়ফম থোকপা মীদা হায়নরুনে। চংলো ফজত্রে হায়বনি। ]

পেমচা—ফরে ইবুঙো, মুংঙাইবিহৌরো, নঙুং নমান্নবা লৈরাং খিছনা পেন্না মুংঙাইনা পানবিহৌরো। ননাও লাইবক থীবীদি পাম্মু নঙুং লাংগী দমক্তনি, মুংশিবা নংগী ইথোল চাইগোইমুং অসিদা য়াইবী প্রাণ মাঙজখ্রগে। পুন্সিগী কায়নরমদাই মতম অসিদা ননাওনা খুরুমজবা, মসিমতদি লংনদনা লৌবিয়ুকো ইবুঙো ( খুরুম্বা )। হন্দক্কী মপোক অসিদদি খোইমু নংগী মতিক চাবা লৈরাং ওইখিত্রে, হয়েংমুক্কী মপোক্তা মুংশিবা নংগী মপা চাবা শিংঙেল ওইনা পোকচহ্নুনা মানজা সেবা ফংজগেকো। পাম্মুবা, নংনা পিনবিবা মুংশি খুদোল চরৈ নমথাং অসে··· থবাইগী মবুঙো, নংমক্কি খনজহ্নুনা থম্মোইদা চেংনা কোনজরগা অমংগী য়াইখোং কুমজখ্রগে। লৈহৌরোকো পাম্মুবা, খারৌগমুকো মুংশিবা, ননাওদি চংচম্নগে, মুংঙাইনা খোমলেন তুমখুন তানবিহৌরো ·· ( কপ্পা কপ্পা খোকখিবা )

[ ( মনুংদগী ) বোড়া—পেমচা! পেমচা!····] ( কীংনা খোক্লকপা )

বোড়া—করিনোনে তৌরিবা মতৌসিবো? চান্নবা চৎথ্রবরনে ··
(কোইয়েং য়েংবা) পেমচা! পেমচা!

(ফীংনা শঙ্গাই চঙলকপা)

শঙ্গাই—ইতাও, করিনো নং হৌজিক ফাওবা য়ৌরক্রবদে?

বোড়া—ঐস্ন লাকঅগে তৌরম্মবনি ইতাও····।

শঙ্গাই—চৎসি চৎলো, নফুরিংকা লিংশিল্লুরো, থিস্থবা য়াথ্রপোংনি।

বোড়া—করিগীনো ইতাও অস্নুক ফীংলিবসিবো?

শঙ্গাই—ফীংদবা য়াব্রনে, মনাও ইবুঙোনা নংবু হৌজিক থিরক্লেনে···, অত্থনা ঐ তৌফম খঙদ্রহ্না চেল্লক্লবনি চৎসি চৎলো····।

বোড়া—হৌজিকপো! অস্নুক থেঙখ্রবা মতমদা! করিগীনি হায়-বগে··· ?

শঙ্গাই—খঙদে, অস্নম চেপ্লম্বদগী মং-ওই হা-ওই নংবু হেক্তা কৌরকই···, অত্থদগী কোয়হৎ হংনরক্নুনা ঐ লৈফম খঙদহ্না সি-তান্না হেক্তা চেল্লক্লবনি ··।

বোড়া—ইস্ তাঙ্গাসিদা ··।

শঙ্গাই—তাঙ্গা কৈদৌরবগেনে?

বোড়া—ইতাও, ঐনা ঙসাই কোন্নুংদগী লাকপহ্না পেমচাহ্ খোয়া-থোংদা ঐবু ঙাইরিবনি হায়হ্না লৈরম্মি।

শঙ্গাই—মানা করি করি হায়?

বোড়া—ঐখোয়না খন্নরম্বহ্ শোয়দ্রে, মশা রাই শংঙমদ্রে···।

শঙ্গাই—তো ঐনা হায়বহ্নিনে। অত্থদি নংদি য়াথ্ররিনিদো····?

বোড়া—য়াথিদেনে ইতাও, ঐহাক মানা কপ-লাওবহ্ ঙকয়েং য়েংদনা শাওহ্না অত্থম্মক লাক্লবনি, অহ্দগী চিংনবা অমতংবু ··

শঙ্গাই—করি তৌরবগেনে··· ?

বোড়া—মা হৌজিক অমুক সিদা লাকঅম্মি ·· ঐবু য়াম্না কৌ-থোকঅম্মি ঐ থোক্তে ··, অহুদগীদি মা শিরুরনি হায়হুনা চংখ্রেম্বে ·· ।

শঙ্গাই—করি হায়রবা ! শিরুরনি হায়না চংখ্রবা ! অহুদি ইতাও নং চুমদেদনা । ঐনা হায়বদি য়ারিমখৈ নং নশা লৈথোক্লবতা হোৎনৌ হায়বনি । অহু য়োৌরবা ফাওবদা নংনা ভুমিন লৈহৌবদি চুমব্রদো ? ঐনা ঙসাই নং চংখ্রগা তাবদি থম্বৌম্না-হুম্ন পেমচানা য়াম্না ইকায়বা পিখ্রে, পেমচানা লোম্না ছুড়ি পুরমহুনা হেক শোকপদা হাৎকনি হায়না তৌই হায়বা ফাওবা তায়, ইস্···

বোড়া—ইস্ পেমচানা অহু ফাওবা তৌরম্বা ··অহুদি···( খঙহৌদনা থোরি য়ানবা চোংথবগী দং লাওবা মখোল তাবা ) করিনো ইতাও, হৌজিকৌ মখোলহু করিনো ?···মনিংলোমদগী নত্রা ? শোয়দ্রে ইতাও ঐগী পেমচা শিরে ·· ( চেনগে তৌবা )

শঙ্গাই—ইতাও ! ইতাও ! কদায়দনো ? ( ফাবা )

বোড়া—ইতাও ! ওঃ নংনা ঐগী পেমচাবু মাঙহল্লে···নংনা ঐগী পেমচাবু মাঙহল্লে পেমচা ! পেমচা ! ( ফাবা য়াদনা চেনখিবা )

ওশুবা উৎপা।

( ইশৈ শক্লুনা চাক্লিবা চংঙকপা )

চাক্লিবা—( ইশৈ )

কাউগন্নু কাউগন্নু মীওইবা

রাথৈ লৈয়্যি চিংলোইদবা, কনা লৈতে তেংবানসিদা,

চেৎনা লুনা থমজরবা.

নুপী অঙাং লনথুম, মাঙখিনি নোংমা মংলান্‌গুম্।

মতমগী চৈশিংনা শুরবদা, তাইবং চেংনা লোইরবদা,

লাকপগুম কনা য়াওদনা, হনথিনি নথম্বা ভুমিন্না।

চান্নবা কনানা কৈদৌঙে,

ওইরদে মরূপ পোলোইদা, লৈশেস্কা মপুন্থ নত্তনা।

পাঙল মতম লৈরিঙৈ

শোনজহৌ মাগী মিংলেন্দু, তানজহৌ লেংত্রবা নরন্দু

নাপল কিশি থোক্লুনা

চঙজহৌ মাগী খুয়াদা পঙগন্নু পঙগন্নু মীওইবা॥

( থোকখিবা )

[ শিন হোংবা ]

বোড়াচাওবগী ইথোল—নোংঙাল্লমদাই।

[ হৈনৌ পাঙ্খী অমদা থৌরি য়ান্দুনা লৈরম্বা পেমচাগী অশিবা মশা অহু লৈকাইগী মী মরি মঙানা লৌথহুনা লৈপাক মথক্তা ফি অঙৌবা অমনা কুপ্তুনা থম্মি। থাপ্লপ বোড়াচাওবা বাম্থহুনা শঙ্গাইগী মতম্বাক্তা ভুহুনা লৈ। লৈকাইগী অহল অমনা য়াম্না শাওনা কোইচং চংহুনা ভাংলে ]

লৈকাই অহল—হায় বোড়াচাওবা, শঙ্গাই, নখোই ভুমিন্না চংথিবা য়াদে। লৈকাই বাথোক্লবা শিল্লগা ভাওশিন্নবা য়্নারোই। ওক্তবগী মতিক চাবা মহে ফংহনথিগদবনি খঙঙব্রা? লম-হেনবা শারদনা—( লৈকাই ময়ামদা ) ইচিন ইনাওশা, কনানো অমতা চংহুনা কোনুংদা পাও পিরু, অহুগা কনানো অমনা মমাদা পাও অহুক তাকপিরু।

( লৈকাইগী মী অনি চংথিবা )

বোড়া—( থরা থরা জ্ঞান তারক্লুনা ) কনানো? ( তপ্না হৌগৎ-হুনা শঙ্গাইদা মুম্না য়েংলগা ) ইতাও!—ঐগী পেমচা কদায়দা চংখ্রে? ঐগী পেমচা কদায়? হৌজিক্তা ঐগী নাক্তা লাক্লম্বনি, হৌজিক্তা মাগী মুংশিরবা খোঙেলদু তাহল্লম্বনি। কদায় ইতাও, ঐগী পেমচা কদায়? ( শঙ্গাই লু লুকথনা ভুমিন্না লৈবা, বোড়ানা কোয়েং য়েংলকপা, পেমচাবু উরকপা ) পেমচা, পেমচা, থরাইগী মবেম্মা, করিনো নংনা তৌরিবা মতৌ অসিবো? কল্লবা লৈতঙ্গাই মথক অসিদা নংগী লৈরাংদগী

হেন্না থোৎলবা নশা অদুনা করন্না ওনথোইনা 'থাওদুনা লৈরিবগে ইবেম্মা ? পেমচা, করি মতৌ কৌবগেনে ইবেম্মা ? করিগী থোইখা ংনখা অদুক কন্না থাবগে ? নিংডোল পুকচেন কনমল্লি, পায়মা লিংজেল থামল্লি। ইবেম্মা, মুংশিবী, করিগী ঐবু অদুক শাথীনা ন্নারৌবগে ? নংদি চংথ্রে মুংশি লম্মন খুন্নগা, অদুগা ঐবুদি পেমচা, নংগী কায়নবা তানা থম্মোইমুংদা ভমথীনা থিন্দুনা নিংঙমহৌদবা মৈচাকনা ভৌদুনা থনয়ে। পাম্মুবী, মংনা পিরন্বা নাচোম, মংনা পিরন্বা পানা, হৌজিক ফাওবা পাথংগী মোলাংথাদা লোৎলিদো। নংনা থুপ্লম্বা চরৈ, ওসি ফাওবা খুৎফম কায়ত্রিদো। মুংশিবী. পেমচা, নংবু কাউরবরা ? চিঙ্গোই বারুণী মতোন্দা থোদু মুংপাকথক্তা লেপ, শিব মহাদেববু সাক্ষী থমদুনা সত্যগী পন্দোল লোম্নখিবা, পাথং ঐগী ইরান্দগী ওইন-চাওবী নংদি কাউরবোই। — নত্তে পেমচা, নং নথক্তা চৎপা য়ারোই। পাঙ্গল শোনবী নহাকনি, মফম খঙদবা লম চৎপদা নং নথক্তা চৎপা ভম্মোই। ঐবুস্থু ভাইরমখো পেমচা, খুজেং পালোইনদুনা পাখং ঐনা নমাং থাগনি, অরাবা হান্না মাইয়োক্লগনি। পেমচা, পেমচা,—
( অঙাওবগুম ফীংনা হৌগৎলকপা, শঙ্গাইনা "ইতাও" হায়দুনা ফাবা, বোড়াচাওবা জ্ঞান মাঙদুনা "ইসৃ" হায়দুনা শঙ্গাইদা ভাথরকপা, তাঙ্গা অসিদা অরাপ্পদগী থম্বালনা "ইমাগী ইবেম্মা, পেমচা, পেমচা" হায়না কৌ কৌদুনা চেনশিল্লকপা )

থম্বাল—কদায় ? ঐগী ইচা কদায় ? —( হোৎচিন্দুনা পেমচাগী

মমায়দগী ফি হাইদোক্তুনা য়েংবা, মশক হেক উবদা পাখৎত্তুনা "ইমাগী ইবেম্মা, পেমচা" হায়না লাওরম্মগা, ৱাম্ভখিবা)

লৈকাই অহল—নত্তে লৈপাক মচাশা, ঐখোয় অস্নুম লৈথোকপ-সিনদি কাম্রে। বা-লাংনচিংবা খরা খিত্তুনা শগাই অমত্তং অত্থুক শানবা থৌৱাং তৌরসি। লৈকাইনিনা চেনবা য়াররোই ইথৌ তারবনি।

(লৈকাই মী ময়াম শগাই শানবা কোইরাং লাংবা, মতম অসিদা থম্বৌস্নানা মাঙ থাত্থুনা ইবোহলগা চেনশিল্লকপা)

থম্বৌস্না—করি হায়রা! পেমচা লৈত্রবা? কদায়—? (চঙশিন্দুনা য়েংবা) ইস্—, পেমচা, পেমচা, ইবুংগী ইবেম্মা, মাঙলেদনা করিনো তৌরিবা মতৌসিদে—। (য়েংবা ঙমদত্তুনা মথুংনা মমায় থুমজিনবা) উম্, চৎনবী! চৎনবী! ওস্তোক্লা মুংশি-হৈত্তেদকো নং অসে। য়েংউ তমথীবী, নংগী কল্লবা শউম্মা ঠৈবদা থাঙবা ঙমদত্তনা নৌরবী পোমশাংনরিবী লৈরাং অসে মনুং মতম য়োদনা লৈমায়থক্তা কেন্দুনা মাঙখ্রে। হে চৎনবী হিংচাবী! ওস্তোক্রা তমথীদকো নং অসে। নত্তে, নত্তে—, নংনা মরম ওইত্তুনা থোকহল্লিবা থৌদোক অসিগী মরুদি, বোড়াচাওবা, শা, নংননি। নশাগীতা ওইজবা থিবা, তোল্লবা শাগী লিচৎ চৎপা হুইগী জাৎ, নংগুম্বনস্নু করিস্নু মরান লৈত্রবী, মুংশিবতনা য়োমত্তুনা শারবী, পুকচেন থোংলবী মৈতৈ চনুবু অস্নুক মীরাইনা তৌবা! মথাই ফাওবা মাঙহনবা! থঙগনি নং হুন্দক্তি, হেক পোকমিম্নবা মবুংদগী হেনবা খুৎকন পাজনবা

মবুং অমা লৈ হায়বা নং খঙত্রমাল্লে। নং হৌজিক ঐগী খুত্তগী কদায়দা লিংকনি। নরালগী মতিক চাবা দণ্ডি পিগে। শুয়্‌দা লোই থাগে, চকপী উচাল খাঙনগে, লোক্তাক ভাম্বী খেন্নগে। নংবু হৌজিক কনানা কল্লবা ঙম্বগে য়েংসি। লৈবাক মচাশা, পুল্লু শা অসিবু। চৈরাপ য়োগে, মতিক চপ্‌ চাবা দণ্ডি পিগে, শাগী হৌনবী লাক্লগে। খঙদবা শারদনা— শাগী জাৎ।

(লৈকাই মী অনি চঙহুনা বোড়াচাওববু মথুং তুংবুম্নবা)

খম্বাল—(জ্ঞান খরা খরা তারক্লুনা) পেমচা, ইমাগী ইবেম্মা, করিনোনে নংনা তৌরমমিবা মতৌ অসিবো? ইমাদি মাঙ-লেদকো! ইমাগী ইবেম্মা, নুপীমচা, ইমানা কৌবসিবু নংবু তাত্রবরনে? ইমা লাক্লেনে নুপীমচা। ইমাবু কৌত্রবসিবু নংবু কৈদৌরবগে? ইমাবু নুংশিত্রবরনে পেমচা? ইমানা খরা খীনা ভাংই হায়হুনা ইমাবু রারোরত্রনে? নমা লুপ্রা ঐবু নুংশিত্রবরনে পেমচা? ইমাগী ইবেম্মা, নং অমা লৈজবনা ইমানা অরাববু অরাবা ওইনা শিংথাদনা লৈজবনি। অদুবু ইমাবু থাদোক্লুনা নংবু কদায়দা চৎলবগে? খুম্মুনে পেমচা, ইমাগী ইবেম্মা, ইমাগী ইবেম্মা, ইমাবু করম হায়না লৈহৌ হায়রিবনোনে পেমচা! নত্তে পেমচা, সে হৌগৎলু ইমা ইচাতা লৈজবনি, চৎলসি য়ুমদা। ইমানা নংবু অমুক ভাংভরোই। লৈফম খঙত্রে হায়না ইচানা শোনবদো, হিংচাবী নমা ঐনা ভাংবদা “ইনা ভাংভম্নবা ঐবু লৈফম খঙশিল্লক্করে” হায়না

ইচানা থরাই শোক্লা হায়বদো—, পেমচা, ইমাগী ইবেম্মা, ইমাবু করম্মা কাউরসিগেনে। পেমচা! ইমাগী ইবেম্মা, পেমচা! ইমাদি মাঙলে ইমাদি মাঙলে—( অমুক রাম্বখিবা )

থম্বৌম্না – ( থম্বালবু কোনথংতুনা ) ইন্দোল, কাম্নেন্নে, ঐখোয়না ফনা কপ্তুনস্থ অমুক লাক্লরোই। ওইন-চাওবী পেমচানি, রারৌচাওবী নচানি। মাগী মরাইবক্তা অশ্নম থোকউ তমথ্রমাল্লে। লৈবাক মচাশা, লাইবক্তা তমখ্রবা কনানস্থ ককপা ঙমদে। হৌখ্রবা হায়বসিদি হৌখ্রে। ময়াম পুম্নমক হৌজিক্তি লৈবাক্কী কায়দনবা শিনবিরো। ঐ ইচিনসিনা হায়দোকপা ঙমদ্রে। ময়াম্না ঐগী মুংশিজরবী ইচল পেমচাবু—তমথীরবা—মঙারক কানবীদা—( রা মথা তাবা ঙমদনা তুমিন্না লুকথ-হুনা লৈখ্রে )

( লৈকাই মী ময়াম্না রাগী শগাই পুশিল্লক্তুনা পেমচাবু হাপ-কংলে, মতম অসিদা থম্বাল খরা খরা জ্ঞান তারক্তুনা…)

থম্বাল—কদায়দনো? নখোয়না ইচাবু পুগদৌরিবা কদায়দনো? পুখিনু পুখিনু, ঐগী ইচাবু পুবিখিনু। কদায়, ইচা ঐঙোন্দা পিয়ু, ঐগী ইচা পিয়ু। পেমচা, পেমচা. ইমাগী ইবেম্মা, ইমাবু থাদোক্তুনা নংবু কদায়দা চংলিবনো? ইমাবুস্থ পুজেম্মু—ইমাবুস্থ পুজেম্মু—পেমচা—পেমচা— (অমুক রাম্বখিবা )

( মী মরিনা শগাই লেংবান্দা থোংগংলকই, খুদক অসিদা চাক্নিবা অমনা কপ্প কপ্প ইশৈ শক্তুনা চঙলকই )

## ইশৈ।

মৈতৈ চন্থু লাইবক চাওবী নংদি
কল্পনা নশিনজাংনি।
অবা মুংঙাইবদা, থাইনা মৈথুরক্তা
পতিসেবা কায়জদবী।
চন্দ্ররক্তগী অহেনবী মুজা
কোলোই মিংলেন মুংশিবী পেমচা,
মৈতৈ লৈমা মমোমলোই
মাইস্থু পেমচা শকহেনবী।
নহাক্কী নগুণ নহাক্কী প্রেম
শন্দোকসনু পোইরৈ শিন্না।

(ময়াম্মা কাই পুহনা চংখি, বোড়াচাওবনা অঙাওবগুম "পেমচা, পেমচা" হায়না কীংনা হৌগংলকই, থওহৌদনা ব্লাস্থখি, থম্বৌস্নানা কাই পুখিবা মাইকৈদা চিংনা চিংনা য়েংথুনা মমিস্তা পিগী ঈরা চেন্দুনা লৈহৌই)

## লোইরবা।